# হিস্তোরিকেল
# মেত্যিরিএলিজম

অফোংবা :
**চীংলেন মাইস্নাম**

অহানবা ফোংবা :
জানুয়ারী, ১৯৯১

মমল :  লুপা ১০ (পেপর বেক)
লুপা ৩৫ (লাইব্রেরী ইদিশন)

নম্ফম : **ইবোয়াইমা প্রিন্টস'**
লোক্রাওবুং, ইম্ফাল ।

## ব্রারোল খরা ঃ

---

পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-তা হৌজিক্কী মতম অসি খজিক্কং মনিং হনবদৌনা উরি। খুদম ওইনা ১৯৯০ গী জুলাইগী তাং ১ দা জি দি আরগী পৈশা শিজিন্নবা তোক্লুনা ইষ্ট জর্মনগা বেষ্ট জর্মনগা পুনশিন্নখি।

তাঙ্গা অসিদা ভারত-তদি কম্যুনেলিজম (communalism) গী গী মৈরিনা চাকথংলকপা মতমনি। মতম অসিদা রাজনীতিগী লুচিং-বা মী থরগী লৌচিং মখাদা ১৯৯০ গী ওক্টোবর থাদা অযোধ্যাদা বাবড়ী মশজিদ লৈরিবা মফম অদুদা রামগী মন্দির শানবা হোৎনখি। মদুগী ফলনা লাইরবা হিন্দু অমসুং লাইরবা মুসলমানশিংগী মরক্তা হাৎনশুনবা থোকখি। অদুগীসু মথক্তা পঞ্জাব, কাশমির, আসাম অমসুং মণিপুরদা লালহৌবগী মুভমেন্ত কনবা মতমনি। অদুগা হুরাইননা মণিপুরদা রিভিচনিজমগী রাখল্লোন অমসুং হাম্নগী চংনবী কয়া হিঙ্গৎহন্নিংবা মতমনি। মসমা ময়াম অসিবু মমুৎ তানা খংনমনগীদমক্তা বরবেশকিনা, য়াকোবলেভা অমসুং জরকীনগী "হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম করিনো" হায়বা লাইরিক অদু মৈতৈলোন্দা শম্নপা ইথোকচবনি।

মণিপুরগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্তদা শরুক য়াম্লকখিবা কমরেদ মুতুম নীমায়, রাই কুল্লা, এল, কুঞ্জো অমসুং ৺বীরহরী অমসুং য়ুম্নাম৺গৌরীদাস অমসুং অতৈ কমরেদশিং ইতিহাসনা নিংশিংহনা লৈহৌরগনি।

লাইরিক অসি ফোংনবা হোংনবদা দাঃ য়ুম্নাম মোহেন্দ্র, এন মধুসূদন অমসুং লৈমপোকপম ভুমেশ্বরনা য়াম্না পূক্নিং থৌগৎপিখি।

অরোইবদা, ইবোয়াইমা প্রিন্টরসদা থবক শুরিবা লাইশ্রম চন্দ্র অমসুং মোইরাংথেম শান্ত অসিনচিংবাময়ামগী মতেংনা লাইরিক অসি মীয়ামগী মমাংদা থমজবা ঙম্নীবনি।

জানুয়ারী ১৬, ১৯৯১ ( ইউ এস এনা লুচিংবা এলাইদগী শক্তিশিংগা ইরাকা কুবেত লৌশিনবগী মতাংদা লাল শোক-নবা নুমিৎ )

ইম্ফাল

রাই ইবোপিশক

অহানবা শরুক

# হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী বিজ্ঞান

ডাইঅলেক্তিকেল মেত্যিরিএলিজম অমসুং হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম অনি অসি মার্ক্সিষ্ট ফিলোসোফিগী চংদ্রবা য়াদ্রবা হুকচাংগী কায়াৎ অনিনি। হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমনা সমাজগী পুন্সিবু নৈনৈ। অতৈ সমাজগী বিজ্ঞান খরসু সমাজগী পুন্সিবু নৈনৈ। খুদম ওইনা— পোলিটিকেল ইকোনোমী, এডুকেশনেল সাইন্স (educational science), জুরিসপ্রুদেন্স (jurisprudence) অসিনচিংবা।

## সমাজগী বিজ্ঞানগা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগা খেন্নবা:

সমাজগী বিজ্ঞানশিং অসিদি সমাজগী পুন্সিগী শক্তম খয়তগী য়াম্না কুপ্পা মওং মতৌশিং অমসুং নিয়মশিং অদু নৈনৈ। খুদম ওইনা পোলিটিকেল ইকোনোমীনা মীশিংগী মরক্তা লৈনরিবা অর্থনীতীগী মরিশিং (economic relations) অমসুং পোথোক পুথোকপগী নিয়ম অমসুং পোথোক য়েন্থোকপগী নীয়মশিং অদু মচা তানা

নৈনৈ। এজুকেশনেল সাইন্সনা মীশিংবু লাইরিক-লাইশু তাকপী তম্বীবা অমসুং হৈহনবগী মীরমশিং অদুবু মরু ওইনা নৈনৈ অদু ওইরবদি সমাজগী বিজ্ঞানগা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগা করি থেন্নরিবগে ?

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা শোক ১৮৪০ গী অদুৱাইদা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী তঙায়ফদনা চংত্রবা য়াত্রবা ফোর্মুলা কয়া পুথোকপা হৌরকখি। দি হোলী ফেমীলি (The holy family), দি জর্মন আইদিওলোজী, দি পোভর্তী ওফ ফিলোসোফি (The poverty of philosophy) অসিনচিংনা লাইরিকশিং অদুদা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী মচাকশিং য়াউর্র। মতাং অসিদা লেনিনগী ৱাহৈ খরদং নিংশিংদবা ঙমদে। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমবু সাইন্স অমা ওইনা ওন্থোকখি। মরমদি সমাজগী চাউথৎ খোংথাংদা হল্লিন হল্লিন্না চাং নাইনা য়াউরিবা মচাক অদু তশেং-তশেংনা উৎপা ঙম্বতা নত্তনা, তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা ফংলিবা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেসনগী মওংশিং অদু হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না উৎখি। মার্ক্সগী হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম অসি বিজ্ঞানিক ওইবা ৱাখল্লোন অমা ওইনা অচৌবা মাইপাকপা থবক অমনি।

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না সমাজ অমগী চাউথৎলক্লিবা মওং অসি মপুম ওইনা য়েংহুনা মীয়ামগী ওইবা মওংদা নৈনৈ। সমাজ অমগী শক্তম নৈনবতা নত্তনা থৌওং কয়ানা ইন্তরেষ্ট তৌনরিবা মওংশিং অদুসু নৈনৈ। লোয়ন লোয়ননা সমাজ অমা

চাউখৎহনবদা চংলিবা শক্তিশিং অমসুং নিয়মশিংসু নৈনৈ। হিস্তো-রিকেল মেতিৃরিএলিজমদা ফিলোসোফি কয়ামরুম য়াউরি। খুদম ওইনা সমাজদা আইদিএল ওইবা ৱাথলগা মেতিৃরিএলিস্তিক ওইবা ৱাথলগা লৈনরিবা মরী, মশা মতোমতনা ওইজরকপা থবকশিংগা ভাব তানা তৌথোরকপা থবকশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অদুসু নৈনৈ। ইতিহাসকী খোঙচৎতা সবজেক্তিভ অমসুং ওবজেক্তিভ ওইবা মওংশিং অদু নৈনবতা নত্তুনা সমাজ অমগী ইভলুসন তৌরকপগী শক্তিশিং অদুসু নৈনৈ। অদুগীসু মথক্তা পৃথিবীদা মীশিংনা করম্বা থাক্তা লৈরিবগে অমসুং মীশিংনা তৌবা ঙম্বা হিরমশিংনা করিনো হায়বদুসু নৈনৈ।

## সোসিওলোজী (sociology) হায়বসি করিনো ?

পৃথিবীগী লাইরিকশিংদা, সমাজগী থিওরী অসিবু সিস্তেম অমা ওইনা নৈনবা অদুগীসু মথক্তা সমাজ অমগী চংথরিবা মওং অমসুং চাউখৎহনবগী নিয়মশিং নৈনরিবা থিওরী অসিবু সোসিও-লোজী হায়না খঙনৈ। মরম অদুনা তশেংনা হায়রবদা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী সোসিওলোজীগী থিওরী অসিবু হিস্তোরিকেল মেতিৃ-রিএলিজম্নি হায়বা য়াই। অদুম্নদি ওইরগা, হিস্তোরিকেল মেতিৃ-রিএলিজম্না মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট সোসিওলোজীগী শকপু পুম্না মচুং শিনবদি নত্তে।

মার্ক্সিষ্ট-লেনিলিষ্ট সোসিওলোজীগী স্ত্রকচর অসিগী মমুংদা অমগা অমগা মরি লৈনবা তাঙ্কক অহুম য়াউরি।

১। মী-মীগী ওইবা এম্পিরিকেল ওইনা থম্ন-নৈনবা মথল (Individual empirical study).

ষ্টেটিসতিক্স (statistics) অমস্তুং অচুম্ব-দাতা খোমজিনবা; মীশিং নত্রগা মীওইবা কাণ্ডলুপ থম্ন উম্নহুনা সরভে চখ্বা; অসিগুম্বা মথলগী থিজিনবা অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা এঙ্গেলসনা "ইংলেন্দা শিম্মীশিংগী ফিভম" হায়বা লাইরিক অসি ইখি। লেনিননা "রুসিয়াদা কেপিতেলিজম চাউখৎলকপা" হায়বা লাইরিক অহু ইখি।

২। মী-মীগী ওইবা এম্পিরিকেল ওইবা থম্ন-নৈনবা মথল অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা বিজ্ঞানিক ওইবা থিওরী থম্বা শেমগৎ শাগৎলকই। খুদম ওইনা সোভিয়েটকী শক্তি লৈরকপা মতম অসিদা রুসিয়াগী কলেক্তিভ ফার্মদা থবক শুরিবা লৌমীশিংগী অহোংবা লাকপশিং অহুগী মতাংদা মার্ক্সিষ্ট সোসিওলোজিষ্টশিংনা হায়— মহুদি মতাং অসিদা লৌমীশিংগী জ্ঞান হেক্সৎলকই। লোয়ন-লোয়ননা লৌমীশিং ঙসি মহৈগী থাক্তা অমস্তুং হিরম কয়ামুক্তা শিম্মীশিংগা য়াম্না নকশিন্নরকই হায়না মত ফোংদোকই।

৩। মথক্তা পনখ্রিবা এম্পিরিকেল ওইবা রিসার্চ অসি পাংথোকপদা মার্ক্সিষ্ট সোসিওলোজিষ্টশিংনা হিস্তোরিকেল মেতিরিএলিজমদা থাজবা থম্মী। হায়বদি তোঙান তোঙানবা কাণ্ড-লুপশিংদগী ফংলকপা জ্ঞানসিংদা য়ুম্ফম ওইবতা নত্তনা সমাজগী শক্তম অমস্তুং নিয়ম কান্নুনশিংদা থাজবা থম্মী। অহুগা অকক্নবা সমাজ মথল অহুদগী থম্ন নৈনরগা ফংলকপা লৌশিং অহুনা

অনৌবা থিওরী কয়া হাপচিন্দুনা হিস্তোরিকেল মেত্তিরিএলিজমগী লনগৈবু ঈনাক খুলহলথি।

"সমাজ অমা চাউখৎহনবদা চংলিবা নীয়ম-কান্নুন কয়াবু নৈনরিবা ফিলোসোফি অমস্থং সোসিওলোজীগী বিজ্ঞানশিং অমস্থং সনাজ অমবু চাউখৎহনবদা চংবা শক্তিশিং নৈনরিবা অসিবু হিস্তোরিকেল মেত্তিরিএলিজম হায়না থংনৈ।"

"Historical materialism can be defined as a philosophical and sociological science concerned with the most general laws and motive forces of the development of society."

হিস্তোরিকেল মেত্তিরিএলিজম শোক ১৮৪০ গী অত্থবাইদা হৌ-দোক্লকপনি। মার্ক্সগী মমাংদা লৈরম্বা ফিলোসোফরশিংনা সমাজ অমা মতৌ করম্না চাউখৎলকপগে হায়বগী মতাংদা নীংথিনা নৈনথি। অত্থুম্দি ওইরগা মখোয়গী অশোয়বা অমদি লৈ মত্থুদি মখোয়শিং অসি আইদিএলিস্তিক ওই। সংসার অসিদা অধ্যাত্মীক (spiritual) না মরু ওইবনি হায়না মত ফোংদোক্লিবা কাংবু অত্থু আইদিএলিজমদা থাজবা কাংবুনি। আইদিএলিষ্ট-ফিলোসোফরশিংনা মওং কয়ামুক্তা ফোংদোকই। খুদম ওইনা লৈরিবা সংসার অমস্থং প্রকৃতী অসি ঈশ্বরগী অনিংবা নত্রগা "এবসলুট আইদিয়া" অমদগী থোক্লকপা ডাক্তনি হায়না ফোংদোকই। অসিগুম্বা আইদিএলিজমগী *মাইয়োক্তা মেত্তিরিএলিস্তশিংনা লেপ্পী। প্রকৃতী অসি কনাগুম্বা অমগী হোৎনবা অমস্থং বাখলগী মখা পোন্দবা নীংতম্না লৈজবা* পোৎ অমনি হায়না মেত্তিরিএলিস্তশিংনা চেৎনা থাজৈ।

মীওইবা সমাজগী পুন্সি অসি চয়েৎনবনা পীক থন্নি। অদুগা প্রকৃতীগী থৌওংশিং অসিদি চাং নাইনা হন্থিন-হন্থিন্না লাকই হায়বা য়াই। হায়রিবা নীয়মশিং অসিনা ঐথোয়না মরু ওইবা পোৎচংশিং থংনবা হোৎনবদা মতেঙ পাংই। তৌইগুম্বস্নুং সমাজ অমা চাউথৎলকপদা হন্থিন-হন্থিন্না থোক্লিবা থৌওংশিং অদু ইরাই লাইনা উবদি ঙমদে। অদুগীস্থ মথক্তা সমাজদা মীওইবনা রাথল অমস্নুং অনিংবা কয়াগা লোয়ননা থবক কয়ামরুম তৌই। মার্ক্সকী মমাংদা লৈরম্বা ফিলোসোফরশিংনা থাজে মদুদি সমাজ অমা চাউখৎহনবদা মীওইবগী রাথল অমস্নুং মীৎয়েংশিং অসি য়াম্না মরুওইবা ফেক্টর অমনি। আইদিএলিস্তশিংনা সমাজগী ইতিহাসপু হোংদোক-হোংজিন তৌহল্লিবা অসি মীয়ামগী শক্তিনি হায়বসি মখোয়না য়ানিংদে। ইতিহাস অসি মী অমা নত্রগা অনিগী থুৎশেম্মী হায়না মখোয়না চেৎনা থাজে। থুদম ওইনা— নিংথৌ নত্রগা জেনেরেল নত্রগা অথৌবা মী খরগী লীলা ঙাক্তনি হায়। থিওরী অসিবু থরায় হকচাং য়াওনা শোগৎলদুনা রুশিয়াগী নেরোডনিকশিংনা (শেংনা হায়রবদা মখোয়শিং অসি মার্ক্সিজম থংদবা পোপুলিস্তশিংনি) জার অমস্নুং মাগী ফম্নাইবশিংনা চথরিবা তমথিরবা, তুরুচনিংঙাই ওইরবা সিস্তেম অসিবু মুথৎনবা হোৎনখি। অদুবু অশেংবা পুন্সিদা নেরোডনীকশিংগী থবক অমস্নুং অথৌবশিংগী বিজ্ঞানীক ওইদবা থিওরী অসিবু য়ানিংখিদে হায়বসি ইতিহাসনা শাক্ষিনি। ঐথোয়না তশেংনা থংই মদুদি রায়েল্লিবা ক্লাসশিং অসি ইতিহাসকী লাইবক অমস্নুং মাইকৈ লেপ্পা ঙম্বা মীওইশিংনি হায়বা উৎননবা হোৎনবা অসি

মখোয়গীদমক্তা য়াম্না তোংজৈ। তুহৎ-নৈহৎপনা থল্লবা সমাজ অসিদা অনৌ অনৌবা ৱাখল পুংথোকপগী হক অসি মখোয়গীতা ওইগদবনি হায়বা ৱাখল্লোন অসি ইতৎ-তক্তনা শন্দোকই। ৱাখলনা পৃথিবী অসি ৱায়েল্লীবনি হায়না ইতৎ-তক্তনা পল্লি। ১৭ অমসুং ১৮ শুবা শতাব্দীগী বুর্জুৱা সোসিওলোজিস্তশিংনা মখোয়গী মশাগীতা থনবা অথুবা মীৎয়েং লৈবা মরম্না সমাজ অসিবু আইদিএলিস্তিক ওইবা মীৎয়েংগী মথাদা থম্মী। হৌজিক্কী মতমদা কেপিতেলিস্তগী লৈবাকশিংদা আইদিএলিস্তীক্কী মীৎয়েং অসি য়াম্না পাক চাউনা শন্দোকখ্রে। মতাং অসিদা মার্ক্সিজম্না করি হায়রি ? সমাজ অমগী ইতিহাস অসি ৱাখল (idea) অমসুং মীওইবগী অচুম অরানগী ৱাখল (human reason) না দায়িত্ত লৌই হায়বসি থংদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী থবক থৌরম কয়াদা লমজিংলিবা ৱাখল অমসুং থিওরীশিং অসি ম্যেতিরিএলগী ওইবা অর্থনীতীগী মরিদা (material economic relations) য়ুম্ফম ওই হায়বসিনি। হায়বদি সমাজ অমগী পুন্সিদা মেত্যিরিএলগী নাকল অসিনা মরু ওই অমসুং ইতিহাসগী থৌওং পুম্নমক্কী অহানবা লময়ানবনি।

ইতিহাসবু মেত্যিরিএলিস্তগী মীৎয়েংনা য়েংহুনা সমাজ অসিদা মেত্যিরিএলিজম শন্দোক্লম্বা অসি মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনি। মতাং অসিদা লেনিননা হায়খি— "মার্ক্সনা ফিলোসোফিকেল মেত্যিরিএলিজম অসি মশা মরেং ফনবা উপালগুম চাউখৎহনখি। অমসুং প্রকৃতীবু মমুৎ তানা নৈনহুনা মীওইবা সমাজবু থংননবা লম্বী

য়াৎখি। মহাক্কী হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম অসিনা বিজ্ঞানিক ওইবা ৱাখল থল্লহনবা ঙমখি। মমাংঙৈগী ৱাজনীতিগী ইতিহাসতা কাংখোং চায়বা চম্মম্নবা কয়া লৈরিবা অসি য়াম্না মপুং ওইবা বিজ্ঞানিক ওইবা থিওরী অমনা মহুৎ শিনবা ঙমখি। থিওরী অসিনা উৎখি মহুদি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি চাউখৎলকপগী ফলনা সমাজ অমগী সিস্তেম অমদগী থৱা হেন্না চাউখৎপা সিস্তেম অমদা হোংঙকই।

কেপিতেলিজমগী তাঙ্কক লাক্লবা মতুংদা সমাজ অসিবু মেত্যিরিএলিজমগী মীৎয়েংনা য়েংঙকপা ঙম্মকই। মৱমদি কেপিতেলিজমগী সমাজদা মীয়ামগী পোথোকশি। অসি মী থৱনা পাইশিনখি। লোয়ন-লোয়ননা কেপিতেলিজমগী পোথোক পুথোকপগী মওং অসি ক্রাইশিসনা পীক থল্লি। খুদম ওইনা থবক ফংদবা মীশিং হেক্সংলকপা, কা হেন্না পোথোক পুথোকপগী ক্রাইশিস অসিনাচিংবা। কেপিতেলিজমগী সমাজদা শিল্পীশিংগী শক্তম অসি ময়েক লানা উৎলকই। কেপিতেলিজমগী মথাদা মীশিংনা কাঙলুপকী ওইবা অর্থনীতিগী য়ুম্ফম অদু ময়েক শেংনা তাকপদা নত্তনা ক্লাস স্ত্রগলগী শক্তম উৎলি। হৌজিক্তি ইতিহাসগী স্ত্রগল তৌরকপগা লোয়ন লোয়ননা শিল্পী নত্তবা অতৈ কাঙলুপশিংদস্থ মার্ক্সিষ্ট ওইবা মশীং নোংম নোংমগী হেক্সংলক্লি।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলস-না মেত্যিরিএলিস্তগী মীৎয়েংগী মথাদা ইতিহাসগী লাইরিক কয়া ইৱম্মী—খুদন ওইনা—দি হোলী ফেমীলি, দি জরমনী আইদিওলোজী অমসুং ম্যেনিফেষ্টো ওফ দি কম্যুনিস্ত

পার্টি; মাক্স'গী কেপিতেল, এঙ্গেলসগী এন্তীড্যুরিং, দি ওরীজিন ওফ দি ফেমিলি, প্রাইভেট প্রোপর্টি এন্দ দি ষ্টেট (The origin of the Family, Private property and the State) অসিনচিংবা। তৌইগুম্বসুং চহি ১০০গী মমাংদা ইরম্বা থিওরী অসি হৌজিক ফাওবা চুমত্নুনা অমসুং লংত্নুনা লৈরিবা অসি করিগীনো? মরমদি মাক্সিজিম অহিংবা, শেমগৎ শাগৎলক্লিবা থিওরীনি। ইতিহাসকী অনৌ অনৌবা তাঙ্কক লাকপা মতমদা মাক্স অমসুং এঙ্গেলসগী পাউতাক পাউরৌশিং অসি মখোয়গী তুং-ইনবশিংনা চাউখৎনবা হোৎনরকই। খুদম ওইনা লেনিননা মার্ক্সিজম অসি চাউখৎনবা হোৎনবতা নত্তনা মার্ক্সিজমগী প্রিনসিপলগী বাংমদা শেরাম্বনা চৎপ্রবা মীওইশিংগী মথক্তা অহনবা লৈতনা লাল থেংনৈ। ওসিগী সমাজদা রিভিজনীজম (revisionism) হায়বদি মার্ক্সিজমগী চংদবা য়াম্রবা প্রিনসিপলশিং অত্নুদগী লম্বী থৈদোক্নুনা চৎপ্রবা কাংবু-শিংবু থিংনবা হোৎনবা অসি মাক্স অমসুং লেনিনগী অশেংবা তুং-ইন-বশিংগী য়াম্না মরু ওইবা থবক অমনি।

হৌজিক হৌজিক্কী সমাজ অসি অনৌ-অনৌবা ইতিহাসকী থোদোক অমসুং সমস্যানা পীক থল্লে। খুদম ওইনা— চিঙ্গাক বাৎলকপা, ইকোলোজীগী ক্রাইশিস, মীশিং হেক্ষংলকপা, পৃথিবীদা থরমো নিউক্লীয়ারগী লাল (Thermo-nuclear war), কল-কার-খানাগী মচাক অমসুং খোঙ্গীগী মচাকশিং বাৎলকপা অসিনচিংবা সমস্যাশিং অসি কোক্রবা জাতী খুদিংমক্কা দায়িত্ত লৌবা তারকই। অত্নুগীসু মথক্তা "মার্ক্সিষ্টগী সমাজগী বিজ্ঞান" অসি অনৌ-অনৌবা

ৱাহৈ ৱাতা হাপচিল্লক্লি। খুদম ওইনা চাউথৎলক্লবা সোসিএলিজম (developed socialism), মী খুদিংমক্কী ষ্টেট (the state of the whole people) অসিনচিংবা। মার্ক্সিজম, লেনিনিজম পৃথিবী পুম্বগী অমতা ভাইরবা থিওরিনি। মীয়ামগী স্রগল কয়াগী জ্ঞানশিংনা তাশিন্দুনা শেম্লবা মমল য়াম্লবা থিওরীনি। পৃথিবীগী শিন্মীশিংগী লম্বী তাকপনি।

## সমাজ অমসুং প্রকৃতি ঃ

জিওভান্নী ভিকো (ইটালীগী ফিলোসোফর) না ১৮শুবা শতাব্দীদা ইরম্মী মতুদি সমাজগী ইতিহাসগা প্রকৃতিগী ইতিহাসগা খেন্নৈ। সমাজগী ইতিহাস 'সি মীনা শেম্বনি অতুগা প্রকৃতীগী থৌওংশিং অসিদি মশা মতোমতগী শক্তিনা থোকহনবনি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎ-লকপদা প্রকৃতীগী বিজ্ঞান অসি য়াম্না চাউথৎলে অতুগা সমাজগী বিজ্ঞানদি য়াম্না কম্না চাউথৎত্রি হায়বা য়াই। ঐখোয়না খংগদবদি মীওইবা জাতীগী পুন্সি নৈনবা তারবদি প্রকৃতীবু নৈনদবা য়াদে। সমাজ অমসুং প্রকৃতিবু পুন্না য়েংলিবা মীৎয়েং অসিবু মেত্যিরিএলিস্ত-কী মীৎয়েংনা য়েংবা হায়না খঙৈ। সমাজগী হৌরকফম থিরকপা মতমদা প্রকৃতীগা য়াম্না নক্লে। বিজ্ঞানগী মতেঙনা প্রমান তৌখ্রে মতুদি মীওইবা হায়বসি এনথ্রোপোইদ এপ (Anthropoid ape —য়োং মখল অমা হায়গত্রা!) অসিদগী অস্থম ইভলুসন তৌরকপনি। এপতগী মী ওল্লকপা হায়বসি য়াম্না তপঞবা অমসুং শাংঞবা মতমনি। মী অমা শেমগৎলকপদা মরু ওইবা তাঙ্কক অনিথক লৈ। থবক শুনবা খুৎশু-খুৎলাই শারকপা মতম অসি অহানবা তাঙ্ককনি।

হুন্দক্তা থা অমস্থং নোংপোক আফ্রিকাদা চহি মীলিয়ন ১.৫ রোম শুরবা ঐথোয়গী ইপা ইপুগী শরু শনাই ফংথি। মীওইবগী শকুগা চাউথৎত্রিবা থাইনগী খুৎশু-খুংলাইগা কোম্মনা ফংথি। অনিশুবা তাঙ্কক্তি হৌজিক্তগী চহি লিশিং ৪০—লিশিং ১০০ গী মমাংগী মতমনি। মতম অসিদা হৌজিক্কী মতমগী মীওইগী শক মানবা হোমো সেপীএন্স (Homo sapiens) হায়না থংনবা মীওইশিং থোক্লকই। মতম অসিদগী হৌরক্লনা মীওইবগী শক্তমদা মরু ওইবা অহোংবা অমতা লৈত্রে।

"The second stage, which began 100,000—40,-000 years ago, was marked by the appearance of modern man, i.e. homo-sapiens".

মী অমস্থং মীওইবা সমাজ অসি করম্না থোক্লকপগে হায়বগী মতাংদা এঙ্গেলসনা মহাক্কী লাইরিক "দি পার্ট প্লেইদ বাই লেবর ইন দি ত্রানশিসন ফ্রোম এপ তু ম্যেন (The part played by labour in the transition from ape to man) অসিদা নৈনখি। লাইরিক অসিদা মহাক্না পল্লি মহুদি—পোৎ-চৈ পুথোকপা অমস্থং খুৎশু-খুংলাই শিজিন্নরকপা অসিনা মীওইবগী সমাজ শেমগৎ-লকপদা অচৌবা থৌদাং লৌই। য়েলহৌঙৈগী মতমগী মীওইশিংনা থবক শুননবগীদমক্তা লেপথৎপা তারকই। থবক শুবগী থৌঅংশিং লাকপদগী মী অমগা মী অমগা বা ঙাংনবগী দরকার ওইরকই। মত্তৌ অসুম্না লোল হায়বসি থোক্লকখি। অমস্থং মীওইবনা শা-ঙাক্কী লৈবাক্তগী তোঙাম্না তাখি। মীওইবা জাতীগী ওইবা লোপ তোঙ্গা

মগুন থরা লাকথি মদুদি ১। থবক শুমনবা থুংশু-থুংলাই পুথোক্লব হোৎনরকপা ২। য়াম্না নিংথিনা শেম শারবা থোপ (brain) ৩। রাখল অমসুং মশাগী ওইবা রাখল ৪। অর্থ থোকপা লোল অসিনচিংবা অসিনি।

মীশিংনা শাশিংদগী তোঙাম্না তাথিবদগী ইচম চম্বা বাইওলো-জিকেল বীইং (biological being) অমা ওইবা তোক্লুনা সমাজগী পুন্সিদা তিনথি। মীওইবনা প্রকৃতীদগী হৌরক্লুনসু থরা মখৈদি প্রকৃতীদগী তোঙাম্না তাথি। অদুবু সমাজ অসি প্রকৃতীদগী মরী পুম্নমক কর্কথিবদি নত্তে। মীওইবগা প্রকৃতীগা অনকপা মরী থমদুনতা লাক্লি। সমাজ অমা ইভলুসন তৌনবা অমসুং সমাজ অমা লৈননবা প্রকৃতী অসি চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচং অমনি। খুদম ওইনা য়াম্না ঙল্লিবৈগী মতমদা মীওইবনা হিংননবগীদমক্তা প্রকৃতীদা চংজবা তারম্মী। নাপী-শীংবী, শা ঙা, লৈবাক অমসুং প্রকৃতিগী লৈহাওগী মতেঙ লৌদুনা হিংননবা হোৎনরম্মী। মতমগী মতুং ইন্না মিনরেল অমসুং এনর্জিদগী শক্তি লৌবা ঙম্মে। হৌজিক্কী মতমদা মপানগী স্পেস্তা (outer space) চংশিন্দুনা মীওইবগী কান্নবা হোৎনরে। খুদম ওইনা থুংশেমগী সেটলাইটকী মতেঙনা টেলিভিজন প্রোগ্রামশীং উৎপা অমসুং অথাপ-অথাপ্পা লৈবাকশিংদা পাউ থাদোক থাজিন তৌবা ঙম্মে।

প্রকৃতীদগী মীওইবনা কান্নবা য়াম্না ফংই। অহানবদা প্রকৃতি অসি পোথোক পুথোকপদা য়াম্না কান্নে। পোথোক পুথোক্লবা হোৎনরকপদা মীশীংনা মথোয়গী দরকারগী মতুংইন্না প্রকৃতীদা

ফংলিবা পোৎশিং অসি শেমদোক-শাদোক্লকই। লৈবাক মনুংদগী ধাতুশিং লৌখোক্লুনা য়োং-কী পোং-চৈ শারকই। তুরেলগী ঈশিংদগী এনর্জী লৌই। নিনরেলগী পোৎচাক—থাউনচিংবদগী প্লাসটিকী পোং-চৈ শাই। প্রকৃতীগী কান্নবা অতৈ খরসু পনবা য়াই। প্রকৃতীনা মীওইবগী হকচাং ফহল্লি। থুঙ্গংগী অশেংবা নুংশিৎ মুংশা মরক্তা হরাও-তয়ান্না পুন্সি লেল্লিবা মীওইশিংনা মশা ফবা, পুন্সি তোল্লোইবা হেল্লি। প্রকৃতীগী পুক্লিং হুনিংঙাই ওইরবা দৃশ কয়া কয়া উরুরগা থম্মোইদা ঈথক হৌহল্লি। প্রকৃতীগী অকোইবদা কুপ্পা য়েংশিন্নুরগা থম্মোইদা থুক লাউবা অমসুং অশোন অনা কয়াবু মুংশিনা য়েংনিংবগী ঈথিল কয়া ফাউহল্লি।

প্রকৃতীগী এনভাইরোনমেন্ত অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা অচৌবা দায়িত্ত লৌই। এনভাইরোনমেন্ত অসিনা লৈবাক কয়াবু চাউখৎ-হনবা নত্রগা শোথহনবা য়াই। করিগুম্বা মতমদা ইন্দস্ত্রি কয়া লিংখৎলকপদা প্রকৃতীনা চাউনা মতেং পাংই। লৈবাক অমদা খনিগী পোৎ মরাং কায়না ফংবদগী অমসুং খুদোংচাবা ফিভম খর লৈবদগী সমাজ অমবু য়াম্না থুনা চাউখৎহল্লি। মসিগী ওন্না তৈনবদা খুদোং চাদবা লমশিংদা খুদম ওইনা সেন্ত্রেল আফ্রিকাদা সমাজ অমা শেম-গৎলকপদা প্রকৃতীগী ওইবা অথিংবা কয়া লৈ। প্রকৃতীগা সমাজগা লৈনরিবা মরী অসি ইন্তরেক্সন মখল অমনি। হায়বদি প্রকৃতীনা সমাজ অমা চাউখৎহনবদা থৌদাং কয়া লৌই অদুগা সমাজনসু প্রকৃতীদা শাফু পী। মীগা প্রকৃতীগা লৈনবা মরীগা শাগা প্রকৃতীগা লৈনবা মরীগা থেন্নৈ। শাশিংদি লৈরিবা প্রকৃতীগী

ফিভমদা চুশিন্নবা হোৎনবা তাই অতুগা মীশিংদি মথোয়গী দরকারগী মতুংইন্না প্রকৃতীবু হোংহনবা ঙম্মী। সমাজ অমনা প্রকৃতীবু হোংহনবা ঙম্বগী চাং অসি লৈরিবা সমাজ অতুগী পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অতুগী মগুণ, সমাজ অতুগী ইনর্জীগী শক্তমশিং অতুগী মথা পোল্লি। পল্লিবা ফেক্টরশিং অসি থাইনদি য়াম্না চাউখৎতে অতুগা হৌজিক্কী মতমদদি অকিবা অমস্থং অঙকপা ফংনা চাউখৎলে। হৌজিক্কী মতমগী সমাজ অমস্থং প্রকৃতীগী ইন্তরেক্সন অসি ইতোপ-তোপ্পা মগুণ অমদা হোংঙক্লে। মীশিংনা পৃথিবীগী লৈমায়পুম্বা থবক শিজিন্নবা ঙম্বতা নত্তনা পৃথিবীগী বাংমদা হায়বদি স্পেস ফাউবা শিজিন্নবা ঙম্লে। মহৌশাবু মীওইবগী কান্নবা মওংদা শিজিন্নরকপদা ওন্ন-তৈনবা অমাংবা সমস্যা থরস্থ থোক্লকই। থুদম ওইনা থাউ, গ্যাস অমস্থং কোয়লানচিংবা মথং মথং মাংশিল্লক্লি। লম খরদদি ঈশিং অশেংবা, মুংশিং অশেংবা ফংবা বাৎশিল্লক্লি। মীদল-ঈষ্টকী গভর্নমেন্ত-শিংনা ঈশিং অশেংবা ফংনবগীদমক্তা পৈশা য়াম্না চংবা অরু-অরুবা খুংস্থ-খুৎলাই শিজিন্নতুনা এন্তাকতিক্তগী আইসর্বগ (Iceberg)-উন মতুমশিং ঈশিং লম্বীদা পুশিল্লকুবা হোৎনরি। অতোপ্পা সমস্যা অমনা মীওইবগী এনভাইরোনমেন্ত (environment) অসি নোংম নোংমগী মোৎপা হেজিল্লকপা অমস্থং মাং-তাকশিল্লকপা অসিনি। ইন্দস্ত্রী কয়াগী ফত্ত-হৌদি অমস্থং হৰাগাড়ী কারনচিংবদগী থাদোরকপা ফত্তবা গ্যাসশিংনা হু কামশিনবগুন্না নোংম নোংমগী অশেংবা মুংশিং ফংবা বারক্লি। কার্বোন দাইঅক্সাইদ $(Co_2)$ হেঙ্গৎলকই অমস্থং অক্সিজেন $(O_2)$ তারকই। অমরোমদনা ইকোলোজিকেল ক্রাইশিশগী

লৈচিন্না ঐখোয়গী ইথক্তা কোয়পায় পাইরি। মরম অদুনা মীশিংনা মহৌশাবু নিয়ম কান্নন অমগী মথাদা নিংথিনা মওং তানা শিজিন্নগদবনি। ঐখোয়না মথক্তসু থেংনখ্রে মতুদি মীওইবনা মহৌশাবু খুত্তম চনবগী মওং অসি সমাজ অদুগী পোথোক পুথোকুবা শক্তিশিং অদুগী চাউখৎপগী থাক অদুগী মথা পোল্লি। অসিদগী হেন্না মরু ওইবা অমনা লৈরিবা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন (socio-economic formation) অদুগী মথা পোল্লি। খুদম ওইনা ইকোলোজিকেল ক্রাইশিস থোক্লকপগী হৌরকফমদি ফত্রবা সিস্তেম কেপিতেলিজমনি। শেন্দোংতমক উবা, লালগীদমক শেঞ্জাও থাদবা, ইগোইজিমগী স্পীরিট (spirit of egoism) অমসুং লম-তু মফম মরাং থংদনা খোপচিন্বা অসিনচিংবা মরমময়াম অসিনা প্রকৃতিগী ফিভম শোকহল্লি। মহৌশাগী পোথোকশিং অসি কাংখোং চাইবা মওংদা শিজিন্নে।

মোনোপোলিস্ত-শিংনা শিন্নীশিংগী পাঙ্গলবু তুহৎ-নৈহৎপদা নত্তনা মহৌশাগী লল-থুমশিং চোকশিন্না শিজিন্নদে। অদুগীসু মথক্তা, মী অমগা মী অমগা য়ান্না কন্না য়েংশিন্নবনা মরম ওইদুনা পোৎ-চৈ শাবদা মমল য়ান্না চংদনবা হোৎনৈ। মরম অদুনা প্রকৃতিগী এনভাই-

ইকোলোজি হায়বসি মী অমসুং এনভাইরোনমেন্তগী ইন্তরেক্সন নৈনরিবা বিজ্ঞান অদুবু ইকোলোজী হায়না খঙনৈ। সমাজ অমসুং প্রকৃতীগী খল ( balance ) কায়হল্লিবা অদুবু ইকোলোজিকেল ক্রাইশিস হায়না খংনৈ।

রোনমেন্ত ভাক্নবা থবক্তা পৈশা য়াম্না থাদনিংদে। মরম অতুনা শিন্মী লৌমীশিংনা এনভাইরোনমেন্ত-অসি নিংথিনা শিজিন্নবগীদমক্তা এন্তী-মোনোপোলি মুভমেন্তগী স্ত্রগল তৌবা তাবনি।

ইম্পেরিএলিস্ত-শিংনা লালগীদমক্তা শেমশারকপা অমসুং লালগী খুৎলাইগী লমজেল তান্নরকপনা মরম ওইরতুনা ঐখোয়গী এনভাই-রোনমেন্ত অসি য়াম্না মাং তাকহল্লি। ইউ এস ইম্পেরিএলিস্ত-শিংনা ভিয়েটনামদা লাল তৌখিবতুনা চহি কয়ামরুম চংনা শাখিবা ফুড়া দলাল কয়া উৎ ওনখি। নিউক্লীয়ার বোম চাংয়েং তৌবদগী থাদোরকপা রেডিও-এক্তিভশিংনা অকোয়বদা লৈরিবা মুংশিংশিং হু চেলহনবতা নত্তনা পৃথিবীগী সমুদ্রশিং অসিবুসু খুদোং থিহল্লি। মরম অতুনা লালগী খুৎসু-খুৎলাই শাবদা থাদরিবা লুপা করোর কয়া অসি প্রকৃতিবু কনবদা শিজিন্নরবদি চাউর-চাউরবা সমস্যাশিং অসি ইরাই লাইনা কোকহনবা ঙমগনি।

সোসিএলিজমদদি পোত্থোক পূথোক্নবা খুৎলাইশিং অসি মীয়ামগী ওইবা মরম্না, অর্থনীতিদা প্লান তৌতুনা অমসুং বিজ্ঞানিক ওইবা উপাইশিং শিজিন্নতুনা মহৌশাবু চ্যেকশিন্না, নীংথিনা শিজিন্নবা ঙম্মী।

অতুম্নদি ওইরগা সমাজ অমা চাউথৎহনবদা মহৌশাগী ফেক্তর অসি য়াম্না মরু ওইবদি নত্তে। মহৌশাগী ফিভম হোংঙকপনা সমাজদা রিভলুসন পুরকপা নত্তে। সমাজ মশামক অতুগী দরকার অমসুং মমুংগী ওইবা কন্ত্রাদিক্সন ময়াম অতুনা রিভলুসন পুরকদবনি।

## সমাজ অমা চাউখৎহনবদা দেমোগ্রাফিগী ফিরেপ ঃ

লৈবাকশিংগী মরক্তা মহৌশাগী ফিভমশিং য়াম্না থেম্নে। জাতী অমনা খুন্দারিবা মফম অত্তু চীং-মান ভাক্তা ওইবা য়াই, তম্পাক ভাক্তা ওইবসু য়াই নত্রগা চীংগা তম্পাক্কা পুন্না লৈতেংবা লমদমসু ওইবা য়াই। লম খরনা লৈহাও য়াম্না চেনবা অত্তুগা মফম খরদনা লৈহাও চেন্দবা লৈকংলা ওইবসু য়াই। লম খরদনা খোনি মরাং কাইনা ফংডি। লল্লোন ইতিক তৌবদা খুদোং চাই। লম খরদনা খুদোং চাদে। মরম অতুনা মহৌশাগী ফিভম্না খুন্নাই অমা চাউখৎ-হনবদা খৌদাং কয়া লৌবা য়াই। মহৌশাগী ফিভম ফত্রগনা খুন্নাই অমগী চাউখৎ খোংথাং শোঞ্চহনবা য়াই।

নাকল অনরোমদনা সমাজ অমা চাউখৎহনবদা মী তাবগী চাং, কুংবগী চাং অমসুং করম্না মীয়ামশিং অসি খুন্দারিবগে হায়বনচিংবা ফেক্টরশিং অসিগী মথা পোল্লি। পোপুলেসন (population) বু নৈনরিবা বিজ্ঞান অসিবু দেমোগ্রাফি হায়না খংনৈ। খুন্নাই অমগী চাউখৎ খোংথাংদা দেমোগ্রাফিগী খৌদাং খর লৈ। করিগুম্বা মফম অমদা খুন্দারিবা মীশিং অত্তুগী কুংবগী চাং, শক্তম অমসুং মী মশিং হেঙ্গৎলকপগী চাং অত্তুনা পোথোক পুথোকপদা অমসুং সমাজগী অতৈ থৌওংশিংদা শরুক য়াই। য়াম্না ওল্লিদৈগী মতমদা মীশিংনা মহৌ-শাগী তমথিরবা শক্তিশিংগী মাইয়োক্তা লেপ্পা য়াম্না ৱানা থোকই। পোথোক পুথোক্কবগীদমক্তা য়ামত্রবদা মী খর চংই। সাইবেরিয়া অমসুং অতোপ্পা নোংপোক্লোমগী লমদমশিংদা জঙ্গলগী পোথোক অমসুং খোংদগী থোকপা পোৎ-চৈ মরাং কাইনা ফংডি। তৌইগুম্বসুং

প্রকৃতিগী ফিভমশিং অদু য়াম্না খুদোংথিবা মরয়া মী য়াম্না তাবা ঙমদে।

লম অমদা খুন্দারিবা মীশিং অদুগী শকওং শক্তাশিং অদুনস্তু সমাজ অমা চাউখৎহনবগী ফেক্টর অমনি। খুম্নাই অমা হায়বসি নহা, অহল, পাখং, লৈশাবী, শিণ্নী-লৌমী, ছাত্রশিং অমস্তুং য়ুমগী মুপীশীং কয়ামরুম অসিনা পুল্লগা শেম্বনি। অদুগা তুহৎ-নৈহৎপা সমাজদাদি পেরাসাইতিক (parasitic) ওইবা কাংবুনা অয়াম্বনি। হায়বদি মথোয়না চাবগী থবক্তমক তৌই, পোত্থোক্তি পুথোক্তে।

করম্বা মথলগী মীওইশিং অমস্তুং মী কয়া য়াম্না থবক শুরিবগে হায়বনচিংবা ফেক্তর অসিনা পোত্থোক পুথোকপগী চাং অদুস্তু লেপ্পী। খুদম ওইনা ব্রেষ্ট জরমনী, বৃটেন অমস্তুং অষ্ট্রীয়াদা মী পোকপগী চাং য়াম্না নেম্মী। অদুনা অঙাং অমস্তুং নহাগী মশিং হস্থৈ। মমৈথংদদি শুবিনবা মশিং ব্রংৎলকপা য়াই।

বুজ্জু´বা আইদিওলোজিষ্টশিংনা থিওরী কয়া পুথোক্লকই মতুদি মী মশীং হেঙ্গংলকপগী চাং অসি সমাজ অমা শেমগৎ-শাগৎলকপদা য়াম্না মরুওইবা ফেক্তরনি। সমাজ অমা চাউখৎহনবদা ফেক্তর অসিনা থৌদাং থরদি লৌই। অদুবু সোসিও-ইকোনোমিক সিস্তেম অমদগী অতোপ্পা অমদা হোংহনবদা মী মশীং হেঙ্গংলকপা অসিনা য়াম্না মরু ওইবা দায়িত্ত লৌবদি নত্তে।

কেপিতেলিজমগী সিস্তেমদা কাল´ মার্ক্স´না মী মশীং হেঙ্গংলক-পগী মতাংদা ফোর্মু´লা অমা পুথোকখি। মতুদি অমরোমদা মী মশীং অসি নোংম-নোংমগী হেঙ্গংলকই অতুগা অমরোমদনা থবক ফংদবনা

মরম ওইরদুনা হিংবদা ৱারবা মীওইশিংগী মশিং য়াম্না হেন্গৎলকই। পোথোক পুথোকপদা মখল কয়াগী টেক্নোলোজী অমসুং ওটোমেশন (automation) গী পাম্বৈ শিজিন্নবদগী লাইরবা মশিং হেন্গৎলকই।

সোসিএলিজমগী থাক্তদি মীয়ামশিং অসি মফম অমসুং মতম চানা অমসুং মীপুম খুদিংমকপু শিজিন্নবা হোৎনৈ। অদুমওইনমক সোসিএলিজমদা সমস্যা খরদি থোক্তবা নত্তে। খুদম ওইনা—সোসি-এলিস্ত লৈবাক খরদা মী পোকপগী চাং অসি হন্থখিদুনা শিন্মীগী চাং হন্থরকই। লৈবাক অমগী মন্নুংদা লম অমদগী লম অমদা মীশিংনা হোংখিবা অদুগা খুঙ্গংদগী সহরদা হোংঙকপা পূন্নমক অসি সমাজ অদুগী অর্থনীতি অমসুং ফিভম ফগৎনবগীদমক্তা চান চাননা তৌখিদবা য়াউই। অদুম ওইনমক, ঙম্নীবমথৈ, সোসিএলিস্ত সমাজদা মীশিং অসি সমাজ অদুগী কান্নবা মওংদা খুন্দানবা হোৎনৈ। দরকারগী মতুংইন্না করিগুম্বা মফম অমদা শীন্দ্ শীংবু খুন্দাহন্নিংনবগীদমক্তা, কান্নবা খুদোংচাবা কয়া পিশিনবসু য়াওই। হৌজিক ফাউবদা পৃথিবীগী মীশীং ঈশিং ঈচাউগুম হেন্গৎলক্লি। ১৭ শুবা সেনচুরিদা মী মিলিয়ন ৬০০ রোম লৈরম্মী। শোক ১৯৫০ দা পৃথিবীগী মীশীং অসি চাউরাক্পা মিলিয়ন ২৫০ য়ৌরে অদুগা হৌজিক্কী মতমগী মীশীং অসি চাউরাক্পা মিলিয়ন ৪৬০০ লোম্নী। ইউনাইটেত নেশনগী অখঙ অহৈ-শীংগী মত-তা ২০০০ এ,দি, য়ৌরকপদা পৃথিবীগী মীশীং চাউরাক্পা মিলিয়ন ৬২০০ শুরগনি। অদুগা চীনাদনা মী মশীং মিলিয়ন ১৩০০ লোম খুন্দাগনি; ভারত-তা মিলিয়ন ৯৫০; রুসিয়াদা মিলিয়ন ৩৫০ অমসুং ইউ এস এদা মিলিয়ন ৩২০, অমসুং পাকিস্থান-দনা মিলিয়ন ২৫০ রোম খুন্দাগনি হায়রি।

মী মশিং হেঙ্গৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা চেং-চাক থাংলকপা, এনর্জী অমস্তুং থবক থাংলকপগী খোঞ্জেলতনা ঙংলি। থবক শুফম চাফম ফংঙক্তিবা অসিগী মরুদি মী মশিং হেঙ্গৎলকপা ঙাক্তনা থোকহনবা নত্তে। ইম্পেরিএলিস্ত-গী লৈবাকশিংনা খুৎশু-খুৎলাইগী লমজেলদা পৈশা কয়া কয়া চাদিং তৌবননি। ভারত-তা মরুওইনা চাবা থাংলকপগী সমস্যা অসিগী হৌরকফমদি ব্রিটিশ কোলোনিয়ালিস্ত-শিংনা পোত্থোক পুথোক্কবা পাম্বৈশিং চাউখৎহনবদা অথিংবা পীরম্বা অমস্তুং ইন্দস্ত্রি কয়াদা অথিংবা পিরম্বদগীনি। সেন্ত্রেল আমেরিকাগী লৈবাকশিংদা চাক তাংবগী অরাবা নংলিবা অসিগী মরমদি লফোই থাবগী থবক্তা কা হেন্না তৌবদগীনি। হায়রিবা থবক অসিনা ইউ এসকী মোনোপোলিষ্ট-শিংদা শেন্দোং য়াম্না পী। মরম অদুনা এশিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লেটিন আমেরিকাদা থোক্লিবা চিঞ্জাক ফংদবগী প্রোব্লেম অসি কোকহন্নবগীদমক্তা কোলোনিয়ালিজমগী ফত্রবা মশামরেংশিং অসি ফুক্তৎপা তাবনি। লোয়ন-লোয়ননা মীশিং হেঙ্গৎলকপগী সমস্যা কোক্লনবা পাক-চাউরবা দেমোগ্রাফিক পোলিসি অমা য়াৎপা তাবনি। পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা মীশিংগী চাং হুম্থনবা পাম্বৈ কয়া শিজিন্নবা তাবনি।

বুর্জুবা সোসিওলোজীগী লাইরিকশিংদা দেমোগ্রাফিগী সমস্যাগী মতাংদা মালথুসিয়ানিজম অমস্তুং নিও-মালথুসিয়ানিজম (Malthusianism and neo-Malthusianism) হায়বা থাথল্লোন থর পল্লি। ১৮ শুবা শতাব্দীদা ইংলিসগী বুর্জুবা ইকোনোমিস্ত মালথুসনা রিএক্সনরী ওইবা থাথল অমা পুথোক্লকই মত্তুদি—

শিল্মীশিংনা লাইৱরিবা অমস্তুং লাইবক থিৱিবসি মখোয় মশানা থোকহঙ্গবনি। মখোয়না চয়াম পোক্কুনা তে হঙ্গবনি হায়। কেপি-তেলিজমগী তুহৎ-নৈহৎপা অমস্তুং কোলোনিয়ালিজম্বু মখোয়না মরাল শিবা পামদে। মার্ক্স্না মহাক্কি "কেপীতেল" হায়বা লাইৱি কঅসিদা শিল্মীশিংনা লাইৱরিবা অসি তুহৎপীবদগীনি হায়বা উৎখ্রে। এঙ্গেলসনা মখাগী অস্তুম্না মালথুসিয়ানিজম্বু নোক্লথি—

"Engels described Malthusianism as a vile, infamous theory.... hideous blasphemy against nature and mankind."

বুর্জুৱা আইদিওলোজিদা মালথুসগী ৱাখল্লোনশিং অসি য়াম্না পাকচাউনা শন্দোক্লা তাকই। হন্দক্তা মালথুসিয়ানিজমগা মরি লৈননা ৱিলিয়ম ভোগটনা রোড তু সরভাইবেল (Road to survival) অমস্তুং পাউল এরলিক-না পোপুলেসন বোম (population bomb) কৌবা লাইরিকশিং ফোংখ্রে। হৌজিক্কি মতমগী মালথু-সিয়ানিস্তশিংনা থাজে মতুদি মীওইবা জাতি অসি চরা হেনবদগী কনগে হায়রবদি নমতুনা মীশিং অসি ফেমিলি প্লান্নীং তৌগদবনি। হীদাক লাংথক অমস্তুং লাইয়েংবগী মতেঙনচিংবা থিংজিন্দুনা শীবগী চাং হেঙ্গৎহনগদবনি। চাউখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদা শেল থুমগী মতেং পাংবা লেপকদবনি অমস্তুং থর্মো-নীউক্লিয়ারগী লাল তৌতুনা মীশীং অসি হাত্তোক্কদবনি হায়না মত ফোংদোকই। ৱাফম অসিগী ওল্লা তৈনবদা মথক্কী থীওরীশিং অসি য়ানিংদবা উক্তুনা সমাজদা শান্তি, চাহোং ওাহোংবা অমস্তুং পুন্সি তোল্লোইবা হেজৎনবা স্ত্রগল

তোৌগদবনি হায়না মার্ক্সিষ্টশীংনা অকনবা মত ফোংদোকই। মার্ক্সিষ্ট-শীংগী মত-তা মীশীংনা ভাব তাবা হেক্কৎলকপগা লোয়ননা মশা মতোমতনা অঙাং পোকপগী-চাং হুম্ব্হম্নবা হোৎনরক্কনি। রাজ-নীতি, কলচর অমসুং সোসিও-ইকোনোমীক্কী শক্তমদা অহোংবা পুরক্লবা মতমদা মীশীং হেক্কৎলকপগী সমস্যাশীং কোকহনবা ঙমগনি।

## সোসিএল বীইং ( Social being ) অমসুং সমাজগী ৱাখল্লোন ঃ

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী মরুওইবা প্রিন্সীপলদি—মীশিংনা সোসিএল বীইং অমা ওইরুবনা সমাজগী ওইবা ৱাখল্লোন অসি পোক্লকপনি। নুংগা পোৎকা, বীইংগা কনশশনেস (consciousness) গা কনানা হেন্না মরু ওই হায়বগী মতাংদা ফিলো-সোফরশীংগী মরক্তা মত তিন্নদে। মরম অদুনা ফিলোসোফরশিং অসি কাঙলুপ অনী থোক্লকই। কাঙলুপ অমনা মেত্যিরিএলিস্ত-শী কাঙলুপনি। অতোপ্পা কাংবুনা আইদিএলিস্ত-গী কাঙলুপ্তা চল্লি।

মেত্যিরিএলিস্ত শিংনা হায়রি মহুদি মী (being) অমা ওই-রুবদগী ৱাখল (consciousness) থোক্লকই। সমাজগী মী অমা ওই-রুবদগী সমাজগী ৱাখল্লোন অসি থোক্লকপনি হায়না মত ফোংদোকই।

"Since materialism in general explains consciousness as the outcome of being, and not conversely, then materialism as applied to the social life of mankind has to explain social consciousness as the outcome of social being".

সোসিএল বীইং ওইরুবনা মীশিংগী মরক্তা অমগা অমগা মরী লৈনবতা নত্তুনা প্রকৃতীগস্থ মরী লৈনৈ। সমাজগী রাখল্লোন হায়রগা থংনরিবা অসি জাতীশিং নত্রগা কাণ্ডলুপশিংনা থনবা রাথলশিং, মীৎয়েংশিং অমস্থং রাজনীতিগী, আইনগী, ধর্মগী থীও-রীশিং অমস্থং সমাজগী সাইকোলোজী অসিবু থগুনৈ। সমাজগী মী ওইরুবনা সমাজগী রাখল্লোন অসি লাকপনি। অনৌ অনৌবা সমাজগী রাখল্লোনশিং অসি সমাজ অহুদা শোয়দুনা পুরকপা নত্তে। সমাজ অতুগী মেত্যিরিএলগী পুন্সিদা অহোংবা লাকপদগীনি। সোসিও ইকোনোমিকী কন্ত্রাদিক্সন হেঞ্জিল্লকপা অমস্থং চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎ-শিংগী দরকার লাকপদগী অহোংবা লাক্লিবনি। ইতিহাসপু মেত্যি-রিএলিস্ত-গী মীৎয়েংনা য়েংলক্লিবা অসি র্কাল মাক্স অমস্থং এঙ্গেলস পোক্লপ্পনা নত্তে। কেপিতেলিজমগী কন্ত্রাদিক্সন অসি অস্থুম অস্থুম হেঞ্জিল্লকপদগী শিগ্নীশীংগী ওইবা রিভলুসনরী থিওরী অমা দরকার ওইরকপদগীনি। মীশিংগী মেত্যিরিএলগী দরকারনা সোসিএল বীইংগী অহোংবা লাকপদগী সমাজগী রাখল্লোন অহু হোংঙকই।

সোসিএলিস্ত-গী লৈবাকশিংদা অপীকপা লৌমীগী ইকোনোমী অসি কো-ওপরেটিভগী মীয়ামগী মথাদা চথরকই। কলেক্তীভ ফার্মদা থবক শুবা অমস্থং পুন্সি লেল্লকপদগী লৌমী কাংবুগী রাথল অমস্থং সাইকোলোজী হোংঙকই। কলেক্তিভ, ইন্তরনেশনেলিস্ত অমস্থং সোসিএলিস্ত ওইশিল্লকই। মার্ক্সগী মমাংদা লৈরম্বা ফিলোসোফর অয়াম্বন৷ সমাজ অসি নীয়োম কাম্বুন লৈত্তবা, মফম মরাং থংদবা, কাং থোং চাইবা মওং অমদা চথবনি হায়না লৌনরম্মী। পোৎ

খুদিংমক ঈশ্বরগী অনীংবগী মথা পোল্লি নত্রগা জেনেরেল খর নত্রগা অচৌ-অশাং খরনা থোকহনবনি হায়না লৌনরম্মী। অদুগী ওন্না তৈনবদা মার্ক্স অমস্তুং এঙ্গেলসনা প্রমান তৌথি মতুদি সমাজ অমা চাউখৎলকপা হায়বসি অকক্লবা নীয়ম খরগী মথাদা চথবা ইতিহাসগী থৌওংশিংনা থোকহনবনি। সমাজ অমা চাউখৎলকপগী নীয়মশিং করিনো ? (১) নীয়ম অমদি মথক্তস্থু পনথ্রে মতুদি সোসিএল বীইং ওইরুবদগী সমাজগী বাখল্লোন অসি লাকপনি। অতৈ অতোপ্পা নীয়ম খরস্থু লৈরি। (২) সমাজ অমগী পুন্সিদা চংত্রবা য়াত্রবা পোৎশিংগী পোত্থোক পুথোকপগী মওং অসিনি। (৩) পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তিগা চাননবা হোৎনরকপা পোত্থোক মরীগী নীয়ম্নুনি (the law of the correspondence of production relations to the level and character of the productive forces) (৪) মরীশুবদা ক্লাস স্ত্রগল তৌরকপগী নীয়মশিং অসিনি। মৎক্তা পল্লিবা নীয়মশিং অসি মীওইবগী অনীংবগী মথা পোনবা নত্তে।

খংগদবা বাফম অমনা ইতিহাসগী ওইবা নীয়মগা প্রকৃতিগী নীয়মগা খেন্নে। প্রকৃতিগী নীয়মদি মশা মথন্তা থোকচরকপা শক্তি-শিংগী থৌওংশিংনি। অদুগা ইতিহাসকী নীয়মদি মীশিংনা থবক তৌবগী নীয়ম্নি। মীশিংনা ইতিহাস শেম্বনি অদুবু মথোয়গী থবকশিং অসি খুদোংচাবা চাদবা অমস্তুং অকক্লবা ফীভম খরগী মথা পোল্লি। খুদম ওইনা করিগুম্বা লৈবাক অমগী মীওইশিংনা কোলো-নিয়ালিজমগী ওৎ-নৈবা অতু তাম্থোকখিতুনা অনৌবা পুন্সী শেমগৎ-লকই অদুবু মমাংঙৈদগী থংথরকপা পোত্থোক পুথোকপগী মওংদা

য়াম্না নেস্বা থাক অতুবুদি থওইদবা য়াদে। মরম অদুনা ইতিহাসগী থৌওংদা রাজনীতীগী রাখল, অনীংবা অমসুং রিভলুসনগী মৈরিশীংনা অচৌবা দায়িত্ত লৌরবসু সমাজ অমা চাউখৎহনবদা সমাজ অতুগী মেত্যিরিএলগী ফিভম অসি মরু ওইবা মাইকৈ লেপ্পা ঙম্বা ফেক্তরনি।

## পোত্থোক পুথোকপগী মওং (mode of production)

সমাজগী পুন্সীদা মেত্যিরিএলগী য়ুম্ফম ওইরিবসি পোত্থোক পুথোকপগী মওং অদুনি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা সমাজগী থিওরী অসি নৈনরকপা মতমদা ইচম-চম্বা অচুম্বা পাড়া অমদগী হৌরকই। মীওইবনা রাজনীতি, ফিলোসোফি অমসুং আর্টনচিংবগী লম্বীদা খোংদাগ্রিঙৈদা মাগী লৈনবা য়ুম, শেংনবা ফী, চাননবা চীঙ্গাক থর লৈবা তাবনি। মরম অদুনা পুন্সীগী দরকার অদু অহানবদা পুথোকপা তাবনি। দরকার লৈরিবা পোৎশীং অসি পুথোক্নবা হোৎনরকপদা খুংসু-খুৎলাইগী মপাল তাংবা তাই— খুদম ওইনা লৌ-খোয়নবা লাঙ্গোল, শীংজং, মেছিন্নচিংবা চংই। ঈশীং, মুংশীং, মনীল অমসুং ইলেক্ট্রিসিটিগী এনর্জী লৌবাতাই। খুৎশু-খুৎলাইগী মথক্তা শাননবা পোৎচাকশীং, মুং, উ, রা, মেতেল অমসুং প্লাস্তীকচীংবা পোৎশীং অসি চংঙকই। মরম অদুনা পোত্থোক পুথোকপদা চংঙিবা খুৎশু খুৎলাইশীং অমসুং পোৎচাকশীং অসিবু পুল্লপ্না পোত্থোক পুথোক্নবা উপায় হায়না খংনৈ।

থংগদবা রাফম অমনা পোৎ নত্রগা মেছিন নত্রগা এনর্জি অসিনা মশা মতোমতনা করিমতা পুথোকপা ঙমদে। মীওইবগী থবক শুবগী পাম্বৈনা মথোয়শিং অসিবু শিজিন্নৈ। মরম অদুনা

থবক শুননবা উপায়শিং অমস্তুং লৌশিং শিজিন্নদুনা থুৎলাইশিং অসিবু শিজিন্নরিবা মীওইশিং অসি পুন্নপা সমাজগী পোথোক পুথোকপগী শক্তিশিং হায়না থংনৈ (The means of labour and the people who set them in motion are called the productive forces of society)। মতাং অসিদা লেনিনগী ৱাহৈ অমতং নিংশিংসি— সমাজগী পোথোক পুথোকপগী মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা অসি শিন্মীশিংনি।

পোথোক পুথোকপগী থৌওংদা মীশিংগী মরক্তা মরি লৈনরকই। অসিবু পোথোক মরি (production relation) হায়না থংনৈ। হায়বদি পোথোক পুথোকপগী থৌওংদা চেন্নরিবা পোংশিং অসি করম্না ওথোক ওনশিল্ল তৌবগে অমস্তুং পোথোকশিং অসি করম্না য়েন্থোকপগে হায়বনচিংবা থৌওংশিংদগী থোক্লকপা মীশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অদু পোথোক মরিনি। পোথোক মরীগী মরুওইবা ৱাহংদি পোথোক পুথোরবা পাম্বৈশিং অসিগী মপু কনানো হায়রকসিনি। থুদম ওইনা কেপিতেলিজমগী সমাজদা ফেক্তরী, ট্রান্সপোর্টেনচিংবা অসি শেঙ্গাও পাইবা মীগীনি। অদুগী ওম্ন-তৈনবদা সোসিএলিজমদদি পোথোক পুথোরবা পাম্বৈশিং অসি মীয়ামগীনি।

পোথোক পুথোরবা শক্তিশিং অমস্তুং পোথোক মরি অনি অসি পুম্না পোথোক পুথোকপগী মওং (mode of production) হায়না ঐথোয়না থংনৈ। পোথোক পুথোকপগী মওংদা থেন্নবা লৈবদগী ইতিহাসগী লমংওনশিং (historical epochs) অসি অমম্মা অমগা থেন্নৈ।

কায়রবা পোথোক পুথোকপগী মওং মথল মঙাথক— মসি। (১) প্রীমিটিভ—কম্যুনেল (২) মীনাই লোইবা (slave—owning) (৩) ফিউদেলিজম (লৌয়াম চাবা) (৪) কেপিতে-লিজম অমসুং (৫) কম্যুনিজম। কম্যুনিজম অসি সোসিএলিজম অমসুং প্রোপর কম্যুনিজম হায়না থাক অনি থোক্না থাইদোকপা য়াই।

মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা মীওইবা সমাজগী পোথোক পুথোক-পগী মওং অসি য়াম্না মরু ওইবা নীয়মগী হায়বা উৎখি। পোথোক পুথোকপগী মওং অদুনা সমাজগী শক্তম্ম লেপ্পী। তুহৎ-নৈহৎপনা থল্লবা কেপিতেলিস্ত-গী সমাজদা মী থরনা ফমজা চারিবা অসি প্রিমিটিভ—কম্যুনেলগী সমাজদা উবা ঙমদে। মরমদি প্রিমিটিভ—কম্যুনেলগী থাক্তা পোথোক পুথোকপগী মওং অসি অসুক্কী মতিক চাউখৎতে, মরম অদুনা মী থুমিংমক হিংনবা থবক ৱানা শুবা তারম্মী। অনিশুবদা পোথোক পুথোকপগী মওং অসি ইতিহাসপু লমজিংবা ঙম্বতা নত্তনা সমাজ অমবু চাউখৎহনবা ঙম্বা ফেক্তরনি। মরমদি পোথোক পুথোকপগী মওং হোংঙকপগা লোয়ননা সমাজ অসিসু হোংঙকই। সমাজ অমগী ইতিহাসন অসি পোথোক পুথোক-পগী মওং মথং মথং হোংঙকপগী ইতিহাসনি।

অদু ওইরবদি মতৌ করম্না পোথোক হেন্সংলকপগে? লোয়-ননা পোথোক পুথোকপগী মওং অমদগী মওং অমদা হোংদোক্লুনা সমাজদা করম্না অহোংবা পুরকপগে?

পোথোক পুথোকপা মওংগী অহোংবা অমসুং চাউখৎলকপগী মরু ওইবা মচাক অদু পোৎ পুথোকপা মওং অদুগী মসুংদা থিগদবনি।

পোখোক পুথোক্লবা শক্তিগা পোখোক মরিগা খয় মথৈদি মখা পোন্নে। পোখোক পুথোক্লবা শক্তিনা ঙম্মা চৎলি। পোখোক মরিস্থু শোয়দুনা শেম্মকপদি নত্তে। পোখোক পুথোক্লবা শক্তিগী চাউখৎপগী থাক অদুনা লেপ্পী। খুদম ওইনা প্রিমিতিভ কম্যু-নেলগী মতমদা পোখোক পুথোক্লবা খুৎলাইশিং অসি অস্থক্কী মতিক চাউথৎতে। মরম অদুনা মীশিংনা হিংনবগীদমক্তা জঙ্গলদা পুন্না পুন্না শা তানবা নত্রগা লৌবুক্তা লৌ উমিন্নবা তারম্মী। মদু তৌদ্রবদি মীশিংনা হিংবা ঙম্মমলোই। পোখোক পুথোক্লবা শক্তিগা পোখোক মরিগা পুন্না চৎমিন্নবা তারবস্থু মথোয় অনীগী মরক্তা কন্ত্রাদিক্সন লৈতবদি নত্তে। পোখোক পুথোকপগী চাং অসি চপ লেপ্পুনা লৈবা নত্তে, অতৎ অথম লৈতনা হেঙ্গৎ-লক্লিবনি। অদুগা পোখোক পুথোক্লবা শক্তিশিংস্থু চাউখৎলক্লিবনি। থবকশিং অসি য়াম্না লাইনা তৌননবা অমস্থুং পোৎ হেন্না পুথোকপা ঙম্মবগীদমক্তা মীশিংনা লৌশিং হেন্না তানশিন্নবা হোৎ-নবতা নত্তনা খুৎস্থু-খুৎলাইশিং ফগৎনবা হোৎনৈ। অদুগা পোৎথোক মরীনা লেংদনা লৈগল্লি। অদুবু খয়মথৈদি হোংদবা নত্তে। খুদম ওইনা কেপিতেলিস্ত-কী পোখোক পুথোকপগী মওং অসিদা পোখোক পুথোক্লবা পাম্বৈশিং অসি অঙকপা ফংনা চাউখৎলে। অমরোমদনা পোৎথোক মরিদি কয়া কম্না হোংদে হায়বদি মমাংঙৈগী মী থরনা মপু ওইবা অমস্থুং তুহৎ-নৈহৎপগী মরি অদু অদুম লৈ। পোখোক পুথোক্লবা শক্তিনা অনৌবা মওংদা হোংঙকপা অসিগা হায়গী পোখোক মরীগগী মরক্তা

কস্ত্রাদিক্সন থোক্লকই। কস্ত্রাদিক্সন হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা সমাজগী কাঙলুপশিংগী মরক্তা লৈরিবা মরী অসি ফংচিল্লক্কে। থুনা নত্রগা ত্তপ্পা, সমাজ অমা চাউখৎনবগীদমক্তা অরিবা পোথোক মরী অদু অনৌবা পোথোক মরীনা শিন্দোকপা তারম্মী। হৌজিক্কী মতমগী কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক মরী (হায়বদি পো-থোক পুথোক্লবা শক্তিশিং লম্লাই কেপিতেলিস্ত থরগী ওইখিবা অদুগা পোথোকশিং অদু কেপিতেলিস্ত-শিংনা পাইশিনখিবা মওং) অসিনা পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং চাউখৎহনবদা অথিংবা পী।

কেপিতেলিস্ত-গী লৈবাকশিংদা মী কয়ামরুম থবক ফংদনা লৈরিবা অসিনা তাকপদি সমাজ অমগী পোৎথোক পুথোক্লিবা মীওইশিং— মরু ওইনা শিন্মীশিং অসি থবক শিজিন্নবা ঙমদ্রে হায়বা তাকপনি। অদুগীস্থ মথক্তা শিণ্মীশিংগী মমল নোংম নোংমগী হন্থরক্লি। পুম্নমক অসিগী মরুদি পোৎথোক পুথোক্লবা পাম্বৈশিং অসি লম্লাইগী খুত্তা লৈখিবা অমস্তুং কেপিতেলিস্ত গী পোৎথোক মরী অসিননি। কেপিতেলিস্ত-গী সমাজদা বিজ্ঞান অমস্তুং টেক্নো-লোজী অঙকপা ফংনা চাউখৎলকপদগী পোৎথোক পুথোক্লবা পাম্বৈগা পোৎথোক মরীগগী মরক্তা মুক্লবা য়াম্না হেঙ্গৎলে। ২০ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চনশিল্লকপদা পোৎথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং কয়াদা চাউখৎলক্লিবা। ইলেকট্রোনিক কম্প্যুতরনা মীওই-বগী থবক কয়াদা মতেং পাংলক্লি; নিউক্লিয়ার ইনর্জী শিজিন্নদুনা পবার ইন্দস্ত্রী চাউখৎলক্লি; সিন্থেতিক্কী পোৎ শিজিন্নখৎলকপা অমস্তুং স্পেস্তা থীব-হুম্বগী থবক হেঙ্গৎলক্লিবা অসি বিজ্ঞান অমস্তুং

টেক্নোলোজীদা রিভলুসন তৌরকপগী ময়েক লারবা থুদম ভাক্তনি। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীদা য়াম্না চাউথংলকপা অসিনা মরম ওইরদুনা কেপিতেলিজমগী মসুংদা য়াউজরিবা কন্ত্রাদিক্সন অদু শার্থীনা হেন্গৎলক্কই। অমসুং কেপিতেলিস্ত-শী পোথোক মরী অদু চম্নরক্তে, হায়বদু উৎলি। থবক ফংদবা মীশিং হেন্গৎলকপা, এনভাইরোনমেন্ত নোংম নোংমগী মাং তাকশীন্নকপা অমসুং লালগী থুৎস্থু-থুৎলাই শাগৎলকপা পুম্নমক অসিগী মরুদি কেপিতেলিস্ত-শিংনা মশাগী ওইজবতা থনবা অমসুং পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি শেঞ্জাও পাইবা মী থরগী থুক্তা লৈবদগীনি। মরম অদুনা কেপিতেলিস্তগী পোথোক মরী অসি অতোপ্পা মরী হায়বদি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি মীয়ামগী থুক্তা শীন্নবা হায়বা মরী অমনা শীন্দোকপা অসি তঙায় ফত্রবনি। সোসিএলিজম—মী থরগী অনীংবগী মথা পোন্দবা, মীয়ামগী ওইবা অথুবা দরকারনি।

অনিশুবা শরুক

# সমাজ হায়বসি করিনো?

মেত্তিৄয়রিএলগী সংসার অসি অস্থুম অস্থুম ইভলুসন তৌরক্লুনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক—মীওইবগী সমাজ হায়বদু ওইখি। হায়রিবা অসি পোৎশিংনা লেংবগী থাক্তা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্লি। এঙ্গেলসনা পোৎশিংনা লেংবগী মওং অসি মথল মঙা থোক্লা থায়দোকখি:— (১) মেকানিকেল (২) ফিজিকেল (৩) কেমিকেল (৪) বাইওলোজিকেল (biological) অমস্থুং (৫) সোসিএল অসিনচিংবা। মরম অদুনা সমাজগী পুন্সি অসি পোৎশিংনা লেংবগী খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্লি।

সমাজ অসি প্রকৃতীদগী মশা-মরেং লোংথোক্লকপা মেত্তিৄয়-রিএলগী সংসারগী শরুক অমনি। ইতিহাসগী লম্বীদা অস্থুম অস্থুম চাউথৎলক্লিবা মীওইবগী পুন্সিবুনি। সমাজ অসি সিস্তেম অমনি— মসিগী মরু ওইবা মচাক্তি মীওইবনি। ইতিহাসগী থৌওংশিংগী থৌবুদি মীনি। মী য়াউদনা সমাজ লৈবা য়াদে। সমাজ অমা লৈরকপসি মী লৈরকপনি। তৌইগুম্বস্থুং মী খর পুনশিল্লগা সমাজ অমা শেম্বনি হায়না ইচম-চম্না লৌবদি লাল্লি। সমাজগী পুন্সিদা য়াউরিবা থৌওং কয়া হায়বদি পোৎ-চৈ পুথোকপা, ক্লাস

স্ত্রগল অসিনচিংবা অসি সমাজ অদুগী চংত্রবা য়াত্রবনি। মীশিংনা থবক থৌওং কয়াদা শরুক য়ায়কপদগী থোরক্লিবা সমাজগী মরী (মেত্যিরিএল অমস্থং আইদিওলোজিকেল ওইবা মরী) অসিস্থ সমাজ অদুগী চংত্রবা য়াত্রবা শরুক অমনি। অদুগা অরোইবদা ইতিহাসগী ঈচেল অসিদা মীশিংনা শেমগৎ-শাগৎচরক্লিবা মেত্যিরিএল অমস্থং কলচরগী ভ্যেলুশিং হায়বদি টেক্নোলোজী অমস্থং আর্টশিং অসিস্থ সমাজ অমগী পুন্সিদা য়াম্না মরুওইবা অমনি। সমাজ অমবু সিস্তেম অমা ওইনা নৈনবা তারবদি মরুওইবা য়ুম্ফম মরি নৈনগদবনি :— ১। অর্থনীতি (শেল-থুমগী) ২। সোসিএল ৩। রাজনীতি (political) ৪। ইন্তেলেকচুয়েল (Intellectual),। মরি অসিগী মন্থংদা অর্থনীতিগী মরী অদুদি হায়না নৈনগ্রে। মরম অদুনা লেমহৌরিবা শরুকশিং অদু নৈনবা তাবনি।

## সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন
## (Socio-economic formation)

মার্ক্সনা সোসিএল ইভলুসন তৌরকপগী মতাংদা ইতিহাসকী অচৌবা তাঙ্কক থরা খন্দোকখি। তাঙ্ককশিংগী অকরুবা অর্থনীতি, আইদিওলোজী অমস্থং রাজনীতিগী মরীগী তোঙান-তোঙানবা গুণশিং লৈ। প্রকৃতীগা চাংদম্নবদা মীশিংগী পুন্সিদা অকরুবা গুণ থরা ফোংদোক্লিবা অদুবু সমাজ হায়না থংনৈ। অদুগা সমাজ অমা চাউথৎলকপদা তোঙান-তোঙানবা থাকশিংগী তোপ-তোপ্পা গুণশিং ফোংদোক্লিবা অদু সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন হায়না থংনৈ।

"The socio-economic formation, according to Marx and Engels, is a society at a definite stage of historical development, society with a peculiar, distinctive character."

মার্ক্সনা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী থীওরী অসি লাইরিক খরদা শন্দোক্লা ইথি। লাইরিকশিং অদুদি "রেজ লেবর অমসুং কেপিতেল, কেপিতেল" অসিনচিংবা। লেনিননা অসুম্না ইরম্মী: "কেপিতেল হায়রিবা লাইরিক অসিদা মার্ক্সনা কেপিতে-লিস্ত সমাজ অমগী অপুম্বা শক্তম অসিবু অ'হংবা পোৎ অমদোনা অপাবশিংদা উৎল্লি।" লাইরিক অসিদা হৌজিক হৌজিক্কী পোথোক পুথোকপগী মওংশিং, পোথোক মরী অদুগী মসুংদা য়াউজরবা কাওলুপশিংগী মুরুবশিং, অমসুং শেঙ্গাও পাইবশিংবু ভাক শেল্লিবা বুর্জুবাগী রাজনীতিগী শক্তমশিং উৎলি। অদুগীসু মথক্তা বুর্জুবাগী ইমূং-মসুংগী মরী, নিংতম্বা অমসুং মান্নবা (equality) গী মতাংদা বুর্জুরাশিংনা খনবা বাখল্লোন অসিনচিংবা শক্তম কয়া উৎথি।

সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন খুদিংমক্কী মরুওইবা মচাক (formative elements) লৈবতা নত্তনা যুম্ফম (basis) অমসুং মথক্কী কায়াৎ (super-structure) লৈ।

পোথোক মরীগী (production relation) সিস্তেম অদুবু সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী যুম্ফম হায়না খংনৈ। অদুগা ধর্মগী বাখল, রাজনীতি, আইন, এথিক্স (ethics), এসথেতিক (aesthetic) অমসুং অতৈ অতৈ ফিলোসোফি কয়া নৈনরিবা

সিস্তেম অদুবুনা মথক্কী কায়াৎ (super-structure) হায়না খংনৈ। মথক্কী কায়াৎকী মনুংদা ষ্টেট, রাজনীতিগী দলশিং, চর্চশিং (churches) অমসুং চানবা ইনস্তিটিউতশিং অসি চল্লি।

সমাজ অমগী অককুবা য়ুম্ফম (basis) অমসুং মতুংগা চানবা মথক্কী কায়াৎ (superstructive) লৈ। য়ুম্ফম অমসুং মথক্কী কায়াৎকী মরক্তা লৈরিবা মরী অসি নীয়ম-কানুন কয়ামুক্তা পুল্লি। য়ুম্ফম অদুনা মথক্কী কায়াৎকী লমচৎ অদু লেপ্পি। য়ুম্ফম অদুনা হোংবা তারবদি মথক্কী কায়াৎ অদু হোংঙকই। অদুমদি ওইরগা মথক্কী কায়াৎ অদুনা য়ুম্ফম অদুদা শাফু পিদবদি নত্তে। ষ্টেটনা, রাজনীতিগী পার্টিনা সমাজগী পুন্সিদা য়াম্না চাউনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই। খুদম ওইনা বুজ্জুর্বাগী ষ্টেটনা শেঙ্গাও পায়বশিংগী লল-থুম ঙাক শেনবা অমসুং কেপিতেলিস্ত-কী মরী ঙাক শেনবদা অচৌবা শরুক য়াই।

য়ুম্ফম অমসুং মথক্কী কায়াৎ অনী অসি সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী মরুওইবা মচাক ঙাক্তনি। ফোরমেশন খুদিংমক্কী অককুবা শক্তম লৈ। সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশনগী মনুংদা থোওং অতৈ থরম্থ য়াউই। খুদম ওইনা, অককুবা ইতিহাসগী ওইবা মী কাঙলুপশিং (ক্লান, এাইব, নেশনেলিটি, নেশন) অমসুং ইমুং-মনুংশিং অসিনচিংবা। হায়রিবশিং অসি য়ুম্ফম নত্রগা মথক্কী কায়াৎদা য়াউহনবদি অরানবা ওইগনি। সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশন অদুগী মনুংদা য়াওবনি। প্রীমিতিভ-কম্ম্যুনেল হায়রিবা ফোরমেশন অদুগী মতমদা ক্লান, এাইবনচিংবা লৈরম্মী। প্রী—

কেপিতেলিস্ত হায়বা ফোরমেশনগী মন্নুংদা নেশনেলিটিজ (natio-nalities) লাক্লে। কেপিতেলিজমগী থাক্তা নেশনেলিটিজদগী নেশন শাগৎলক্লে। সোসিএলিস্ত সমাজ ইউ, এস, এস, আরদা অনৌবা কম্যুনিতি সোভিয়েট পীপল অমা হৌজিক লৈরবনি।

তোঙান-তোঙানবা সমাজগী থৌওং কয়ামরুম অসিনা ময়ান-তুযান য়ানশিল্লগা শোয়তুনা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অমা শম্বা নত্তে। মার্ক্সিজম্না সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনবু তা-শিল্লবা-ওর্গানিজম— মপুম অমা ওইনা উৎলি। অসিগী মন্নুংদা থৌওং কয়ামরুম অসি হকচাং কায়াৎশিংগী মতৌগুম্না অমগা অমগা মরি লৈনৈ অমসুং হাকথেংননা নত্রগা নাকোইননা ইন্তরেক্ট তৌনৈ। ময়াম অসিবু অমতা ওইনা মপুম ওইনা তাশিল্লিবা মচাক্তি পোথোক পুথোকপগী মওং (mode of production) অত্থনি।

সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অমদগী অতোপ্পা অমদা মথং-মথং হোংঙকপগী মওং :—

সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন মখল ৫ লৈ। ১। প্রীমি-টিভ-কম্যুনেল ২। স্লেভ-ওন্নীং (slave-owning) ৩। ফি-উদেল ৪। কেপিতেলিস্ত ৫। কম্যুনিস্ত।

প্রীমিতিভ-কম্যুনেলগী সিস্তেম অসি অহানবা সোসিও ইকো-নোমিক ফোরমেশন্নি। মীওইবনা শাশিংদগী তোঙান্না তারকপা মতমদগী মীওইবগী ইতিহাস হৌরে হায়বা য়াই। য়াম্না ওল্লিবৈগী মতমদা পোথোক পুথোক্লবা খুৎলাইশিং অসি য়াম্না চম্মী অমসুং

মপুং ফাদে। খুদম ওইনা চৈত্তুপ, সুংগী শীংচং, তেন অমসুং লীরুং অসিনচিংবা। মীওইবগী ইভলুসনগী য়াম্না মরু ওইবা মতমদি মৈ থোকহনবা তম্বা মতম্নি। পোৎ অমা চিংবা-খোৎপগী থবক অসি মীওইবগী শাজনতরা তৌরম্মী। মতুংদদি চিংবগী থবক্তা শাশিং শিজিন্নরকই। মতম অমুগী মীওইশিং অসি য়াম্না পংলম্মী অমসুং থবক শুবদা হৈ-শিংবা য়াম্না ৱাৎলম্মী। মীশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অসি মতম অদুগী পোথোক পুথোকুবা শক্তিশিংগী য়াম্না চাউথৎতবা মওং অদুগা চানৈ। পোথোক পুথোকুবা পাম্বৈশিং অসি মরামগী ওইরম্মী। অদুগা পোথোক মরীনা অমগা অমগা মত্তেং পাংনবা অমসুং কো-ওপরেশন পিনবা মরিনি। মথোয়না পুথোকপা পোৎ খুদিংমক চপ মান্নবা য়েন্নবা তাই। মথোয়না মথোয়গী হিংবদা চংবা পোংকী চাং অদুতমক পুথোকপা ঙম্মী; অহেনবা পোথোক্তি পুথোকপা ঙমদে। মরম অদুনা প্রীমিতিভ সমাজদা তুহৎ-নৈহৎপা লৈতে। চৎনবী কন্তুম অমসুং ট্রেডিশনগী মত্তেংনা লৈবাক ৱায়েল তৌই। মতম অদুগী ধর্ম্মদা য়াম্না থাজে। কন্স্যেনগুীমিতি (consanguinity) গী প্রিন্সীপলদা মীশিংনা কাংবু-কাংবু ওইনা খুন্দাম্মী। প্রীমিটিভ-কম্যু-নেজগী সিস্তেম অসি য়াম্না তপ্না-তপ্না চাউখৎলকই। সিস্তেম অসি চহি লিশিং কয়ামরুম পুক্সিথি। অদুগা পোথোক পুথোকুবা শক্তিশিং চাউথৎলকপগা লোয়ম লোয়ননা সিস্তেম অসি কায়থবা হৌরকই।

মতমগী মতুংইন্না মীশিংনা উগী অমসুং মুংগী খুৎশু-খুৎলাই-শিংগী মতুংতা য়োংকী খুৎশু-খুৎলাই শিজিন্নবা হৌরকই। থবক

শুবগী লৌশিংশু হেঙ্গৎলকই। অহানবদা, ষ্টোক-ব্রীদিং (stock-breeding) তৌবা কাংবুনা লৌউবগী থবক্তগী তোঙাম্না তারকই। হেন্দিক্রাফস (অসিগী মনুংদা খুংশু-খুৎলাই শাবা, ফী·মুং, খোংউপ্প-চিংবা শাবা য়াউরি) গী পোৎ পুথোকপগী থৌওং অসি মনীংতম্বা মশা অমা ওইরকই। লেবরগী পোত্থোকশিং অসি অমগা অমগা ওল্লবা(ex-change তৌবা) তারকই। হৌজিক্তি অপুনবা ইকোনোমিগী দরকার ওইরক্তে। মরম অদুনা ক্লান (clan) শিং অসি ইমুং-মমুং (fami-ly) গী ইউনিট কয়ামুক্তা থুগাইরকই। ইমুং-মমুং অমনা শেল-থুমগী মনিংতম্বা ইউনিট অমা ওইরকই। অহেনবা পোত্থোক পুথোকপগী খুদোংচাবা ফংলকই। মী অমনা মশাগী হিংবদা চঙবা চাং অদুদগী হেম্না শুবা ঙম্মকই। হায়রিবা মওং অসিনা তুহৎ-নৈহৎ-পগী খুদোংচাবা পীরকই, শেল-থুম পাইবদা অৱাং অনেম খায়রকই। য়াম্না লাইরবা মীশিংনা মখোয়গী ত্রাইবশিংগী পৈশা পাইবা মীওই থরদা শেল-থুমগী মতাংদা নোঞ্জবা তারম্মী। অমরোমদনা লালদগী ফংলকপা বন্দীশিং অসি মীনাই মশিং চেঙ্গৎলকপগী হৌরকফমসু ওইরম্মী। ক্লান অমসুং ত্রাইবগী ফম্নাইবশিং— লালগী লীদর, ত্রাইবগী অহল্লোনশিং অমসুং পুরোহিতশিংনা মীনাই মপু অহান্বা ওইরম্মী।

২। শ্লেভ-ওল্লীং (মীনাই লোইবগী) ফোরমেশন :—

ফোরমেশন অসিগী শক্তমদি— মীনাই লোইবা কাঙলুপ অমা থাক অসিদা ময়েক শেংনা উরক্লে। মীনাই লোইরিবা কাংবুশিংনা পোত্থোক পুথোক্লবা খুৎলাইশিং অসিগী মপু ওইবতা নত্তনা মীনাই

মশামক অত্নগী মপু ওই। মতম অত্নগী পোথোক্কী মরী অসি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অত্নগী চাউখৎপগী থাক অত্ননা লেপ্লী। তাঙ্কক অসিদা পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিংগী থাক অসি পোথোক থরমখৈদি হেঙ্গৎহনবা ঙম্বা অত্নগা থরমখৈ তুহৎনৈহৎপা ঙম্বগী থাক য়ৌরে। পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অত্নু কা হেন্না চাউখৎতবা মরম্না শিন্মীশিংগী চাবা থকপগী চাং ককথবা মওংগী তুহৎপা মখল অত্নতমক ঙম্লম্মী। প্রিমিতিভ কম্যুনেলগী থাক্তা লৈরম্বা অমগা অনগা মতেং পাংনবা মরী অত্নগী মহুত্তা তুহৎপগী মরীময়োল চোংলকই। হায়বদি সমাজ অমগী কাণ্ডলুপ অমনা কাণ্ডলুপ অমবু নমথবা ঙম্মকই। মরম অত্ননা য়েংথিনবা কাণ্ডলুপ অনী থোক্লকই— মীনাইগী মপুশিং অমসুং মীনাইশিং। তুহৎপিরবা মীওইশিং অসিবু হাযবা ইলহন্নবগীদমক্তা অমসুং পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি লম্নাইগী থুত্তা থম্বা ঙম্নবগীদমক্তা ষ্টেট অমসুং মীয়াম্বু নমথনবা পাম্বৈ কয়া শেমগৎলকই— থুদম ওইনা লাঙ্মী, রায়েল-বীচার তৌনবা কোর্ট অমসুং লৈবাক ঙাক্লবা অতৈ পাম্বৈশিং অসিনি। মীনাই লোইবগী সিস্তেমদা লৈরিবা পোথোক মরি অসি পোথোক পুথোক-নবা শক্তিশিংবু ফগৎহনবদা থরমখৈদি মতেং পাংই। মীনাই কয়া কয়া শিজিন্নত্ননা অচৌবা প্রোজেক্ট, লম্বী-থোং, য়ুম-কৈ, শাগৎপা ঙম্মী। মতাং অসিদা অনৌবা মখলগী থবক থুৎযেল অমা চৎনরকই। ম্যেন্নুৱেল (manual) লেবরদগী ইন্তেলেকচুয়েল (intellectual) লেবরনা তোঙাম্না তাথি। মতম অত্নদদি ইন্তেলেকচুয়েলগী লেবর অসি প্রোগ্রেসিভ ওই মরমদি মী থরনা পোৎ-চৈ শাবদা হকথেংননা

'য়াউরক্কবদগী বিজ্ঞান অমস্তুং আর্টসনচিংবদা চাউখৎহনবা খুদোংচাবা ফংলকই। মমৈথংদদি মীনাই লোইবগী পোথোক মরি অসি চন্নরক্তে, অমস্তুং পোথোক পুথোক্কবা শক্তিশিং অসি হেন্না চাউখৎহনবা ঙম্নক্তে। মীনাই মপুশিংনা মথোয়গী থায়াৎতা লৈরিবা মমল হোংলবা মীনাইশিং অসি শিজিন্নদুনা পোথোক পুথোক্কবা খুৎলাইশিং ফগৎনবা হোৎনদে। মীনাইশিং অসিস্তু তুহৎপীবনা মরম ওইরদুনা থবক্তা কয়া হৈনিংদে। লাইরবা কাংবু অমস্তুং মীনাইশিংনা লাল হৌরকপদগী অমস্তুং থংনবদা লৈরিবা ত্রাইবশিংনা লান্দারকপদগী মীনাই লোইবগী সিস্তেম অসি কায়থরকই। মতুগী মহুৎতা ফিউদেলিজম হায়না থংনবা অনৌবা ফোরমেশন অমা শেমগৎ-শাগৎলকই।

## ফিউদেলিজম ঃ

ফিউদেলিজমগী থাক্তা পোথোক পুথোক্কবা পাম্বৈশিং অসি ফিউদেল লোর্ডশিংনা মপু ওই। লমশিং অদুস্তু লোর্ড অদুগীনি। অদুগীস্তু মথক্তা থবক শুরিবা মীশিং অসিস্তু থরমথৈদি মপু অদুগী মীথা পোনবা ভারম্মী। সর্ফ (serf) অদুনা মপু অদুগী লম্নাইগী থবক কয়ামকুম তৌবা তাই। ফিউদেলিজমগী থাক্তদি লৌমী অমস্তুং ক্রাফটসম্যেন (craftsman) শিং অসিগী মশাগী লম্নাই লল-থুম থর লৈ। মশাগী ফার্ম নত্রগা কারখানা মচা-মচাশিং লৈজে। লৌমীশিং অসিনা ফিউদেল লোর্ড অদুগী থবক থর তৌরম্নগা মশা-মশাগী লম অদুদা থবক শুই। খুৎস্তু-খুৎলাই ফগৎহনবা অমস্তুং লৌউবগী মওং ফগৎহনবদা থম্নাই হুকচাং য়াউই। ফিউদেলগী

পোথোক মরি অসি লাকপদগী পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং ফগৎ-হনবগী খুদোংচাবা কযা থোক্লকই। লৈবাক লৈহাও চেন্নবা হোৎন-বদা নত্তনা লৌউ-শিংউগী পোথোক যগৎনবা হোৎনরকই। লল্লোল-ইতিক হেঙ্গৎলকই, সহর চাউথোক্লকই। সহরনা কলচর, রাজনীতি অমস্থং অর্থনীতিগী থম্মোয়গী-থম্মোয় ওইরকই। ফিউ-দেলগী ফোরমেশন্দা কাগুলুপ অনিনি— কাগুলুপ অমনা ফিউদেল লোর্ড অতুগা কাগুলুপ অমনা লৌমীশিংনি। মথোয় অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি এন্তাগোনিস্তিক ওইবা মরিনি। লৈরিবা ষ্টেট অতুনা ফিউদেল লোর্ড অতুগী স্বার্থদা থবক তৌই। চর্চ অমস্থং ধর্ম্মগী থবক্তা থরায য়াম্না য়াউই। মতমগী মতুংইন্না পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং চাউখৎলকপসিগা পোথোক মরি অমস্থং মথক্কী কায়াৎকা য়েৎনবা হৌরকই। সহরদা ইন্দস্ট্রিগী থবক চাউখৎলক-পদগী ফ্রি লেবর মারকেট (free labour market) গী দরকার ওইরকই। হায়বদি ফিউদেল লোর্ডগী খায়াৎতগী নাম্থোরক্লবা অমস্থং পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অতুদগী নীং-তম্নবা শিন্মীশিংগী দরকার ওইরকই। ফিউদেলিজমগী থাক্তা লৌউবা অতুনা মপু অতুগী থবক শুবদা অয়াম্বা মতম লেল্লম্মী। ফিউদেল সমাজগী গর্ভদা কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক পুথোকপগী'মওং অসি ময়োল চোংলকই।

## কেপিতেলিস্ত-ফোরমেশন হায়বসিনা করিনো?

কেপিতেলিজম চাউখৎলকপদগী পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি য়াম্না থুনা চাউখৎলকই। কেপিতেলিজমগী থাক্তা শেঙ্গাও পাইবা বুর্জুবা কাংবু অসিনা পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিংগী মপু

শুইখি। ইন্দষ্ট্রীদা অফবা খুৎশু-খুৎলাই শিজিন্নরকই। স্তিম অমসুং ইলেক্ট্রিসিটিগী পাঙ্গল শিজিন্নরকই। অচৌবা ফেক্টরী কয়া লিং-খৎলকই। কেপিতেলিস্ত-গী অনৌবা পোথোক মরি লাকপদগী পোথোক পুথোক্লবা খুৎসু-খুৎলাইশিং অসি য়াম্না চাউখৎলকই। বুর্জ্জুৱা কাংবুনা খুৎশু-খুৎলাইশিং অসিগী মপু ওইখি। মথোয়না খুৎলাইশিং অসিগী মপু ওইহৌবা ভমহৌদ্রবা শিন্মীশিংগী লেবরবু তুহৎলি। অহেনবা ভ্যেলুশিং অদু কেপিতেলিস্ত-শিংনা লৌশিনখি। মরম অদুনা কেপিতেলিস্তকী সমাজদা পৈশা পাইবা কাংবুগা পৈশা পাইদবা কাংবুগা মুক্লবা হৌরকই। এন্তাগোনিস্তক ওইবা মরিনি। মার্ক্সনা মাগী লাইরিক "কেপিতেলদা" কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক মরি অসি য়াম্না চংখোম্না নৈনখি। মার্ক্সনা হায়খি— কেপিতেলি-জমগী দাইনামিক্সগী মকুওইবা শক্তমদি কেপিতেলিস্ত-শিংনা সরপ্লস ভ্যেলু তানবা অসিবুনি। অসগা লোয়ননা, পোথোক হেঙ্গৎনবা হোৎনবা, মেছিন ফগৎহনবা, শিগ্নিশিংবু তুহৎপা হেঙ্গৎপা, পোথোক পুথোকপদা কাং-খোং চাইবা, কেপিতেলিস্তশিংগী মরক্তা য়াম্না কন্না যেংশিন্নবা, কন্ত্রাদিক্সন হেঞ্জিল্লকপা, সমাজগী লল-থুম মাংহনবা অসিনি। কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক মরিগা চানবা মথক্কী কায়াৎকী দরকার ওইরকই। বুর্জ্জুৱাবু ঙাক শেল্লিবা ইনস্তিটিউশন (Institution) শিং অসি কেপিতেলিজমগী মরুওইবা মথক্কী কায়াৎশিংনি। তুহৎ-লিবা কাংবুগী রাজনিতীগী মতাংদা অহোংবা থরদি উরকই। ভোট থাদবা য়াবগী অধিকার পীবতা নত্তনা আইনগী মীৎয়েংদা মান্নবগী মীৎয়েং থমগনি হায়বা খোল্লাউ লাউরকই। হায়রিবা তাঞ্জা অসিদা

শিন্মীশিংগী ক্লাস স্ত্রগল হেক্তিল্লকপা অমসুং লৈবাক ৱায়েল তৌরিবা বুজ্জ্বা'ৱাশিংগী মন্নুং অমসুং মপানগী পোলিসিনা রিএক্সনরী ওইবা হেক্তিল্লকপদগী ষ্টেটগী এপেরেটস (apparatus) অসি চাউবা হেঙ্গৎলকই। লাম্মী মশিং অমসুং লালগী খুৎশু-খুৎলাই হেঙ্গৎলকই। লৈরিবা বুজ্জ্বা'ৱাগী ইনস্তিটিউশনশিং অসিনা বুজ্জ্বা'ৱাগী লৈঙাক্লোনবু ঙাক শেল্লি। অমসুং তুহৎপীরবা মীয়ামশিংবু হায়বা ইলহন্নবা হোৎনৈ। কেপিতেলিজম অসি তুহৎ-নৈহৎপা মওংগী খম থেংলবা অরোইবা থাক্লি। কেপিতেলিজম চাউখৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা পোখোকশিং অসি মীয়ামগী ওইশিল্লকই। অতুম্নদি ওইরগা পোখোকশিং অসি লন্নাই মীওই খরগী ওইখি। কেপিতেলিজমগী মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সন অসিনি। এন্তাগোনিস্তিক ওইবা কন্ত্রাদিক্সন্নী। মরম অতুনা বুজ্জ্বা'ৱাগী মাইয়োক্তা শিন্মীশিংনা অকনবা ক্লাস স্ত্রগলগী মতেঙনা শিন্মীশিংগা লৌমীশিংগা অমসুং অতৈ লাইরবা তুহৎপীরবা মীওইশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা তারকই। মতৌ অসুম্না সোসিএলিস্ত রিভলুসন পাংথোক্কনি। কেপিতেলিজমগী শাশন অসি থুগায়রবা মতুংদা অনৌবা কম্যুনিস্ত-ফোরমেশন অমা শেমগৎলক্কনি।

## কম্যুনিস্ত-সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন ঃ

কেপিতেলিস্ত সমাজগী মতুংদা কম্যুনিস্ত-সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অসি শেমগৎলক্কনি। ফোরমেশন অসিগী য়ুম্ফমদি মীওইবগী চংত্রবা য়াত্রবা পোখোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি মীয়ামগী ওইহনবনি। সিস্তেম অসিগী পান্দমদি মী অমসুং সমাজ অসিবু

মপুং ফানা চাউখৎহনবনি। কম্যুনিস্ত ফোরমেশন অসিগী তাঙ্কক অনিখক লৈ। (১) সোসিএলিজম অমস্তুং (২) কম্যুনিজম।

কেপিতেলিজমদগী সোসিএলিজম শাগৎলকপদা মতম চংভি। সোসিএলিজম অসি কম্যুনিস্ত সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশনগী অহানবা তাঙ্কক্নি। মতাং অসিদা পোথোক পুথোক্রবা শক্তিশিং অসি মীয়ামগী ওইরে। প্লান তৌরবা ইকোনোমিনি। মীনা মীবু তুহৎপগী চৎনবী অদু মাংশল্লকই। সমাজ অদুদা লৈরিবা পোথোক পুথোক্রবা শক্তিশিং অদুগী চাউখৎপগী থাক অদুগী মতুং ইন্না সমাজ অদুদা লৈরিবা মী খুদিংমক্কী কলচর অমস্তুং পোৎ-চৈগী দরকারশিং অদু ফংননবা হোৎনৈ। মথক্তস্তু পনখ্রে— রিভলুসনগী মতেঙনা কেপিতেলিজম উথাইরবা মতুংদা সোসিএলিজম পুরকই। কেপিতে-লিজমগী থাক্তা ফংথিবা শিল্পীশিংগী হৈশিংবা অমস্তুং টেক্নোলো-জীগী চাউখৎপগী থাক অদুনা সোসিএলিজম শাগৎলকপগী অহানবা খোংথাংনি। অদুম্নদি ওইরগা মতম অদুগী পোথোক অদুনা মী খুদিংমক্তা কঙ্গুম্মরগী পোৎশিং অমস্তুং দরকারশিং অদু নীং থুংহনবা ঙমদে। সোসিএলিজমগী মরুওইবা শক্তম অমনা থবক্কী মতুংইন্না অনোম্মল ফংবা হায়রবসিনি (distribution according to work done)। সোসিএলিজমগী সমাজদা মী খরনা শুরগা, মী খরনা ফমজা চাদুনা লৈথোক্তে। থবক শুবা ঙম্বা মী খুদিংমক থবক শুনবা হোৎনৈ। সমাজ অসিগী পোথোক মরিদি অমগা অমগা মতেং পাংনবা কো-ওপরেশন পিনবা মরীনি। সোসিএলিজমগী প্রিন্সিপলদি :—

"মী খুদিংমক্না মাগী-মাগী অঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না তৌবা থবক্কী মতুংইন্না মহৈ ফংগনি।"

**"From each according to his abilities, to each according to his work."**

অসিনা তাকপদি থবক শুবা ঙম্লীবা মী খুদিংমক্না মাগী-মাগী অঙম্বা শক্তি শিজিন্নদুনা সমাজগী য়াইফনবগীদমক্তা থবক তৌগদবনি। মী অমগী মহৈ হৈবগী থাক, মহাক্না শুরিবা থবক্কী চাং অমসুং মগুনগী মতুংইন্না মাগী ফংফম থোকপা মহৈ ফংগনি। থরা য়াম্না শুবা মীনা থরা য়াম্না ফংগনি। হৈ-শিংলবা শিন্মীশিংনা অচম্বা শিন্মীশিংদগী তলব হেন্নি **(Pay is higher for skilled work than for unskilled)**। শু-নোম্বা ঙম্লিবা মী অমনা থবক শুদ্রবদি মহাক্না সমাজ অতুদগী চেং মরু অমা ফংবগী হক লৈতে। থবক শুদবা মী অদুদি চারোইদবনি।

**"He who does not work, neither shall he eat."**

সোসিএলিজমগী সমাজদা মরুপ শান্নরিবা কাঙলুপ অনি লৈ—অমনা শিন্মীনি, অতোপ্পা অমনা লৌমীনি। শিন্মীনা ইন্দস্ত্রিদা পোৎ-চৈ শাবগী থবক তৌই অদুগা লৌমীনা লৌউ-শিংউবগী থবক তৌদুনা চেং-চাক পুথোকই। অসিগা লোয়ন-লোয়ননা ইন্তেলিজেনসিয়া হায়না থংনবা রিসাছ' **(research)** তৌবা কাংবু, ইঞ্জিনীয়ারীংগী থবক তৌবা মীওইশিং অমসুং আর্টসতা ঙাওবা মীওইশিংগী মশিংসু হেঙ্গৎলক্তবা নত্তে। সোসিএলিজমগী থাক্তা

ফংলিবা রাজনীতিগী শক্তমদি শিন্মী অমস্থং রিভলুসনরী পার্টিনা লুচিংবনি, দেমোক্রেসি মপ্‌ং ফানা চাউখৎহনবতা নত্তুনা ষ্টেটগী থবক্তা মীয়ামবু শরুক য়াহনবনি।

সোসিএলিজমগী থাক য়োরবা কাউবদা মমাংডৈগী কেপিতেলি-জমগী মচাক থরস্থ লেমহৌরি। মমাংডৈগী লেবর য়েষ্প্লোকপগী মওং অতুস্থ লোইনমক মাংদ্রি, ইন্তেলেকচুয়েল অমস্থং ম্যেন্থুরেল লেবরগী মরক্তা খেন্নবা লৈরি, সহরগা খুঙ্গংগা খেন্নরি। সোসিএলিস্ত সমাজগী মন্থংদা হান্নগী চৎনবী চৎপা মীওইশিংস্থ লৈরি, মশাগীনা হেন্না খনবা সমাজগী থোইনা খন্দবা মীওই কয়াস্থ লৈরি। মরম অতুনা সোসিএ-লিজম শাগৎপদা মতম য়াম্না চংঙি। সোসিএলিজমগী সমাজ, চাউ-খৎলক্লিবা, ফগৎলক্লিবা সমাজ অমনি। সোসিএলিজমগী ইভলুসন অসি মতম খেন্নবা থাক কয়ামক্লমদা চত্থরকই। অহানবদা সোসিএ-লিজম শাগৎলকপা অমস্থং চাওখৎলবা সোসিএলিস্ত সমাজ অমা শেমগৎলকপা অসিনি। য়েংথিনবা কাংলুপশিং অসি মাংথ্রবা মতমদা শিন্মীশিংনা স্থপ্না পানবা হায়বা নিয়ম অসি দরকার ওইরক্তে। মতুগী মহুত্তা শিন্মীনদি লুচিংবা মী পুন্নমক্কী শক্তি হায়বতু ওইরকই। সো-সিএলিস্ত সমাজদা মীশিংনা অমতা ওইনা মত মান্নরকই। চাউখৎ-লবা সোসিএলিজমগী থাক অসিস্থ য়াম্না শাংবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমনি। সোসিএলিজমনা অস্থম অস্থম চাউখৎলকপদগী কম্যুনিজমগী থাক্তা চংশিল্লকনি। মতাং অসিদা হংবা য়াবদি কম্যুনিজমগা সো-সিএলিজমগা করি খেন্নবগে? কম্যুনিজমগী থাক্তা পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অসি অওকপা ফংনা চাউখৎলকনি। চাননবা

পোৎ-চৈ মরাং কায়না ফংলক্কনি। মী খুদিংমক্না মানা মানা তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না মী খুদিংমক্কী দরকারশিং অদু ফংহনবা ঙমগনি।

"From each according to his abilities, to each according to his needs".

সোসিএলিজমগী সমাজদা মীয়ামগী খুত্তা পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং শিন্নবগী শক্তম অসি মখল অনি থোক্না খায়দোকই। (১) ষ্টেট অমসুং (২) কো-ওপরেটিভ। অদুগা কম্যুনিজমগী থাক্তদি শক্তম অমথকতমক লৈগনি হায়বদি পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অসি মীয়াম অপুনবগী ওইমিন্নগনি। লেবর অসি হিংন-নবগী উপাই ওইরম্বা অদু তোক্লগা চংদবা য়াত্রবা দরকার ওইরক্কনি। কম্যুনিজমগী থাক্তা কাঙলুপ নাইররোই, খুঙ্গংগা সহরগা থেন্নবা মাংথ্রগনি। ম্যেনুয়েল লেবরগা ইন্তেলেকচুয়েল লেবরগা থেন্নবা লৈররোই। শিন্মী লৌমী থায়ররোই। অদুগী মহুৎতা কম্যুনিস্ত সমাজগী বার্করশিংদমক লৈরক্লগনি। রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি অমসুং অতৈ অতৈ মীয়ম কান্নুনশিং মাংখিগনি। ষ্টেটগী মহুৎতা কম্যুনিস্ত সোসিএল সেলফ গভর্নমেন্টনা মহুৎ শিল্লক্লগনি। থবক শুবগী মতম তেনশিল্লকপদগী, কলচর, স্প্যোর্টস অমসুং আর্টসনচিংবগী হিরমশিং-দা মতম য়াম্না কাইথোকপা ঙমলক্লগনি। মীশিংনা মশা মউ ফগৎ-লকপগা লোয়ননা মোরেল অমসুং ইন্তেলেকচুয়েলগী থাক বাংখৎ-লক্কনি।

## সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী কনসেপ্টকী কান্নবা করিনো ?

ইতিহাস অসি তোঙান-তোঙানবা থোদোক অমসুং থৌওং কয়ানা থল্লবসু সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশনগী থিওরীনা পৃথিবীগী ইতিহাসকী অপুনবা শক্তম অদুবু থিন্দুনা তাকই। সমাজ অমা ইভলুসন তৌরকপগী মওং অসি মখল মথেল য়ামথে। লৈবাকশিং অমসুং মীশিংনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা লম্বী কয়ামরুমদা চংনরি হায়বা য়াই। অদুবু সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী কনসেপ্ত অসিগী মতেংনা মান্নবা অমসুং মরু ওইবা শক্তম থরা হল্জিন হল্জিন্না থোক্লিবা অদুময়েক শেংনা তাকপা ঙমই। এশিয়াগী কেপিতেলিস্ত লৈবাক্কা ইউরোপকী কেপিতেলিস্ত লৈবাক্কা খুদম ওইনা ব্রীটেন, ফ্রান্সনচিংবগা চাংদম্নবদা লম্বী কয়ামরুমদা থেন্নবা উদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মথোয় ময়াম অসিগী মরক্তা মান্নবা অমদি লৈরি মদুদি হায়রিবা লৈবাকশিংদা পোথোক পুথোরুবা শক্তিশিং অসি লন্নাই মীওই থরগী খুত্তা লৈ। কেপিতেলনা রেজ লেবরবু তুহৎলি। উরিবা শক্তম অসি কেপিতেলিজম হায়না থংনবা সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশন অদুগী মনুং চল্লি। ইতিহাসগী থোংচৎতা লৈবাকশিংগী মরক্তা অমগা অমগা ইন্তরেক্ট তৌনৈ। চাউথৎলবা মীশিংগা তোংনৈ, তিন্নৈ। মরম অদুনা লৈবাক থরদদি সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশনগী থাক অমা কানখিবসু য়াই। খুদম ওইনা, মোনগোল (Mongols) শিংগী মীওইদা স্লেভ-ওন্নীং ফোরমেশন অসি কানখি। হৌজিক্কী মতমদা লৈবাক থরদা সোসিএলিজমগী মরা চেৎনা তাশিনধবা মতম অসিদা কেপিতেলিস্ত সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন

অসি কাল্লগা সোসিএলিজমগী মাইকৈদা থোং থাংজিনবা য়াবগী খুদোংচাবস্থু লৈত্তবা নত্তে।

১৯শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অমস্তুং ২০শুবা শতাব্দীগী হৌ-গৎলকপদাকেপিতেলিজমগী অরোইবাথাক-হায়বদি ইম্পেরিএলিজমগী থাক্তা চংশিল্লি। অসিবু ইম্পেরিএলিজমগী মপোক লাংওন (epoch) হায়না থংনৈ। হৌজিক্কী মতমগী মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সনদি কেপিতে-লিজম অমস্তুং সোসিএলিজমগী মরক্তা লৈরিবা কন্ত্রাদিক্সন অদুনি। পৃথিবীগী মফম অমদা সোসিএলিজম লৈরি। অদুগা অতোপ্পা মফম অমদনা বুজ্জুর্বানা পানবা কেপিতেলিজম লৈরি।

---

অহুমশুবা শরুক

# সমাজগী শক্তম অমসুং সমাজগী মরী ঃ

সমাজ অমদা লৈরিবা মীশিংগী মরক্তা প্রকৃতীগী ওইবা থেন্নবা (খুদম ওইনা মুপা, মুপী, জাতী অসিনচিংবা) অমসুং সমাজ অহুমক্কী তোপ-তোপ্পা গুণশিং লৈ। প্রকৃতিগী ওইবা থেন্নবা লৈরিবা অসিগা মান্নদনা সমাজ অসিগী ওইবা তোপ-তোপ্পা গুণ চেল্লক্লিবা অসিগী মরমদি সমাজ অহুগী ইতিহাসনা চাউখৎলকপদগীনি। খুদম ওইনা প্রিমিতিভ-কম্যুনেলগী সিস্তেম অসি নিংথাইরবা মতুংদা, মীওইবনা লম্নাইগী লল-থুম পাইশিল্লকপা অমসুং তুহৎপগী মওং চথরকপদগী কাঙলুপ নাইরকপগী গুণশিং চেল্লকই।

## ক্লান (Clan), ত্রাইব হায়বসিনা করিনো ?

ক্লান অমসুং ত্রাইব হায়বসি মীওইবগী য়াম্না লীরবা কাংবুনি। চাউরাক্লা হৌজিক্কী চহি লিশিং ১০০ রোমগী মমাংদগী ক্লান অসি লৈরক্লবনি।

ক্লান হায়বসি মপা-মপু তিন্নবা মী ৩০—৫০ মুক্তা শাবা ঈ মরীগী কাংবুনি। মসিগী মরুওইবা শক্তমদি (১) ক্লান অহু

তৌদোক্লম্বা মী অহুগী মতুং ইন্না অপুনবা মীংথোল লৈ। (২) অপুনবা লোল লৈ (৩) মান্নবা কষ্টম অমস্তুং ট্রেদিশন লৈ (৪) মান্নবা লাইশোল, মান্নবা ধর্ম্ম লৈ। ক্লান অমগী অপুনবা ইকোনোমী লৈ অমস্তুং পোৎশিং অহু মান্নবা য়েন্নরম্মী। চপ মান্নবা ক্লানগী মীওইশিংগী মরক্তা লুহোংবা থিংলম্মী।

য়াম্না নক্কবা মরী লৈনবা ক্লান কয়ামক্লম পুনশিল্লগা ত্রাইব শেম্মী। মখোয়গী অপুনবা লোল লৈবতা নত্তনা লৈফমস্তু তিন্নৈ। ক্লান অমস্তুং ত্রাইবশিং অসি প্রিমিতিভ-কম্যুনেল সিস্তেমগী মতমদা লৈরম্মী। সমাজ অমা ইভলুসন তৌরকপদা মখোয়না অচৌবা দায়িত্ত লৌরম্মী। শেল-থুমগী ফিভমদা চাউখৎলকপদগী মতমগী মতুংইন্না ত্রাইবগী ওরগানাইজেসন অসি চন্নরক্লে। অহুবু পৃথিবীগী ইতিহাসকী চাউখৎ-খোংথাংদা য়াম্না অরাং, অনেম নাইবদগী হৌজিক ফাউবা লম খরদা ক্লান অমস্তুং ত্রাইবগী শক্তম উবা ফংলি।

ক্লান অমস্তুং ত্রাইবেলগী শক্তম অসিবু নেশনেলিটি (nationality) না মহুৎ শিন্দোক্লকই। কেপিতেলিস্ত সমাজগী মমাংদা লৈরম্বা কাণ্ডবুবু নেশনেলিটিনি হায়। ক্লানগা মান্নদনা নেশনেলিটিদি ঈ-মরিদা য়ুম্ফম ওইদে। থুন্দাফম মান্নবা, মান্নবা কলচর অমস্তুং লোলনা নেশনেলিটিগী য়ুম্ফম ওই। নেশনেলিটি শেম্লিবা মীওইশিংগী মরক্তা অর্থনীতিগী মরী অসি মপাঙ্গল শোল্লি। পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা তোঙান-তোঙানবা ইতিহাসকী থাক্তা নেশনেলিটিশিং পোকথিবনি। নেশনেলিটিশিং হৌজিক ফাউবা উবা ফংলি।

ইকোনোমিক ফেক্টরনা মরম ওইরদুনা, খুদম ওইবা ফিউদেলগী চৎনবী কায়থরকপদগী অমস্তুং অপুনবা জাতীগী কৈথেল লৈরকপদগী নেশন (nation) পোক্লকই অমস্তুং চাউখৎলকই। নেশন অমগী শেল-থুমগী ফিভম মায়ে। খুন্দাবগী মওংদা, লোল অমস্তুং কলচরদা তোংনৈ, তিন্নে। নেশনগা জাতীগা মান্নদে। জাতীশিংগী মরক্তা খেন্নরিবা অসি মপান্থোংগী বাইওলোজীগী ওইবা ফেক্টরশিংনি। মী অমস্তুং সমাজ শেমগৎলকপা হৌরকপা মতম অদুদগী জাতীশিং অসি লাক্লবনি। মীশিংগী মরক্তা শক-চু খেন্নরিবা অসি লম-লমগী লম্মীৎ-তুম্মীৎ, হবা-মুংশিৎ খেন্নবদগী থোক্লকপনি। কুচু কুমেন, শম-মুং খেন্নরিবা, নাতোন অমস্তুং কোক্কী মওংদা খেন্নরক্লিবা অসিসু লম-লমগী মতুংইন্না চুশিন্ননবা অমস্তুং ঙাক-থোক্নবা পাম্মে ওইনা হোংঙকপসু কোঙ্গাইনি। লোয়ন-লোযননা মীশিংনা খুল হোংদোক-হোংজিন তৌবদগী জাতী কয়ামকম য়ান-শিন্নখি অমস্তুং জাতী কয়ামকম খাইদোকখি। মীয়াম্না য়ানরবা জাতীগী কাংলুপ থরা মথাদা পীরি। (১) নেগ্রোইদ (অমুবা কাংবু) (২) কাকেশিয়ান (কুচু ঙৌবা কাংবু) (৩) মোঙ্গোলোইদ (নাপুবা)।

তোঙান-তোঙানবা জাতীশিংগী মীওইশিংগী মরক্তা বাথল থনবা ঙম্বগী শক্তি অমস্তুং পাঙ্গলগী থাক্তা থোইনা খেন্নবা লৈতে হায়না বিজ্ঞানগী মতেংনা প্রমান তৌপ্রে। অদুবু য়াম্না রিএক্সনরী ওইবা বুজ্জুর্বাগী আইদিওলোজিস্ত-শিংনা বিজ্ঞান্নীক ওইদবা বাথল-লোন থরা মথোয়না শন্দোকই মদুদি অফবা জাতী অমস্তুং ফত্তবা জাতী লৈবনিনা ফত্তবা জাতীনা অফবগী মথা পোনবা তাই।

হৌজিক্কী মতমদা নেশন (nation) অনি থোক্লে। (১) কেপি-তেলিস্ত অমসুং (২) সোসিএলিস্ত। নেশন অনি অসিগী তোঙান-তোঙানবা রাজনীতিগী শক্তম, ক্লাস, কায়াৎ, সোসিও-ইকোনো-মিক্কী য়ুম্ফম অমসুং বাখল্লোন লৈ।

কেপিতেলিজম লাকপদগী কেপিতেলিস্ত—নেশন অসি মচা পোক্লকপনি। নেশন অসি কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক পুথোকপগী মওংদা য়ুম্ফম ওইবতা নত্তনা কেপিতেলিস্ত-গী পোথোক মরী লৈ। কেপিতেলিস্ত নেশনগী মমুংদা য়েংথিনবা কাঙলুপ অনি লৈ—বুর্জ্জুবা অমসুং সু-নোম্লিবা মীওইশিং। অদুগা কেপিতেলিস্ত লৈবাকশিংগী মরীদি কেপিতেলিস্ত— লৈবাক অমনা অতোপ্পা কেপিতেলিস্ত— লৈবাক অমবু নমথনবা হোৎনবা অমসুং মীথা পোলহনবনি। নেশনশিংগী মরক্তা খেন্নবা, য়েংথিনবা অমসুং অমগা-অমগা থাজনদবা অমসুং মশা-মশাগীতা থনবা থৌওংশিংনা থল্লী। বুজ্জু্বাগী রাজনীতিদা— কেপিতেলিস্ত নেশনশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি নেশনেলিজমগী মরীনি। নেশনেলিজমগী শক্তমদি—জাতী অমনা তোঙান্না তানিংবা অমসুং জাতী অমগী মগুণতবু বাংনা থাঙ্গৎপা অসিনি। লোয়ন-লোয়ননা অতোপ্পা জাতী অতৈদা থাজবা থমদে, য়েক্লবদৌনা থল্লি। নেশনেলিজমগী মমায় অনি লোংই— (১) শক্তি লৈরবা নেশন অমগী চৌভি-নিজম। মখোয়না নেশন অতৈবু উশিত্তে অমসুং তুহৎনবা হোৎনৈ নেশনেলিজম অসি রিএক্সন্নরী ওইবা মরম্না শিণ্নীশিংনা পামদে অমসুং শোগৎতে। অতোপ্পা মমায় অমনা ওৎপিরবা জাতীগী নেশনেলিজম

অত্থবুনি। ওৎপিরবা নেশনশিংনা নীংতম্বা ফংননবা স্ত্রগল তৌবতা নত্তনা ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌই। মরম অদুনা পোলেটরিএতশিংনা মখোয়বু শৌগৎলি। মতাং অসিদা লেনিননা মথাগী অসুম্না ইরম্মী :—

"ওৎপিররবা জাতী অমগী বুর্জ্জুবা নেশনেলিজম অসি ওৎনৈবগী মাইয়োক্তা শোক্লবা দেমোক্রেতিক ওইবা মচাক য়াউবনিনা ঐখোয়না কন্দিশন পীদনা মচাক অদু শৌগৎপা তাই। খুদম ওইনা নীংতম্বা ফংননবগীদমক্তা হোৎনরিবা এশিয়া অমসুং আফ্রিকা লৈবাকশিংগী নেশনেলিজম পনবা য়াই।

**Lenin wrote : "The bourgeois nationalism of any oppressed nation has a general democratic content that is directed against oppression, and it is this content that we unconditionally support."**

ওৎপিররবা জাতিগী নেশনেলিজমগী ঈচেলদা চেহরিবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা শক্তমশিং অসি মতম থরদগীনি। মরমদি জাতি অদুগী নীংতম্বগী মুভমেন্ত-তা বুর্জ্জুবাশিংনা লৌরিবা ফিরেপশিং অদু তুং কোইবা ফিরেপ নত্তে।

সোসিএলিজমগী মথাদা হান্নগী কেপিতেলিস্ত সমাজদা লৈরম্বা জাতি অমসুং জাতি মচাশিংদগী সোসিএলিস্ত জাতি অমা শেমথি। সোসিএলিস্ত— জাতিদা শেল-থুমগী মরীদা অমগা-অমগা কো-ওপরেশন পিনবা অমসুং মতেং পাংনবা মরীনি। সোসিএলিস্ত

সমাজদদি তুহৎপিরবা অমস্তুং তুহৎলিবা কাংবু হায়না থুগাইদে। নেশনশিং অসি ইন্তরনেশনেলিজমগী থৌরিনা অমতা ওইনা পুনশিল্লি। সোসিএলিস্ত—নেশনশিংগী মরক্তা মরুওইবা শক্তম অনিথক উৎলকই :— (১) নেশন খুদিংমক শেমগৎ-শাগৎপা অমস্তুং চাউখৎহনবনি। (২) জাতীশিং অসি অমগা-অমগা নক-শিন্নরকপদগী নোংমদি অমত্তা ওইখিগনি। অদুম্নদি ওইরগা থৌওং অসি মতম য়াম্না শাংনা চংগনি। মার্ক্সিস্ত-শিংনা থাজৈ মদুদি অমতা ওইরকপগী থৌওং অসি থিংস্তু থিংডোইদবনি অমস্তুং কা-হেম্না থুজিন্নবস্তু হোৎনরোইদবনি।

বুর্জুয়া নেশনেলিজমগী মাইয়োক্তা প্রোলেটরিয়ান ইন্তর-নেশনেলিজম্না লেপ্পী। শিপ্পী অমস্তুং মাগী পার্টিগী আইদিওলোজী অমস্তুং পোলিসি অদুবু ইন্তরনেশনেলিজম হায়না খংনৈ। কেপি-তেলিজমগী— মাইয়োক্তা লাল শোক্লনবগীদমক্তা লৈবাক ময়ামগী শিম্মীশিং অমতা ওইনা পুনশিন্নবা হোৎনৈ। জাতিগী নীংতম্বা অমস্তুং সোসিএলিজমগীদমক্তা মখোয়না মতম চুপ্পদা হোৎনৈ।

ইন্তরনেশনেলিজমগী পুকচেল চেল্লকপগী হৌরকফমদি :— পৃথিবীদা তোঙান-তোঙানবা লৈবাক লৈজরবস্তু শিম্মীশিংগী ইন্ত-রেস্ত-তা খেন্নবা লৈতে; মখোয়না তৌরিবা স্ত্রগলগী অরোইবা পান্দমস্তু মান্নৈ।

প্রোলেটরিযেত ইন্টরনেশনেলিজমগী কন্সেপ্ত অসিগী মথক্তা সোসিএলিস্ত— ইন্টরনেশনেলিজম্না লৈবাক থুদিংমক্কী প্রোলেটরিএত শিংগা মরী থম্বতা নৎতনা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মরক্তস্তু

মরী থম্মী। অদুগীস্থু মথক্তা জাতী কয়ানা শেম্বা সোসিএলিস্ত ষ্টেট অমগী মম্নুংদা লৈরিবা জাতী মচা-মচাশিংগী মরক্তস্থু মরী থম্মী। অদুগা অশেংবা মার্ক্সিস্ত— লেনিনিস্ত-শিংদি মতম চুপ্পদা ইণ্টর-নেশনেলিস্ত ওই।

## কাঙলুপ অমসুং কাঙলুপ মরী ঃ

পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অসি লম্নাইগী খুত্তা লৈবা সমাজ-দদি. কাঙলুপ অমস্নুং কাঙলুপ মরীশিং অসি (class relations) সমাজ অদুগী মরুওইবা কায়াৎশিংনি। লেনিননা "এ গ্রেট বীগীনিং" (A great beginning) হায়বা লাইরিক অদুদা কাঙলুপকী মরমদা মখাগী অস্নুম্না ইখি ঃ—

"ইতিহাসগী মতুংইন্না সমাজগী পোথোক পুথোকপগী সি-স্তেমদুগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা ফিভমদা লৈনরিবা মী কাঙ-বুশিং অদুবু কাঙলুপ হায়না থংনৈ। পোথোক পুথোক্নবা শক্তিশিং অদুগা করি মরী লৈনবগে হায়বা উৎলিবা অদুনস্থু কাঙলুপ তাকই। অমস্নুং সমাজদগী ফংলিবা লল-থুমগী শরুক অদুনস্থু তাকই। মতৌ করম্না লল-থুমশিং অসি তাল্লকপগে হায়বনচিংবা থৌওংশিং অসিনস্থু তাকই।

Lenin gave the following definition of classes in his work, "A great beginning."

"Classes are large groups of people differing from each other by the place, they occupy in a

historically determined system of social production, by their relation to the means of production, by their role in the social organisation of labour and consequently, by the dimensions of the state of social wealth of which they dispose and the mode of acquiring it."

কাঙলুপ থুদিংমক্কী রাজনীতিগী রাথল্লোন অমস্তুং মোরেল্টিটি লৈ। কাঙলুপশিংগী মরুওইবা খেন্নবা অমদি শেল-থুমগী খেন্নবা অসিনি। অদুগা কাঙলুপ থায়রকপগী চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক্তি পোথোক পুথোক্কবা শক্তিগা মীশিংগা করি মরী লৈনবগে হায়বসিনি। থুদম ওইনা কেপিতেলিস্ত-গী সমাজদা বুর্জ্জ্বাশিংনা পোথোক পুথোক্কবা পাম্বৈশিং অসিগী মপু ওইবত্তা নত্তনা সমাজ অদুগী মেত্রিয়রিএলগী ভ্যেলুশিং অদু শেন্দোং ওইনা লৌশিনথি। মরম অদুনা বুর্জ্জ্বা কাংবুনা রাজনীতি অমস্তুং আইদিওলোজিদা অচৌবা থৌদাং লৌই। পোথোক পুথোক্কবা শক্তিশিংগী মপু ওইরিবা কাংবু অদুবুনা বুর্জ্জ্বা কাঙলুপ হায়না থংনরে। অদুগা মপু ওইহৌদবা কাংবুনা শিগ্নীশিংগী কাঙলুপ্তা চনথরে। মরম অদুনা কাঙলুপ মুথৎপা অমস্তুং কাঙলুপ নাইদবা সমাজ অমা শাগৎলক্কবগীদমক্তা পোথোক পুথোক্কবা শক্তিশিং অসি লম্নাইগী খুত্তা লৈহনবগী মহুত্তা মীয়ামগী খুত্তা শিন্নগদবনি।

Lenin put it,— "placing all citizens on an equal footing with regard to the means of production belonging to society as a whole."

কাঙলুপশিং অসি করম্না হৌরকপগে হায়বগী মতাংদা এঙ্গেলসনা মাগী লাইরিক এন্টি হুরৌং, অমসুং "দি ওরিজিন ওফ দি ফেমীলী, প্রাইভেত প্রোপরতী এন্দ দি ষ্টেট" হায়বা লাইরিক অহুদা কুপ্না নৈনখি।

প্রেমিটিভ কম্যুনেলগী সিস্তেম কায়থরকপা মতমদা কাঙলুপ নাইবা হৌরকখি। কাঙলুপ নাইরকপগী মরুদি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসুম-অসুম চাউথৎলকপদগী অহেনবা পোথোক পুথোক-লকপা, লেবর য়েন্থোক্লবগী মওং লাকপা, পোৎ-চৈ অমগা অমগা মহুৎ শিন্নরকপা তাবা, অমসুং পোথোক পুথোক্লবা পাম্বৈশিং লন্নাইগী খুত্তা পাইশিন্নরকপদগী থোক্লকপনি। মথক্কী মরম ময়াম-সিদগী মীশিংগী মরক্তা শেল-থুমগী ফিভমদা খেন্নবা উৎলকই। মী খরনা শেল য়াম্না পাইখি; মী খরা অমনা শেল খরা পাইখি অহুগা অয়াম্বা মীনা শেল শুকপাই পাইদে হায়বা য়াই। শেল লৈতবা মীনা শেল পাইবা মীগী মীথা পোনবা তারকই।

অঙনবা মতমগী কাঙলুপ নাইবা সমাজ অসি মীনাই লোইবা সমাজবুনি হায়বা য়াই। তুহৎলিবা কাংবু— খুদম ওইনা মীনাই মপুশিং অসি ক্লান, ত্রাইবেল হায়অরকী (tribal hiearchy) গী মন্নুংদা লৈরিবা অচম্বা মীওইশিং তোঙাম্না তাথ্রগা লেমহৌবা মীওইশিং খুদম ওইনা পুরোহিতশিং অমসুং লালগী লুচিংবশিং অহুবুনি। তুহৎপিরবা কাঙবুদি লালগী লালফাশিং অমসুং মীগী লম্মন তোনশিল্লবা ক্লান অমসুং ত্রাইবশিংগী মীওইশিং অহুবুনি। পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংদা তোঙান

তোঙানবা মতমদা কাঙলুপ খায়বা হৌখি। ইতিহাস নৈনবা অথঙ-অহৈশিংগী মত-তা ইজিপ্তা অমস্তুং মিদল-ইষ্টতা খৃষ্ট পোকত্রি মৈঙগী মমাং ৪ শুবা অমস্তুং অহুমশুবা মিল্লেন্নিয়মগী হৌগৎলকপদা (the late 4th and early 3rd millennium B.C.) কাঙলুপ নায়বা সমাজশিং খুন্দাৰা হৌরকখি। মথক্তস্তু পনগ্রে— সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশন খুদিংমক্কী অককুবা ক্লাস স্ত্রকচর অমস্তুং কাঙলুপ মরী লৈ। অপীবা সমাজ অমগী মরুওইবা অমস্তুং মরু ওইফাৎতবা কাঙলুপশিং লৈ। মরুওইবা কাঙলুপশিংদি সমাজ অতুগী পোথোক পুথোকপগী মওং অতুনা তাকই। মীনাই লোইবা সমাজদা— মীনাই অমস্তুং মীনাই-মপু হায়বা মরু ওইবা কাঙলুপ অনি লৈ। লৌয়াম চাবা সমাজদা— লৌমী অমস্তুং লৌমী মপু; কেপিতেলীজমদা প্রোলেটরিএট অমস্তুং বুর্জ্জুরাজী অসিনচিংবা অসি মরুওইবা কাঙলুপ ভাক্তনী। মরু ওইফাৎতবা কাঙলুপশীংগী খুদম খরা মথাদা পীরী। মীনাই লোইবা সমাজদা ক্রাফতসম্যেন (craftsman) গী কাংবু অতুগা কেপিতেলিস্ত-গী সমাজদা লৈরিবা লৌমীশিং অসিনি। অতুগীস্তু মথক্তা ক্লাসতি নত্তবা ক্লাসকা মান্নবা সমাজগী মীওই খরস্তু লৈ খুদম ওইনা— ইন্তেল্লিজেন্তসিয়া ( Intelligentsia ) অমস্তুং ক্লের্জী ( clergy ) অসিনচিংবা। বুর্জ্জুরা কাংবু অসি অমুক নৈনরুরবদি— পেত্তী বুর্জ্জুরা, মিদল বুর্জ্জুরা অমস্তুং মোনোপোলি বুর্জ্জুরা অস্তুম্না মথল থায়দোকপা য়াই। লম খরদদি কাষ্ট-সিস্তেম (caste system) গী চৎনবীস্তু লৈরি। মথোয়শিং অসি মপা মপুগী শোত্তো ওইনা থংথরকপদা

নত্তনা সমাজগী স্ত্রকচর অতুদা করিগুম্বা ফমফম থরা কোন্দুনা লৈরিবা তোঙাম্না তারবা কাংবুনি। অয়াম্বা মতমদা মখোয়গী ট্রেদিশনেল ওইবা শিনফমশিং লৈ। থাইনগী ইজিপ্তা— পুরোহিত হায়না খংনবা য়াইতোং-খমদোংবা কাষ্ট অমা লৈরম্মী। জাপান্দা সামুরাই (Samurai) হায়না খংনবা কাষ্ট অমা লৈরম্মী। ভারত-তদি কাষ্ট য়াম্না লৈ। কাষ্ট সিস্তেম লৈবনা সমাজ অমা চাউখৎহনবদা অপনবা য়াম্না পী।

এন্তাগোনিস্তিক ওইবা সমাজদা ক্লাস স্ত্রগল তৌই হায়বসি ইতিহাসনা শাক্ষিনি। কম্যুনিস্ত—পার্টিগী ম্যেনিফেষ্টোদা মার্ক্স অমস্তুং এঙ্গেলসনা অস্তুম্না ইরম্মী—"এন্তাগোনিস্তিক ওইবা সমাজ-শিংগী ইতিহাস অসি ক্লাস স্ত্রগলগী ইতিহাসনি। থুদম ওইনা মীনাইগা মপুগা মুক্লরকপা, প্রেতিশীয়ানগা প্লেবীয়ানগা মূক্লবা; লোর্দগা সর্ফগা মুক্লবা; গীলদ মাষ্টরগা জরনীমেনগা, ওৎপীরবা অমস্তুং ওৎলিবা অনি অাসগী মরক্তা অমুকস্তু লোন্না অমুকস্তু ফোংনা মতম পূম্নমক্তা মুক্লহুনা লৈ।"

"Freeman and slave, patrician and plabeian, lord and serf, guildmaster and journeyman, in a word oppressor and oppressed stood in constant opposition, now hidden and now open fight, a fight that each time ended in a revolutionary re-constitution of society at large or in the common ruin of the intending classes".

ক্লাস স্ত্রগল তৌরকপগী হৌরকফমদি কাওলুপশিংগী মরক্তা লৈরিবা ইন্তরেস্ত মায়দবদগীনি। কেপিতেলিস্ত-কী সমাজদা কেপি-তেলিস্ত-গী ইন্টরেস্তগা শিন্মীগী ইন্টরেস্তগা মায়দে। বুর্জুৱাশিংনা কেপিতেলিস্ত-সিস্তেম থম্নবা হোৎনৈ; তেন্না-হেন্না তুহৎপা পাম্মী। শেল-থুমগী মতাংদা তুহৎপা পাম্বগী মথক্তা রাজনীতিদসু তুহৎ-নিংঙি। মতুগী ওন্না তৈনবদা শিন্মীশিংনা ভুহৎপা পামদে। পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসিসু মী খুজোক খরনা পাইশিনখিবা পামদে। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা উৎলি মতুদি মুক্লবা লৈবা সমাজদা সমাজ অমা চাউখৎনবগী মরুওইবা খুৎলাইদি ক্লাস স্ত্রগলনি। সোসিএল ইভলুসন তৌরকপগী তাঙ্কক অমদা ক্লাস স্ত্রগলগী মতেংনা সোসিএল রিভলুসন পুরকখি। রিভলুসন অসি ক্লাস স্ত্রগলগী অরাংবা মতোন্নি। রিভলুসনদা ক্লাস অসিনা রাজ-নীতিগী শক্তি পাইরবা মতমদা অহোংবা অমা পুরকই। কেপি-তেলিজমগী সমাজদা মত তিন্নদবা মরু ওইবা কাওলুপ অনি লৈ। (১) বুর্জুৱা অমসুং (২) প্রোলেটরিএত। প্রোলেটরিএতগী ক্লাস স্ত্রগলনা মমাংগী ফোরমেশন অতৈগী ক্লাস স্ত্রগলদগী মমুৎ তাবা হেল্লি, শেম-শাবা হেল্লি। অমসুং সমাজগী রিভলুসনগী মতেংনা অরিবা সোসিও-ইকোনোমিকী ফোরমেশনদগী অনৌবা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অমদা ওন্থোকখি।

প্রোলেটরিয়ান ক্লাস স্ত্রগলগী অওনবা শক্তমদি— অর্থনীতিগী স্ত্রগলনি। হায়বদি মখোয়গী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা হোৎনবা লাঞ্জংনি। তলব হেঙ্গৎনবা, থবক শুবগী ফিভম ফগৎনবা, থবক ফংদবা

মীনা থবক্কী স্ত্রগল তৌবা অসিনচিংবা অসিনি। মতম অতুগী স্ত্রগলদগী ট্রেড— ইউনিয়ন শেম্লকই। ইকোনোমিক স্ত্রগল অসিনা মরুওইবা সমস্যা লোয়নমক কোকহনবা ঙমদে। রাজনীতিগী ওরগানাই-জেসন অমস্যুং ক্লাসকী ওইবা রাখল্লোন য়াম্না কন্না শাগৎপা ঙমদে।

শিল্পীশিং অমস্যুং তুহৎ-নৈহৎপিরবা কাংবুশিংনা রাজনীতিগী শক্তি ফংননবা অমস্যুং শিল্পীশিংনা সুপ্না পানবা য়াননবা রাজ-নীতিগী স্ত্রগল চথরকই। রাজনীতিগী স্ত্রগল তৌবা হায়বসি আই-দিওলোজিকেল স্ত্রগল য়াউদনা ওইথোক্তে। আইদিওলোজিনা য়ুম্ফমনি। শিল্পীশিংবু সোসিএলিস্ত স্পীরিত-তা তাকপী-তম্বীদনা অমস্যুং রাজনীতিগী ওবজেক্তিভশিং অসিগী থিওরীগী মওং অমা শেমদোক্ত্রবদি রাজনীতিগী স্ত্রগল তৌবা ওইথোক্তে। পৃথিবীদা সোসিএলিস্ত সিস্তেম লাকপদগী, কেপিতেলিজমগী ক্রাইশিস লাক-পদগী অমস্যুং সাইন্স অমস্যুং টেক্নোলোজীদা কা হেন্না চাউথৎলকপদগী ক্লাস স্ত্রগলগী অনৌবা ময়োল, অনৌবা পাঙ্গল হাপকৎলক্লি। হৌজিক্কী মতমদা কম্যুনিস্ত পার্টি অমস্যুং কম্যুনিস্তগী মশিং য়াম্না হেন্গৎলক্লি। শিল্পীদা নত্তনা লাইরিক হৈবা কয়া-কয়া অমস্যুং নহারোলশিংনা ক্লাস স্ত্রগল য়াওশিল্লক্লি।

মোনোপোলিগী মাইয়োক্তা চথরকপা মীয়ামগী মুভমেন্ট হেন্গৎ-লকপগা লোয়ননা লালগী মাইয়োক্তা চথরকপা মুভমেন্টস্সু নোংম-নোংমগী কনখৎল'ক্লু। কম্যুনিস্ত মুভমেন্ট কনখৎলকপগা লোয়ননা খুদোংচাবা লৌনিংবা ( opportunism ) অমস্যুং রিভিজনিজম

( revisionism ) গী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌবা তঙায় ফদে। কম্যুনিস্ত মুভমেন্ট-দা মী থোমজিল্লকপগী লোয়ননা বুর্জুৱা অমস্তুং পেত্তী বুর্জুৱাগী ৱাখল্লোন পুশিল্লকই। ৱিভিজনীজম অসি মার্ক্সিজম-লেনিনিজম ফগৎনবনি হায়না মপাম্থোংদা হায়জ-ৱবস্থু মার্ক্সিজম-লেনিনিজমবু ৱিভাইস তৌনবা হোৎনৈ। অমস্তুং ওপোরচুনিজমগী লম্বীদা লাক্নবা হোৎনৈ। শিন্মীশিংগী স্বার্থবু নমথাক তৌই অমস্তুং শেঙ্গাও (capital) গী মাইয়োক্তা চথরিবা ক্লাস স্ত্রগলবু লাম্না থস্নবা হোৎনৈ। বুর্জুৱা থিওরীদা হৈশিংলবা কাংবুনা মখোয়শিং অসি শিন্মী অমস্তুং মার্ক্সিস্ত-শিংগী মরুপনি হায়না লাউথোকই। মখোয়না ক্লাস স্ত্রগল অমস্তুং ক্লাস এন্টা-গোনিজমগী মহুৎতা লাইৱবা অমস্তুং ইনাকখুনবশিংগী মরক্তা নৈবা এন্টাগোনিজমনি হায়না মত ফোংদোকই। মখোয়গী মত-তা নেশনেলিজম অনিগী মরক্তা মুরুবনি হায়। লিবরেল ওইবা "নোং-চুপলোমগী নেশনেলিজম (western nationalism) গা কম্যু-নিস্ত আইদিওলোজী পাম্বা—"নোংপোক্লোমগী নেশনেলিজমগা" মুরুবনি হায়না শন্দোকই। মখোয়না— হায় নোংপোক্লোমগী নেশনে-লিজম অসি মপাঙ্গল কনখৎলক্রবদি মীওইবা জাতীগী যাম্না থুদোং-থিনিংঙাইনি। অদুবু অশেংবদি নেশনশিংগী মরক্তা মুরুরিবা অমস্তুং নেশনেলিজমগী ৱাখল্লোন অসি ক্লাস কন্ত্রাদিক্সনদগী তোঙাম্না তাবা য়াদে হায়বসি ইতিহাসনা শাক্সিনি। ঐখোয়না খংগদবদি ৱিভ-লুসনৰী ওইবা শিন্মীশিংনা লৌরিবা ক্সিরেপ অসি প্রোলেটরিয়ান অমস্তুং সোসিএলিস্ত-ইন্টরনেশনেলিজমনি।

অতুগা আতাপ্পা থিওরী অমনা পৃথিবীগী লবাইশিংগী মাই-য়োক্তা পৃথিবীগী সহরশিংনা লৈ হায়বা থিওরী অসিনা শিন্মীশিংনা তুহৎপগী মাইয়োক্তা হোৎনরিবা পৃথিবীগী ওইবা ক্লাস স্ত্রগলদা অমাং-অতা য়ায়া থোকহল্লি।

## সোসিএলিজম অমসুং কাণ্ডলুপশিং ঃ

মার্ক্সিজমনা প্রমান তৌনবা হোৎনরি মতুদি সমাজ অমদা কাণ্ডলুপ থায়দোক্লিবা অসি মতম থরদগীনি। কাণ্ডলুপ থায়বগী মওং অসি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি লম্নাই মীওই থরনা মপু ওইবা সমাজদা থোকই। সোসিএলিস্ত—রিভলুসন্না মাই পাকলকপদগী সমাজগী ক্লাস স্ত্রকচর অসি অনৌবা মওংদা হোংঙকই। কেপিতেলিজমদগী সোসিএলিজমদা হোংঙকপদা অর্থ-নীতিগী শক্তম অসি মশিং হেন্নংলকই। তান্নক অসিদা মরুওইবা কাণ্ডলুপ অহুম শুরকই। (১) শিন্মীগী কাণ্ডলুপ— কাণ্ডলুপ অসি সোসিএলিস্ত ইকোনোমিক স্ত্রকচরগা মরী লৈনৈ। (২) থবক শুরিবা লৌমীশিং— কাণ্ডলুপশিং অসি অপিকপা মথলগী ইকো-নোমিক স্ত্রকচরগা মরী লৈনৈ। (৩) খুন্নংদা নত্রগা সহরদা লৈরিবা কেপিতেলিস্ত-কী কাণ্ডলুপশিং— কেপিতেলিস্ত ইকো-নোমিক স্ত্রকচরগী মতুৎ-শিনবা কাণ্ডলুপনি। ফিউদেল লোর্ডকী কাণ্ডলুপশিংদি মতম অতুদা লৈত্রে। সোসিএলিস্ত সমাজদদি শিন্মীশিং অসি লমজিং মৈরা পাইরিবা শক্তি লৈরবা কাংবুনি। শেন্নাও পাইবশিং লৈজরবসু রাজনীতিগী শক্তিদি পাইত্রে। মথোয়গী

লন-থুম অয়াম্বা নেশনেলাইজ তৌথে। কেপিতেলিজমদগী সোসিএ-লিজমদা ওন্থোক্লকপা তাঙ্গা অসিদা য়েংথিনবা কাওলুপশিং লৈরিব-নিনা য়েংথিনবা অনিগী মরক্তা স্ত্রগল তৌবা লেপত্রি। রুসিয়াদা সোসিএলিস্ত সমাজ অমা শেমগৎনবা হোৎনরকরকপদা ফংখিবা জ্ঞানগী মতুংইন্না লেনিন-না ক্লাস স্ত্রগলগী মওং থরা মথাগী অস্তুম্না পনখি। অহানবদা— (১) তুহৎলিবা কাওবগী অথিংবা অতু নমথবা (suppression of the resistance of the exploiters) (২) সিভিল ৱার (civil war) (৩) পেত্তী বুর্জুৱাজ, অমসুং মরুওইনা লৌমীশিংবু নিউত্রেল ওইহনবা (neutralisation of petty bourgeosie) (৪) বুর্জুৱা অখও অহৈশিংবু শিজিন্নবা অমসুং (৫) অনৌবা লেবর দিসিপ্লীন (labour discipline) হৌদোকপা অসিনি। অহানবগী মওং অসিদি লৈবাক খুদিংমক্তা চপ মান্নে। তৌদবা য়াদবনি। অনিশুবগী মওং অসি তওায় ফদবদি নত্তে। হায়রিবা মওং অসি রুসিয়াদা, শিন্মীশিংগী মাইয়োক্তা মন্নুংগী অমসুং মপানগী কাউন্তর-রিভলুসনরীশিংনা সিভিল ৱার থোকহল-লকখি। ভিয়েটনাম অমসুং কোরিয়াদা ইউ এস ইন্তরভেন্সনিস্ত (interventionist) অমসুং লৈবাক মন্নুংগী এজেন্তশিংগী মথক্তা নীংতম্বগী লাল শোক্লবা তাখি। লেনিন্না হঙ্জিন-হঙ্জন্না হায়খি—যাম্না চাউথৎলবা কেপিতেলিস্ত-শিংগী লৈবাকশিংদা সোসিএলিস্ত রিভলুসন হৌগৎপা য়াম্না ৱানা থোকই অমুবু রিভলুসন অতু মাই পাকপ্রবা মতুংদা সোসিএলিজম ফংবদি লাইনা থোকই। অতুগীসু মথক্তা সো-সিএলিজম শাগৎপদা মতম শাংনা চংদে। মতুগী ওন্থ-তৈনবদা

চাউখৎত্রিবা লৈবাকশিংদা রিভলুসন হৌবদি য়াম্না লাইনা থোকই। অদুবু রিভলুসন অদু লিশাংশিংনা মপুং-মরৈ ফানবা হোৎনবদি য়াম্না অৱাবা থবক্নি।

কেপিতেলিজমদগী সোসিএলিজম ওল্লকপগী মতাংদা তৌগদবা থৌদাং থরা মথাদা পল্লি—(১) শিন্মীশিংগী জাতীগী কনতিনজেন্ট-শিং (contingents) শেমগৎলকপা (২) রাজনীতি অমসুং শেল থুমগী ফিভম ফগৎহনবা (৩) কলচর চাউখৎহনবা (৪) ত্রাইবেল অমসুং জাৎকী ইগোইজম (racial egoism) গী মাইয়োক্তা লাল শোক্নবা তাবনি।

সোসিএলিস্ত সমাজ অমা শাগৎলকপা হায়বসি পোথোক পুথোক্নবা পাম্বৈশিং লম্নাইগী খুত্তা লৈরিবা মওং অদুবু মুখৎপবুনি। সোসিএলিস্ত সমাজ-শিন্মীশিংগী সমাজনি। অদুগা সোসিএলিজম হৌগৎলকপদা কাওলুপশিংগী মরক্তা খেন্নবা থরদি ঐখোয়না উরি। অদুবু সোসিএলিজমগী সমাজদা শিন্মীশিংনা পব্লিক ইন্তরপ্রাইজ (public enterprise) দা থবক শুই। অদুগা লৌমীশিংনা সো-সিএলিস্ত ওনর্শীপকী (socialist ownership) গী মথাদা থন্মী। গ্রুপ নত্রগা কো-ওপরেটিভ ওনরশীপকী মথাদা লৈ। ম্যেনুৱেলগী থবক্তা ইন্তেলেকচুৱেলগী থবক্তা খেন্নবা লৈরিবনিনা ইন্টেল্লিজেন্সিয়া অসি কাওলুপ অমা ওইনা তোঙাম্না তারি। শিণ্মী অমসুং লৌমীশিংনা শু নোম্বগী থবক তৌই। মরুওইনা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজী য়াম্না চাউখৎলকপদগী সোসিএলিজমগী মথাদা শিন্মী লৌমীশিং নোংম নোংমগী শিংবা হেক্সৎলক্লি। অমরোমদনা ইন্টেলেকচুয়েলগী

থবক ভৌরিবা মীওইশিং— খুদম ওইনা, ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়ার অমস্তুং সাইনতিস্ত-সিং অসি নোংম নোংমগী টেক্নোলোজীদা মখা পোনবা তারকই। অদুমদি ওইরগা কাংলুপ মুথৎপগী থবক অসি মশা মতোমতা লাকচবদি নত্তে। কম্যুনিস্ত পার্টি অমস্তুং সোসিএলিস্ত ষ্টেটশিংনা লমজিংবদগীনি।

রাজনীতিগী দল খুদিংমক কাংলুপ থরগী ইন্টরেস্তশিংগী মহুৎ শিন্দুনা লৈরিবনি। তৌইগুম্বস্তুং পার্টি লোয়নমক মাগী মাগী অশেংবা পান্দম অমস্তুং ক্লাস-এফিলিয়েসন অদুবুদি থায়দোকন্দে। মরম অদুনা লেনিন-না ইতৎ-তত্তুনা হায় মদুদি— পার্টিশিং অদুগী মীং, রাহৈ রাতা, প্রোগ্রামশিং অদু য়েংলগা পার্টি অদু বিচার তৌরোইদবনি, মখোয়না তৌথোরকপা থবক অদু য়েংলগা বিচার তৌগদবনি।

গনতন্ত্র অমস্তুং দিক্তেতরশীপ-গী মতাংদা ওপরচুনিস্ত ওইবা রাজনীতিগী মীওইশিংনা রাঙাংশিং কয়াদা য়াম্না লৈথোক লৈশিন শান্নে। "অশেংবা গনতন্ত্র" নত্রগা "মী পুম্নমক্কী গনতন্ত্র" অসিনচিংবা রাহৈ রাতা অসি মী থরনা নত্রগা পার্টি থরনা তোইনা শিজিন্নে। লেনিন-না ময়েক শেংনা উৎথি মদুদি "সুপ্রা-ক্লাসকী গনতন্ত্র" (supra class democracy) হায়বা অমা লৈতে। মহাক্না হায়—বুর্জুরাজ গনতন্ত্র নত্রগা সোসিএলিস্ত গনতন্ত্র—মথল অনি অসিনি। অপিবা সমাজ অমগী অর্থনীতিগী মরীনা অমস্তুং কয়স্থা কাংলুপনা শক্তি পাইবগে হায়বা ফেক্টর অসিনা কয়স্থা মথলগী গনতন্ত্রনো হায়বদু ভাকই। শেঞ্জাও পাইবা মী থরনা মীয়ামবু তুহংনবা শক্তি শিজিন্নরীবা অদুবু বুর্জুরাগী গনতন্ত্র হায়না থংনৈ।

অমরোমদা ঐখোয়না দিক্তেটরশীপ হায়বা রাহৈ অসি য়াম্না কোম্না শিজিন্নবস্থ লাল্লি। বুজ্জ্ব'রাগী গনতন্ত্র হায়না খংনরিবা অসি তুহৎলিবা মী খরনা শিগ্নীশিংগী মথক্তা দিক্তেটরশীপ (dictatorship) চলাইবনি। অসিগী ওন্ন-তৈনবদা "দিক্তেটরশীপ ওফ দি প্রোলেটরিএত হায়রগা খংনরিবদি— শিগ্নীশিংনা মখোয়গী স্বার্থদা শক্তিদগী তুথ্রবা শেল পাইবা কাঙলুপ অদুগী মথক্তা চলাইবা রাজনীতিগী শাসন অদুবুনি। চয়েৎনরবা অন্টরজাতীগী মরীবু চুম্না নৈননবগীদমক্তা সমাজগী থৌওংশিং অসি ক্লাসকী মীৎয়েংদা নৈনবা তাই।

---

### মরিশুবা শরুক

# রাজনীতি অমসুং লাল

কাঙলুপ থাইরক্লবা সমাজগী পুন্সিদা রাজনীতি হায়না খংনবা অনৌবা থৌওং অমা ময়োল চোংলকই। কাঙলুপশিংগী মরক্তা, জাতীশিংগী মরক্তা নত্রগা লৈবাক অমগী মন্নুংদা লৈরিবা কাঙলুপ-শিংগী মরক্তা লৈরিবা মরীশিং নৈনরিবা অদু রাজনীতিনি। মরুওইনা ষ্টেটগী শক্তি ফংননবগী স্রগল, অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংগা লৈনরিবা মরী নৈনবা অমসুং পার্টিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা ফবা তান্নবা (internal competition) থৌওংশিং অসি রাজনীতিনি। রাজ-নীতি করিনো হায়বগী মতাংদা লেনিনগী বাহৈশিং নিংশিংবা য়াই।

**Lenin defined politics as the relation "of all classes and strata to the state and the government".**

ঐখোয়না মন্নুংগী রাজনীতি নত্রগা মপানগী রাজনীতি হায়না মখল অনি থোক্লা থুগাইবা য়াই। ষ্টেট অমগী মন্নুংদা য়াউরিবা কাঙলুপশিং, পার্টিশিং নত্রগা জাতিশিংগী মরক্তা লৈরিবা মরীশিং নৈনরিবা অদু মন্নুংগী রাজনীতিনি। অদুগা মপানগী রাজনীতি হায়রগা অতোপ্পা লৈবাকশিংগা লৈনরিবা মরী নৈনবা অদুবু খংনৈ।

মখোয় অনি অসি য়াম্না মরী লৈনৈ তৌইশুম্বস্থং মন্নুংগী রাজ-নীতিনা মপালগী রাজনীতিদগী মরুওইবা তেল্লি। মপানগী রাজ-নীতি অসি লৈবাক অমগী মন্নুংগী ওইবা রাজনীতি অদুদগী মথা চত্থরকপনি হায়বসি ইতিহাসনা শাক্ষিনি। লৈবাক অমগী মন্নুংদা চত্থরিবা রুলীং ক্লাসগী লমচৎ-শাজৎ অদুগা মান্নবা ইন্টরনেশ-নেলগী ফম্বাক্তা চত্থরকই। তুচৎপা সমাজগী মন্নুংগী ওইবা ওৎ-নৈবগী পোলিসি অদু চত্থরকপগা লোয়ননা অতৈ অতোপ্পা জাতিবু মীনাই ওইহন্নবা হোৎনরকই অমস্থং লৈবাকশিং অদুগী মাইয়োক্তা লালগীদমক শেম-শারকই। লৈবাক অমনা লমহেনবা করাম চাউবা পোলিসি চত্থরকপদগী শাস্তি পাম্বা লৈবাকশিংদা অকায়বা পীরকই। অদুনা মরম ওইরদুনা জাতীশিংগী মরক্তা লাল তৌনরকই। লাল হায়না থংনবা, নীংথিজনা শেম-শারবা থুৎশু-খুৎলাইগী স্ত্রগল অসি য়েংথিনবা সমাজদগী থোক্লকপনি। লাল তৌনবা হায়বসিস্থ— ঈমু-নাইমু তান্নরকপা উপায়শিং শিজিন্নবা রাজনীতি মথল অমনি। লেনিননা অস্থম্না ইরম্মী— "লাল তৌদ্রিবৈগী মমাংদা ষ্টেট নত্রগা ষ্টেট অদুগী মন্নুংদা লৈরিবা কাংবু অমনা মতম শাংনা চত্থরিবা পোলিসি অদু লাল তৌরক্লবা মতমদস্থ অদুম চত্থরকই, শুপ্নগী থবক তৌবগী শক্তম অদু হোংবদনি।

Lenin wrote : "The policy which a given state, a given class within that state, pursued for a long time before the war is inevitably

continued by that same class during the war, the form of action alone being changed"

লাল অসি মথল অনি থোক্না থায়দোকপা য়াই। তুহৎলিবা কাগুলুপ্না ওৎ-নৈবা অমস্থং কা হেনবা পোলিসি তৌরক্নুনা চুমদবা লাল— ইম্পেরিএলিস্ত-গী লাল-চত্থরকই। অমরোমদা তুহৎপিরবা কাগুলুপ্না নত্রগা জাতীনা তৌরকপা লাল— খুদম ওইনা সিভিল ৱার অমস্থং নেশনেল লিবরেশনগী ৱার (national liberation war) শিং অসি অচুম্বা লালনি হায়গনি। নাজীগী মাইয়োক্তা হৌখিবা ইউ এস এস আরগী দি গ্রেট পেত্রিওতিক ৱার (The great patriotic war) অমস্থং ইউ এস ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা চত্থখিবা ভিয়েটনামগী লাল অমস্থং কোরিয়াগী লাল অসি অচুম্বা লালগী প্রমান ওাক্তনি।

সোসিএলিজম লাকপদগী পৃথিবীগী ইতিহাস অসি লাল কয়া পাল্লক্ত্রবা অনৌবা কুমওন অমা লাক্লে হায়বা য়াই। সোসিএলিস্ত সমাজদা য়েংথিনবা কাগুলুপ লৈরক্তবদগী অমস্থং লাল পাম্বা কাগুলুপ ৱাৎলকপদগী সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মপানগী পোলিসি ওইনা জাতীশিংগী মরক্তা শান্তি অমস্থং মরুপ শাম্নবগী পোলিসি চত্থরকই। কাগুলুপ নাইবা সমাজদা রাজনীতিগী সিস্তেম লৈবা শোয়দ্রবনি। কাগুলুপ মরীগী মতুংইন্না রাজনীতিগী সিস্তেম অসি য়েংথিনবগী ফিরেপ লৌবস্থ য়াই, লৌদবস্থ য়াই। মুক্লবনা খল্লবা সমাজদা রাজনীতিগী শক্তম অসি য়াম্না চয়েৎনৈ। তুহৎ-নৈহৎপা সমাজদা মপাঙ্গল মাম্নদবা রাজনীতিগী সিস্তেম

অনি লৈ— অমনা রায়েল চুপ্লী পাইরিবা ওরগেনাইজেসন অমসুং ইন্সতিটিউতশনশিং ; খুৎলাইশিং অসিগী মতেংনা মখোয়না দিক্তেতরশীপগী লম্বীদা খোং থাংজিল্লি। নাকল অমরোমদা তুংৎপীরবা কাণ্ডলুপকী পোলিটিকেল পার্টি অমসুং ট্রেদ ইউনিয়নশিং— হায়রিবা খুৎলাইশিং অসিগী মতেংনা নীংতম্বা ফংননবগীদমক্তা স্ত্রগল তৌই। অদুগা সোসিএলিস্ত সমাজদদি মী কাংবুশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি অমগা অমগা কো ওপরেশন পীনবা মরীনি।

## ষ্টেট হায়বসি করিনো ?

ষ্টেট হায়বসি রাজনীতিগী সিস্তেম অমগী মরুওইবা ইউনিট অমনি। এঙ্গেলসগী দি ওরিজিন ওফ দি ফেমিলী, প্রাইভেট প্রোপরতি এন্দ দি ষ্টেট, এন্টি-ডুরিং অমসুং লেনিনগী দি ষ্টেট এন্দ রিভলুসন হায়রিবা লাইরিকশিংদা ষ্টেটগী শক্তম তাকই।

অওনবা মতম অমদা ষ্টেট হায়বসি লৈরমদে। সমাজগী ইতিহাসনা চাউখৎলকপদগী ষ্টেট লৈরকপনি। লম্নাইগী লল থুম পৈশিন্নদবা অমসুং কাণ্ডলুপ নাইদবা প্রীমিতিভ কম্যুনিজমগী মতমদা ষ্টেট হায়বসি লৈরমদে, মদুগী দরকারস্থ লৈরমদে। মতম অদুগী সমাজগী পুন্সি অসি মীশিং অদুগী হৈনবী নত্রগা ট্রেদিশন্না পুল্লি। অদুগীসু মথক্তা অহল-লম্মন নত্রগা ত্রাইবেল কাউনশিলনা রায়েল থৌদাবগী থবক তৌই। পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অস্নুম অস্নুম চাউখৎলকপদগী লম্নাইগী ওইবা লল-থুম পৈশিন-

নরকই অমসুং অর্থনীতিগী ফিভমদা মী অমগা মী অমগা য়াম্না খেন্নরকই। অমসুং মতমগী মতুংইন্না কাঙলুপ থায়রকই। কাঙ-লুপশিংগী মরক্তা য়েংথিনবা হৌরকই। কাঙলুপ নাইরকপনা মরম ওইরদুনা মাগী মাগী ইন্টরেস্ত মান্নরক্তে, অমসুং পুন্না ৱায়েনবা য়ারক্তে। মরম অদুনা লম্নাইগী লল-থুম ঙাক শেনবা হায়বসি দরকার অমা ওইশিল্লকই। কাঙবু অমনা অতোপ্পা কাঙবু অমবু তুহৎপগী অধিকার অদু ঙাক-শেনবা তারকই। তুহৎলিবা মী-য়ামবু নমথবা তারকই। মতৌ অসুম্না ষ্টেট অমা শেমখি।

"The state is a product and a manifestation of the irreconcilability of class antagonisms. The state arises where, when and in so far as class antagonisms objectively cannot be reconciled."

ষ্টেট হায়বসি কাঙলুপ নাইবগী শক্তমনি। মুক্লবনা থল্লবা সমাজদা ষ্টেট অসি শেল-থুমগী ফিভম ফবা ক্যাংবুনা দোমিনেত তৌই। ষ্টেটগী মরুওইবা মথৌদি য়েক্লবা ক্লাসবু নমথবনি। অদুনা লেনিন-না অসুয়া ইখি— "ষ্টেট হায়বসি কাঙবু অমনা কাঙবু অমবু নমথনবা শেম্বা মেছিন অমনি। কাঙবু অমবু হায়বা ইলহম্নবা কাঙবু অমনা শেম্বা মেছিন্নী।

ইক্সপ্লোইতর ষ্টেট (exploiter state) গী মরুওইবা মথৌ অনি লৈ। অহানবদা— ষ্টেটগী মমুংগী ওইবা থবক হায়বদি ষ্টেট অদুগী মমুংগী ওইবা পোলিসিদি— তুহৎপিরবা মীওইশিং অসি

নমথৎনি। নমথবগী থবক অসি ষ্টেট অদুগী ওফিসারশিং, ইন্তে-লিজেন্সগী মীওইশিং, জুদিসিয়ারী (judiciary) অমসুং জেলন-চিংবা শিজিন্নদুনা তুহৎ-নৈহৎপিরবা মীওইশিং অসিবু ফোংনা নমথনবা হোৎনৈ। অনিশুবদা, ষ্টেট অদুগী মপানগী ওইবা পো-লিসি অমসুং দিপ্লোমেসিগী মতেংনা ষ্টেটগী ইন্তরেস্ত অসি ইন্তর-নেশনেলগী ফম্বাক্তা তেক্ত-কায়দনবা হোৎনরকপা অমসুং অতৈ ষ্টেটগী মাইয়োক্তা শোক্নবা লাল অমসুং রাজনীতিগী লাঞ্জংদা মাই পাক্নবা হোৎনরকপা অসিনি। তশেংনা হায়রবদি মনুংগী ওইবা পোলিসি অদুনা মপানগী পোলিসি অসি য়াৎলকপনি।

ভসিসু মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ষ্টেটশিংগী মরক্তা মগুণ খেন্নরক্লি। অকক্নবা পোত্থোক মরী অদুগা চানব ?অকক্নবা ষ্টেট লৈরকই। ষ্টেট মথল অদুনা ক্লাসগী মচং অদু ফোংদোকই (The type of state expresses its class essence)। মরুওইবা ষ্টেট মথল মরি লৈ— শ্লেভ ওন্নীং ষ্টেট; ফিউদেল ষ্টেট; কেপিটেলিস্ত ষ্টেট অমসুং সোসিএলিস্ত ষ্টেট। অদুগা মরু ওইদবা ষ্টেট খরসু লৈ।

সুপ্না পাল্লিবা কাংবু অদুগী বায়েল পথাপ অদুগী মতুংইন্না ষ্টেটগী মওং কয়ামরুম লৈ। ষ্টেট অসি মোনারকী নত্রগা রি-পব্লীক ওইবা য়াই। মোনারকী অসি ওতোক্রেসি (autocracy) নত্রগা মী অমনা সুপ্না পানবা য়াই। খুদম ওইনা নিংথৌ, এম্পরর (emperor) অমসুং শাহানচিংবা। রিপব্লীক হায়বসিনা মীয়াম্না খল্লকপা বোদিনা ভাক-শেনবা মওং অদুবুনি। বুর্জুবাগী

ষ্টেট অয়াম্বা রিপব্লীক্কি— খুদম ওইনা (ইউ এস এ, ফ্রান্স, ইটালী)। অদুগা কেপিটেলিস্ত্রি লৈবাক খরদি মোনারকিনি— খুদম ওইনা বেলজিয়ম, গ্রেট ব্রীটেন, জাপান অমসুং মোরোক্কো।

গভর্নমেন্ট অদুগী সিস্তেমগী মতুংইন্না ইউনিতরী ষ্টেট (single entity) অমা নত্রগা ষ্টেট ময়াম্না পুল্লগা শেম্বা শক্তমসু ওইবা য়াই। ষ্টেট ময়াম্না পুল্লগা শেমলিবা মওং অসিবু ফেদেরেশন হায়না খংনৈ। ফেদেরেশন অসি লম অমগা লম অমগা খর-মখৈদি মনিং-মখা তৌনা লৈনবা ইউনিট কয়া পুনশিল্লগা শেম্বনি। খুদম ওইনা ইউ এস এ অদুগা সোভিয়েট ফেদেরেটিভ ষ্টেট অসি সোসিএলিস্ত রিপব্লীক ১৫ রোম পুনশিল্লগা শেম্বনি।

রাজনীতিগী রেজিম ( regime ) য়েংলগা ষ্টেট অমগী মচং ওইবা শক্তম লেপথোকপা অসী য়াম্না মরুওই। শক্তি চলাইবদা শিজিন্নরিবা পাম্বৈশিংগী মতুংইন্না রাজনীতিগী রেজিমগী মশক তাকপা ঙম্মী। বুজর্বাগী ষ্টেটশিংদা চত্থরিবা রেজিমশিং অসি মখল য়াম্মী— (১) পার্লিয়ামেন্টরী (parliamentary) (২) মীলি-তরী—দিক্তেতোরিয়েল (military dictatorial) (৩) ফেসিষ্ট (fascist), সেমী-ফেসিষ্ট অসিনচিংবা অসিনি।

কেপিটেলিজমদা থরাই তাজবা কাংবুনা হৌজিক্কী মতমদা বেলফিয়ার ষ্টেট হায়না খংনবা বুজর্বা ষ্টেট অমা পুথোক্লকই। হায়রিবা ষ্টেট অসিনা সমাজ অদুগী মী কাঙলুপ লোইনমক্কী স্বার্থদা থবক তৌই হায়জিন্দুনা, শিন্মীশিংবু মীনম্নবা হোৎনৈ। তশেংবদি বুজর্বা ষ্টেট অসি শিন্মীশিংবু নমথনবা লৈবা ষ্টেটনি।

১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা ইম্পেরিএলিজমগী শাফুনা বুর্জুরা ষ্টেট অসিবু রিএক্সনরী ওইবা হেক্সিনহল্লে। বুর্জুরা ষ্টেটনা কোম্লবা লম অসি নোংম-নোংমগী পিকশিল্লক্লি মরমদি অহানবদা অচৌবা বুর্জুরা অমস্তুং পেন্তি বুর্জুরাগী মহুৎ শিল্লম্মী। হৌজিক্তি মোনোপোলি বুর্জুরাশিংগীদমক্তা লেপ্লিবা ষ্টেট অমা ওইশিল্লক্লে। ইম্পেরিএলিজম লাকপদগী ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম হায়বা শক্তম অমা উৎলক্লে। মোনোপোলিস্ত-শিংগা ষ্টেটগা পুন্না শক্তি পাইমিন্নরে। ষ্টেটগী মথৌদি মোনোপোলিস্তশিংবু ইনাক খুনবা হেক্সৎহনবা, শিন্মীশিংগী মুভমেন্ত নমথবা' জাতীগী মীংতম্বগী স্ত্রগল নমথবা, কেপিটেলিজমগী সিস্তেমবু তেক্ত-কায়দনা থম্নবা হোৎনবা অমস্তুং লালগীদমক্তা শেম-শাবা অসিন-চিংবনি।

ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম লাকপদগী জাতীগী ইকোনোমী অসি লালগী থুংশু-থুংলাই পৈশিনবদা শিজিন্নরক্লি। মীলিটরী ইন্দস্ত্রিয়েল কমপ্লেক্স ( military industrial complex ) গী শক্তিশিং হেক্সৎলক্লি। থুংশু-থুংলাইগী লমজেল তান্নরকপা অমস্তুং লালগীদমক্তা শেম-শান্নরকপদগী কেপিটেলিস্ত-শিংগী শেন্দোং য়াম্না হেক্সৎহল্লে। বুর্জুরা ষ্টেটগী থ্বাইদগী তমথিবা মওং— মিলিটরিজম লাকপদগী পৃথিবীগী শান্তি থুগায়বগা লোইননা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না খুদোংথিহল্লে।

মরম অদুনা বুর্জুরা ষ্টেট অসি রিএক্সনরী ওইবা রায়েল চুপ্লিনা পীক থল্লবনিনা সোসিএলিস্ত রিভলুসন তৌদুনা অনৌবা

প্রোলেটরিয়ান ষ্টেট অমা লিংননবা কম্না হোৎনগদবনি। প্রো-লেটিরিয়ান ষ্টেট অমা শেম্নবা মতুংদা সোসিএলিজম শাগৎনবা কম্না হোৎনগদবনি। হান্নগী বুজর্জ্বা ষ্টেটগী মেছিন অদু থুগাইনবা হোৎনগদবনি। অদুম ওইনমক বুজর্জ্বা ষ্টেটগী কায়াৎ লোইনমক মুথৎকদবদি নত্তে। থুদম ওইনা মীচং-মীথায় নাইদবা পোং অমসুং টেলিগ্রাফনচিংবা ইনস্তীটিউশনশিং অসিদি মুথৎলোইদবনি। মখোয়বু মুথৎলুরবদি লৈবাক অদুদা কাংথোং চাইবা পুরকপা শোয়ত্রবনি। অহানবদা মুথৎকদবদি বুরোক্রেসিগী নীয়ম চলাইরিবা এজেন্সীশিং অদুবুনি।

(First to be destroyed are institutions protecting the old, exploiter social order such as the bureaucracy and the law enforcement agencies).

## প্রোলেটরিএত-কী দিক্তেটরশীপ অসি করিগীদমক্তা দরকার ওইরিবনো ?

প্রোলেটরিএত-গী দিক্তেটরশীপ হায়বদি শিগ্নীশিংনা ষ্টেটগী শক্তি পাইবনি। মদুগী পান্দমদি সোসিএলিজম শাগৎপনি। ষ্টেট হায়বসি ক্লাস অমা নত্রগা ক্লাস অমগী দিক্তেটরশীপনি। শিগ্নী-শিংনা রাজনীতিগী শক্তি পাইবা হায়বনি, মীয়ামগী দিক্তেটরশীপনি। সোসিএলিজম শাগৎনবা হোৎনরকপদা প্রোলেটরিএতগী দেক্তে-টরশীপ অসি তঙায় ফদনা চংঙি। মতাং অসিদা লেনিন-না হায়খি— "রিভলুসনরী ওইবা কাঙলুপ অমনা মাই পাক্লবগীদমক্তা

প্রোলেটরিএতকী দিক্টেটরশীপ চংঙি হায়বা খংত্রবা মীওই অতুঙি রিভলুসনগী ইতিহাস খংত্রবা মীওইনি নত্রগা লম্বী অতুদা খংননবা থিজিত্রবা মীওইনি।"

প্রোলেটরিএত-কী দিক্টেতরশীপ অসি য়াম্না দরকার লৈ মরমদি— অহানবদা তুহৎলিবা কাংবুশিংনা মখোয়গী মাংখ্রবা ঈজ্জত হন্থিন্নবা অমস্তুং রাজনীতিগী শক্তি অমুক হন্না ফংননবা হোৎ-নরকই। মরম অতুনা য়েক্লবা ক্লাসগী ফাংলেন শরু থুদেক্লবা প্রোলেটরিএতকী দিক্টেটরশীপ অসি তঙায় ফদনা চংঙি। হান্না লৈরম্বা তুহৎলীবা কাঙলুপশিং অসিবু অতৈ লৈবাক্কী ইম্পেরি-এলিস্ত-শিংনা মতেং পাংঙি। মরম অতুনা তুহৎলিবা কাঙলুপশিং অসি নমথনবা প্রোলেটরিএতকী দিক্টেটরশীপ দরকার ওই।

মাকল অমরোমদনা, য়েক্লবা ক্লাসবু নমথবা অসি প্রোলেট-রিএত দিক্টেটরশীপকী মরুওইবা পান্দমদি নত্তে। মরুওইবা মথৌদি শিন্মীশিংনা মখোয়গী শক্তি শিজিন্নদুনা সোসিএলিজম শাগৎনবা হোৎনৈ। অর্থনীতি, কলচর, রাজনীতি, সমাজগী মরীদা অমস্তুং অতৈ অতৈ থৌরম কয়াদা অহোংবা পুরক্লুনা সোসিএলিজম লিংথৎনবা হোৎনরকই। লোয়ন-লোয়ননা মীনা মীবু তুহৎপগী য়ুম্ফম অদু মুথৎনবা হোৎনরকই প্রোলেটরিএত দিক্টেটরশীপকী মরুওইবা মথৌ অমগম্তু লৈরি— লৌমীশিং অমস্তুং অতৈ বার্করশিংবু লুচিংদুনা সোসিএলিজম শাগৎপদা শরুক য়াহনবা অসিনি। ইতিহাস নৈনন্নকপদা প্রোলেটরিএত দিক্টেটরশীপকী অহানবা শক্তম প্যারিস কম্যুন (**Paris commune**) বা উৎখি। প্যারিস কম্যুনকী

পুন্সি য়াম্না তেনখি— ১৮৭১ গী মার্চ গী তাং ১৮ দগী ১৮৭১ গী মেগী তাং ২৮ ফাওবা অসিতনি। মন্নুংগী অমস্তুং মপালগী কাউন্টর— রিভল্যুসনরীশিংনা প্যেরিস কম্যুনবু নমথখি।

প্রোলেটরিএত দিক্তেটরশীপ চলাইবা অসি শিন্মীশিংগী অরোইবা পান্দম নত্তে। তোইগুম্বস্তুং অনৌবা সমাজ অমা শাগৎ লকপগী মরুওইবা উপাইনি। তুহৎলিবা কাওলুপশিং মুথৎপ্রবা মতুংদগী সোসিএলিস্ত সমাজ অসি মথং মথং চাউখৎলকই। মতুগী ফলনা প্রোলেটরিএত দিক্তেটরশীপগী ষ্টেট অমা ওইনা লৈরম্বদগী মী পুম্নমক্কী ষ্টেট হায়বত্থ ওইরকই। মরম অদুনা প্রোলেটরিএত দিক্তেটরশীপ অমস্তুং মী পুম্নমক্কী ওইবা ষ্টেট অসি সোসিএলিস্ত সমাজ অমা চাউখৎলকপগী থাক ওাক্তনি।

"Dictatorship of the proletariat and the state of the whole people are the two stages in the development of the socialist state."

অনিশুবা থাক য়োৌরবা মতমদা, তুহৎলিবা কাওলুপ মাংখিগনি। ষ্টেটগী শক্তিনা অতোপ্পা কাওলুপ নমথবদা শিজিন্নররোই। হায়রিবা ষ্টেট অসিনা শিন্মী পুম্নমক্কী স্বার্থদা থবক তৌই। মী পুম্নমক্কী ওইবা ষ্টেট অসিনা সোসিএলিজমদগী কম্যুনিজমগী থাক্তা হায়জিন্নবা হোৎনরক্কনি। মী পুম্নমক্কী ওইবা ষ্টেটগী থাক অসিদসু শিন্মীশিংনা লুচিংঙি। ষ্টেট অসি মতম পুম্বদা লৈগদবদি নত্তে। কম্যুনিজম লাকপদগী ষ্টেট অসি মাংপ্রগনি। মতুগী মহুৎতা "কম্যুনিস্ত সেলফ-গভর্নমেন্ট (Communist self

government) লাক্কনি হায়রি। থৌওং অসি মতম য়াম্না শাংনা চংগনি। মনুংগী ওইবা অর্থনীতিগী ফিভমগী মতুংইন্না নোংম-নোংমগী গভর্নমেন্ত অসি শিথথিগনি। হায়বদি পোত্থোক পীবা শক্তিশিং অসি খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা য়ৌরক্কনি। সোসিএলিস্ত ওনরশীপ (socialist ownership)গী মওং অসি লৈরম্বা অদু মওং অমতদা পুনশিনখিগনি। মী লোয়নমক্না মপু ওইখিগনি। অমসুং থবক শুবা হায়বসি মী খুদিংমক্কী চংদ্রবা য়াদ্রবা দরকার ওইরক্কনি। অদুগা পোৎ য়েন্থোকপগী মতাংদা কম্যুনিস্তগী নীয়মগী মতুংইন্না হায়বদি "মীশিংনা মাগী-মাগী অভম্বা শক্তিগী মতুংইন্না থবক শুদুনা, মাগী মাগী দরকারগী মতুংইন্না ফংগনি।"

"From each according to his ability, to each according to his needs," will regulate the life of society.

অদুবু ইম্পেরিএলিজমগী খুদোংথিবা লৈরিবমখৈ, মদু থিংননবা শেম-শাবা তাবনি। পৃথিবী অসিদা সোসিএলিজমগী শক্তিশিং অসি মপাঙ্গল কল্লিরবা ফাউবদি ষ্টেট মাংখিবগী আশাদি তৌরুবা য়াদ্রি।

---

মঙাশুবা শরুক

# ইন্তেল্যেকচুয়েলগী পুন্সি অমসুং সমাজগী ৱাখল্লোন

## (Intellectual life and social consciousness)

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমনা ইন্তেল্যেকচুয়েলগী শক্তম অসিবু মপুংফানা নৈনৈ। সমাজগী ৱাখল্লোন হায়রিবা কন্সেপ্ত অসিগী মনুংদা ইন্তেল্যেকচুয়েলগী থবক খুদিংমক তুংতুনা লৈরিবনি। সমাজগী ইন্তেল্যেকচুয়েলগী পুন্সিবু শেম্লিবা মচাকশিং অসি শকওং মাইনা লাক্লিবদা সমাজগী ৱাখল্লোন ফাউতুনা লাক্লিবনি। অতুগা সমাজগী থৌওং খুদিংমক সোসিএল বীইং ওইরুবদগী থোক্লকপনি অমসুং সমাজগী ৱাখল্লোনগা মরী লৈনৈ। সোসিএল কনশশনেশকী মরুওইবা মচাকশিংদি অসিনি— (১) সমাজগী অমসুং ইশা-ইশাগী মরক্তা লৈনরিবা ৱাখল্লোনশিং (২) সমাজগী কাঙলুপশিংগী মরক্তা চত্থরিবা আইদিওলোজিকেল স্ত্রগল (৩) অমগা অমগা ৱাখলদা, থিওরীদা তাথোক-তাশিন তৌনবা (৪) থিওরীশিং অসিগী হৌরকফম অমসুং থিওরীশিং অসি কররম্না চাউখৎলকপগে

হায়বনচিংবা নৈনবা অমস্তুং মতুনা মীয়ামদা পীবা ইনফ্লুয়েন্স। অমরোমদা, সমাজগী ব্রাথল্লোন অসি সমাজগী ইনষ্টিটিউসনশিংগা পুন্না থবক তৌমিন্নৈ।

ঐখোয়না সোসিএল কনশশনেসগী হৌরকফম অমস্তুং লমচৎ নৈনবা মতমদা য়ুম্ফম ওইরিবা মচাকশিং— পোথোক পুথোকপা মওংগী চাউখৎপগী থাক, বেশিস অতুগী লমচৎ, সমাজ অতুগী লমচৎ, সমাজ অতুগী পোৎ-চৈগী দরকার, সমাজ অতুগী ইকো-নোমিক সিস্তেম অতুনা খোকহল্লিবা ক্লাস স্ত্রগল অতু মমুৎ তানা থংগদবনি।

শোক ১৮৯০গী মতমদা এঙ্গেলসনা হায়খি— মথক্কী কায়াৎগী মচাকশিং অসি অমগা-অমগা ইন্তরেক্ট তৌনৈ অতুগীস্তু মথক্তা স্তুপরস্ত্রকচরগা বেশিসকস্তু ইন্টরেক্ট (interact) তৌনৈ। ইন্টরেক্সন অসিগা লোয়ননা অর্থনীতীগী ফিভমদা চাউখৎননবা হোৎনবা অসি সমাজ অমবু চাউখৎননবা ইল্লিবা শক্তি অমনি। অতুগীস্তু মথক্তা এঙ্গেলসনা সোসিএল কনশশনেস চাউখৎলকপগী তোঙানবা নীং-তম্বা মওং থরস্তু মহাক্না পল্লি। তোঙানবা মওনশিং অতুগী হৌরকফমদি সোসিএল কনশশনেসকী শক্তম অমগী মথং মথং চত্থরকপা হাম্নগী চৎনবী অতুনি। মমাংঙৈগী মতমদগী খোম-জিল্লকপা মচাকশিংদগী মতম অমগী বিজ্ঞান, আর্টস অমস্তুং ফিলো-সোফিশিং শেমগৎ-শাগৎলকই। মমাংঙৈদগী চত্থরকপা শক্তম থরদি ঐখোয়না কাউথোকপা য়াদে। ফ্রেঞ্চ মেত্যিরিএলিজম নৈন-

দনা সেণ্ট-সাইমোন অমস্তুং ফোরিঅরগী ইউতোপিয়ান সোসিএলিজম (Utopian Socialism) থংবা ব্রায়।

ঐখোয়না মমাংঙৈগী চৎনরোল মথা চগ্থরকপা হায়রগা থংনরিবা অসি— মমাংগী ব্রাথলশিং অসি ইচম-চম্না চপ মান্নবা মওংদা চগ্থরকপদি নত্তে। ইপা-ইপুগী আইদিওলোজী অসি তোঙান-তোঙানবা মওংদা শিজিন্নবা য়াই। আইদিওলোজী অসি ভুংগী মীনা য়াবা য়াই নত্রগা কুপ্না নৈনরগা কান্নদে হায়না লংথোকখিবস্তু য়াই নত্রগা আইদিওলোজী অতুদা য়ুম্ফম ওইরগা অহানবা খোঙথাং থাংঙকপস্তু য়াই। আইদিওলোজি অমা চাউথংলকপদা অহাংবা লৈবা য়াদে। আর্টিস্ত অমস্তু ওইসমু নত্রগা ফিলোসোফর অমস্তু ওইসমু, কনা অমতা মশাগী মরিদগী তৌবা নত্তে। মমাংঙৈগী মীওইশিংগী লেংবান্দা তোংলগা চাউথংনবা হোংনবা তাবনি। অতোপ্পা ব্রাফম অমনা সমাজগী কনশশনেসপী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং অসি অমগা-অমগা ইন্টরেক্ট তৌনৈ। বেশিস (basis) কা য়েংনরুবদা তোঙান-তোঙানবা ফিভমদা লৈরিবা মথক্কী কায়াৎগী মচাকশিংগী মরক্তস্তু ইন্টরেক্ট তৌনৈ। ষ্টেট অমস্তুং আইনশিং অসি বিশিসগা নরুবা মরম্না রুলীং ক্লাসগী স্বার্থদা থবক তৌই। অদুগা অতৈ মথক্কী কায়াৎগী মচাকশিং— খুদম ওইনা ফিলোসোফি অমস্তুং ধর্ম্ম অসিনচিংবা অসি বেশিস্তগী লাপ্পা লৈবা মরম্না তাওতুনা চংলি হায়বা য়াই।

অরোইবদা, মরুওইবা ব্রাফম অমনা লেবর (labour) অসি সমাজগী ওইনা য়েঙ্খোরুবা অসিনি। এঙ্গেলসনা সি স্মীত

(C. Schmidt) দা ইবা চিঠিদা অসুম্না ইরি— সোসিএল কনশশ-নেসগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং থোক্লকপগী মওংশিং অসি খংননবগীদমক্তা সমাজগী লেবম য়েম্থোকপগী মওংশিং খংগদবনি। খুদম ওইনা ষ্টেট থোক্লকপদগী রাজনীতি তৌবা মীওইশিং অমস্তুং জুরিষ্ট থোক্লকই। আর্ট অসি সোসিএল কনশশনেসগী শক্তম অমা ওইরকপদগী আর্টিস্ত-শিং থোক্লকই। পোৎ-চৈ শাবদা লেবম য়েম্থোক্লবপা লোয়ননা ইন্টেল্যেকচুয়েল প্রদক্সনগী দমক্তসু লেবম য়েম্থোকপা হৌরকই।

অদুগা সোসিএল কনশশনেস অসি সোসিএল বীইংগসু রিএক্ট তৌনৈ। য়াম্না চাউথৎতবা লূদবা ইকোনোমিক মেতিরি-রিএলিজমগী মতুংইন্না সোসিএল কনশশনেসকী শক্তম লোয়নমক ইকোনোমিক্স (economics) ভাক্তনি হায়না মত পী অমস্তুং মতুগী ফলনা রাখল ( idea ) গী শক্তি থোইনা লৈতে হায়না মত ফোংদোকই ।

মরম অদুনা ইকোনোমিক মেতিরিএলিস্ত-শিংনা সমাজ অমা চাউথৎহনবদা আইদিওলোজীনা লৌরিবা দায়িত্ত অসি য়াম্না পীকই হায়না মত পী। ইকোনোমী অসিনা সমাজ অমা চাউখৎহনবগী য়াম্না অকনবা শক্তিনি হায়বসি মখোয়গী মতনি। সোসিএল কনশশনেসকী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং অসি ইকোনোমীগী মথা পোনবা ভাক্তনি হায়না মত ফোংদোকই। মার্ক্সিস্ত—লেনিনিস্ত-শিংনা সমাজগী ওইবা রাখল (social ideas) শিংদা তুংদুনা লৈরিবা শক্তিবু হন্থনা য়েংলিবা মীৎয়েংবু য়ানিংদে।

লেনিন-না য়াম্না "লুদবা ইকোনোমিক মেতিরিএলিজম" (vulgar economic materialism) গী তুং ইন্দুনা চৎথ্রবা ইকোনোমিস্ত অমস্তুং মেনশেভিকশিংবু য়াম্না কন্না থিংখি।

লুদবা ইকোনোমিক মেতিরিএলিজমগী ওন্ন-তৈনবদা সমাজগী বাখল অসি মরুওইবা শক্তিনি হায়না হিস্তোরিকেল মেতিরিএ-লিজম্না ফোংদোকই। সোসিএল বীইং অমা চাউথৎহনবদা বাখল অমস্তুং থিওরীশিংনা অফবা নত্রগা ফত্তবা মাইকৈরোমদা পিরিবা শাফু অদু কুপ্না নৈনৈ। বাখল হায়বসি প্রোগ্রেসিভ ওইবা য়াই নত্রগা রিএক্সনরী ওইবা য়াই। রিএক্সনরী ওইবা বাখলনা সমাজ অমা চাউথৎহনবদা অথিংবা পী অদুগা প্রোগ্রেসিভ ওইবা বাখলনা সমাজ অমা চাউথৎহনবদা খুমাং চাউশিলহল্লি।

মার্ক্সিজম—লেনিনিজম্না বাখল হায়বসি সমাজ অমা চাউ-থৎহনবগী অচৌবা শক্তি অমনি হায়না লৌই। মার্ক্সনা ইরম্মী—করিগুম্বা ফিভম থরদা বাখলনা অকনবা শক্তি অমা ওইরকই। করম্বা ফিভম্মো হায়ববু বাখল অদু মীয়াম্না থংথ্রবা মতমদা অচৌবা শক্তি অমা ওইরকই। অদুবু হাম্নগী চৎনত্রবা সমাজগী ইন্সটিটিউশনশিং অসি বাখল ঙাক্তনা শেংদোকপা ঙমদে। বাখল মতোমতনা সমাজগী প্নন্সি হোংদোকপস্থ ঙমদে। বাখল অদু মীয়ামগী থম্মোইদা লুপথ্রবদি মীয়ামগী অচৌবা শক্তি ওইরকই। মতম অদুদা বাখল অদু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমই। বাখল (idea) না সমাজ অমা চাউথৎহনবদা কয়া য়াম্না শাফু পীবা ঙম্বগে হায়বগী মতাংদা মথাগী পোইন্ট অহুমশিং অসি নৈনবা তাই।

(১) অপিবা সমাজ অদুগী লমচৎ করিনো? সমাজ অমা চাউখৎহনবদা চংলিবা ওবজেক্তিভ ওইবা নীয়মশিং অদু করি করিনো?

(২) ৱাখলশিং অদুগী লমচৎনা করিনো? সমাজ অদুগী পোৎ-চৈগী দরকারশিং অদু ৱাখল অদুদা কয়া য়াম্না ফোংদোকপগে?

(৩) মীয়াম্না ৱাখলশিং অদু কয়া য়াম্না নৈনপ্রবগে?

মাক্সিজম— লেনিনিজমগী ৱাখলশিংগা মমাংদৈগী ৱাখলশিংগা য়েংনরুবদা য়াম্না চাউবা খেন্নবা লৈ। মদুদি মাক্সিজম-লেনিনিজমগী ৱাখলশিংদা সমাজ অদুগী দরকারশিং অদু য়াম্না মমুৎ তানা মমী তাহল্লি।

## সোসিএল সাইকোলোজী করিনো?

সোসিএল সাইকোলোজীগী মফুংদা মীশিংগী খুদক-খুদকী ৱাখলশিং, সেন্তমেন্ত-শিং, মীশিংগী অৱা-মুংভাইগী মমীনচিংবা তারি। হায়রিবশিং অসিনা সমাজ অদুদা মীশিংনা করম্বা ফিভমদা লৈরিবগে হায়বসু তাকই। মখোয়গী ফিভমশিং অদুগী মতুংইন্না সমাজগী থবক থরা তৌনিংহনবগী ঈথিলসু পী। কাঙলুপ নাইবা সমাজদা লৈরিবা পোথোক মরীগী সিস্তেমগী মতুংইন্না কাঙলুপ খুদিংমক করিগুম্বা ফিভম অমদা লৈ অমসুং কাঙলুপ অদুগী অককপবা তোঙানবা ৱাখল, সেন্তিমেন্টস অমসুং সোসিএল সাইকোলোজী লৈ। কেপিটেলিস্ত-গী শক্তম লৈরিবমথৈ বুর্জুৱাগী

সাইকোলোজীস্নু লৈগনি। মতৌ অস্নুম্না শ্লেভ-ওনরগী সাইকো-লোজীস্নু নৈনরম্মী।

সোসিএল সাইকোলোজীনা কাঙলুপ অমগী অৱাং-অনেমগী থাক অমস্নুং ইন্তরেস্ত-শিং অদু ময়েক কয়া শেংকাত্তনা ফোং-দোকই। হায়রগী চারোল-শুরোল অমদগী শুরোল অমদা খংথরকপা চৎনবী ময়াম অদুনা সোসিএল সাইকোলোজিবু ইনফ্লুয়েন্স তৌই। হায়রগী আউটলুক (outlook) শিং তাস্থোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না ৱানা থোকই। অদুগীস্নু মথক্তা কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমগা তোঙান তোঙান্না লৈবদি নৎতবনিনা মীশিংগী সাইকোলোজী অমস্নুং আইদিওলোজীদা অমনা অমবু ইনফ্লুয়েন্স তৌনৈ। কেপিটে-লিজমগী সমাজদা, বুজর্জ্বাগী আউটলুক অসি শিন্মীশিংগী থোপ্তা চঙখি। চর্চ (Church), থিএটর, সিনেমা অমস্নুং প্রেসগী মতেঙনা বুজর্জ্বাগী আইদিওলোজীনা শিন্মীশিংবু ইনফ্লুয়েন্স তৌখি। সোসিএল সাইকোলোজীগী মমুংদা রাজনীতিগী মোরেল অমস্নুং এসথেতিক (aesthetic) কী শক্তমশিং য়াউরি। হায়রিবা আউটলুকশিংগী তশেং তশেংবা ঙমখৈ লৈতে অমস্নুং মখোয়শিং অসি অমগা-অমগা মরী লৈনৈ। মমুংগী মচাক থিক্লরবদি আই-দিওলোজীগা সোসিএল সাইকোলোজীগা মান্নৈ হায়বা য়াই। মখোয় অনিমক্তা সোসিএল বীইংগী মমী তাই। মখোয় অনিমক্তা কাঙলুপ-কাঙলুপগী ইন্টরেস্ত অমস্নুং অৱাং-অনেমগী থাক অদু ফোংদোকই। অদুবু আইদিওলোজী অসি সোসিএল কনশশনেসগী অৱাংবা শক্তম অমনি। সোসিএল সাইকোলোজী অসি মীয়ামগী

কনশশনেস অতুবুনি। অতুগা আইদিওলোজী অসি কাঙলুপ অমগী মী ( থিওরীতিশিয়ান নত্রগা আইদিওলোজিস্ত ) থরগী মকোক্তগী থোক্লকই।

আইদিওলোজী হায়বসি— করিগুম্বা কাঙলুপ অমগী ৱাখলশিং, থিওরীশিং নৈনরিবা সিস্তেমবু খংনৈ। ৱাফমশিং অসিনা পাটিগী ওবজেক্তিভশিং, প্রোগ্রামশিং, শ্লোগান্নচিংবস্থ নৈনৈ।

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না আইদিওলোজী অমস্থং সোসিএল সাইকোলোজীগগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অতুস্থ নৈনৈ। অতুগা বুজর্ৱা সোসিওলোজীদদি আইদিওলোজী অসি সোসিএল কনশশনেসগা মান্নহল্লি অমস্থং কনশশনেস অসি সোসিএল সাইকোলোজীগা মান্নহল্লি।

মাক্সিস্ত— লেনিনিস্ত ফিলোসোফিগী মতুংইন্না আইদিওলোজীগা সোসিএল সাইকোলোজিগা হকথেংননা মরী লৈনদে হায়না মত পী। নাকোইননা মীশিংগী মপুক মন্নুংদা ৱাখল্লোন কয়া খংহন্দুনা সোসিএল সাইকোলোজীগা মরী লৈনহল্লি।

কম্যুনিস্ত আইদিওলোজী অসি মার্ক্স, এঙ্গেলস অমস্থং লেনিন-না পুথোক্লম্বনি। য়াম্না ৱিভলুসনরী ওইবা, গনতন্ত্রনা থল্লবা, হিউমেনিস্তক (humanistic) ওইবা কম্যুনিস্ত আইদিওলোজী অসিগা তুহৎ-নৈহৎপা পাম্বা, নেশনেলিজম, চৌভিনিজম (chauvinism) গী ৱাখল চেনবা বুজর্ৱা আইদিওলোজীগগী মরক্তা অচৌবা থেন্নবা লৈ। কম্যুনিস্ত আইদিওলোজী অসি শান্তি পাম্বা, জাতীশিংগী মরক্তা মরুপ শান্নবা পাম্বা, তুহৎ-নৈহৎপা

পামদবা অরাংবা আইদিওলোজী ওইবা মরম্না, মী লাক্ষ কয়া-মরুম্না থবাই হকচাং য়াউনা পান্নরক্নি।

## সমাজ অমসুং লম্নাই—কনশেশনেস অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরী ঃ

সমাজ অমসুং লম্নাইগী—কনশেশনেস ফাউরকপগী হৌরক-ফমদি সোসিএল বীইং অমা ওইরুবদগীনি। অনি অসি পুন্না লৈজরবসু লমচৎ, শাজৎ অমসুং মচাক্তা থেন্নবা খরা লৈ। লম্নাইগী কনশশনেস অসি মী মশা অত্তুগা মরী লৈনৈ অত্তুগা পোৎচঙনা মী অত্তুনা লৈরুরিবা ফিভম অমসুং মহাকপু য়োক্লকপা ফিভম অত্তুগী মখা পোল্লি। অত্তুগা এোসিএল বীইং অমা ওই-রুবদগী সোসিএল কনশশনেসগী মমী তারকপনি। সোসিএল কনশশনেস অসি মী চারোল-শুরোল কয়াগী অপুমবা কনশেশনেস ওইরুবনা সমাজ অত্তুগা পুন্না মরী লৈনৈ। মার্ক্সনা অস্তুম্না ইরম্মী—"সমাজ অসি মী অমখক্তনি হায়না খনবদি লাল্লী। হায়রিবা অসি ভাবনা শাবা মওংনি।" হৌজিক্কী সমাজ অসি মান্নদবা কয়াগী অপুনবনি (কাঙলুপ কয়া, সমাজগী মরোল কয়ামরুম, নেশনেলিটিজ, প্রোফেশন্স অমসুং অতৈ কাঙলুপশিংগী অপুনবনি)। মতৌ অত্তুগুম্না সোসিএল কনশশনেস অসি তোঙান তোঙানবা মচাক পুনশিল্লগা শেম্বনি। খংগদবা অমনা লম্নাই অমসুং সমাজগী কনশশনেসগী মরক্তা মরী থরদি লৈনৈ। হায়রিবা মরী অসি অথল্লবা মরীনি। লম্নাই কনশশনেসগী অনৌবা রাথল থুদিংমক সমাজগী কনশশনেসতা

ওন্থোকখিবদি নত্তে। অদুগা অমরোমদা সমাজগী কনশশনেস অদুগী মশক খুদিংমক মী খুদিংমক্তা য়াবদি নত্তে। তশেংনমক লম্মাই মীৎয়েংশিংনা সমাজগী নত্রগা কাঙলুপগী মাইয়োক্তা চৎখিবা তারবদি সমাজ অমসুং লম্মাই-কনশশনেসগী মরক্তা থেম্নবা লৈ। মীগী কনশশনেস অসি প্রোগ্রেসিভ ওইবা য়াই নত্রগা রিগ্রেসিভ ওইবা য়াই।

অনৌবা মচাক্লা থল্লবা অশেংবা ফিভম তশেং-তশেংনা খংলবা, প্রোগ্রেসিভ ওইবা সমাজগী মরীগা চানরবা অমসুং সমাজ অমা চাউখৎহনবগী দরকারশিং ফংনবা হোৎনরিবা কনশশনেস অদুবু প্রোগ্রেসিভ ওইবা কনশশনেসনি হায়গনি। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা প্রোগ্রেসিভ ওইবা সমাজগী মরীগা মুক্নবা মচাক্লা থল্লবা কনশ-শনেস অদুবু রিগ্রেসিভ ওই হায়গনি।

## সোসিএল কনশশনেসগী শক্তম খরা ঃ

সোসিএল কনশশনেসগী মওং খুদিংমক্লা (খুদম ওইনা রাজ-নীতিগী কনশশনেস, আইনগী কনশশনেস, মোরেলগী, ধর্ম্মগী নত্রগা ফিলোসোফিগী কনশশনেস ওইরবসু) সোসিএল বীইং অদুগী অকক্নবা শকওংসি তাকই।

## রাজনীতিগী কনশশনেস ঃ

সমাজগী কাঙবু নত্রগা কাঙলুপশিংনা তৌরিবা থবক কয়াবু লমজিংলিবা বাখলশিং, সেন্তিমেণ্ট (sentiments) শিং অমসুং

ওবজেক্তিভ ( objective ) নচিংবশিং নৈনরিবা সিস্তেম অত্তুবু রাজনীতিগী কনশশনেস হায়না খংনৈ। হায়রিবা থৌওংশিংদা অর্থনীতিগী ইন্তরেস্তগী মমীস্থ তাই। রাজনীতিগী কনশশনেস অসি থাক অনি থোক্লা থম্নবা য়াই। অহানবদা, রাজনীতিগী আই-দিওলোজী অমস্তুং অনিশুবদা সাইকোলোজী।

রাজনীতিগী আইদিওলোজীগী মন্নুংদা সমাজগী কাণ্ডলুপ অমগী তাশিল-থোমজিল্লবা ওবজেক্তিভ নত্রগা ইন্তরেস্ত-শিং য়াউরি। খুদম ওইনা ক্লাস স্ত্রগলগী বাখল, রিভল্যুসনগী বাখল, জাতীগী নীংতম্বা ফংনবা বাখল, ষ্টেটগী সমস্যাশিং, জাতীশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরী নৈনবা থৌওংশিং য়াউরি।

রাজনীতিগী সাইকোলোজীগী মন্নুংদা কাণ্ডলুপ পুনশিনবগী বাখল, মরুপ শান্নবা নত্রগা য়েংথিনবা, তুক্কচবা, ইন্তরনেশনেলিজম (internationalism), নেশনেলিজম (nationalism), চৌভিনিজম ( chauvinism ), মরৈবাক নীংবা, রাজনীতিগী পেসিমীজম নত্রগা ওপটিমীজম (political pessimism or optimism) অসিনচিংবা কয়া অমা য়াউরি।

রাজনীতিগী কনশশনেস অসি রাজনীতিগী থবক থৌওং-শিংদগী ভোডাম্না তাবা ঙমদে। মরমদি মীয়ামগী ওরগেনাইজেসন অমস্তুং মুভমেণ্ট, রাজনীতিগী পার্টি অমস্তুং ইন্সটিটিউশনশিংগী মতেংনা রাজনীতিগী কনশশনেস অসি পুরকই।

কাণ্ডবু অমগী রাজনীতিগী আইদিওলোজীনা কাণ্ডবু অত্তুবু শোগৎলিবা সিস্তেম অত্তুগী দরকার লৈ হায়না প্রমান তৌনবা

হোংনৈ। খুদম ওইনা বুজ্জুর্বা আইদিওলোজীনা কেপিটেলিস্ত-শিংগী পোথোক পুথোকপগী মওং অসি দয়কার লৈ হায়না প্রমান তৌনবা হোংনৈ। কেপিটেলিস্ত-শিংগী পোথোক মরী অসি মরম চাই হায়। অনিশুবদা, অপীবা সোসিএল সিস্তেম অমা মপাঙ্গল কনথংনবা অমসুং চাউথংনবা পাম্বৈশিং অতু রাজনীতিগী আইদিওলোজীনা নৈনৈ। রাজনীতিগী আইদিওলোজীগা রাজ-নীতিগী ওরগেনাইজেসন অমসুং ইন্সটিটিউশনশিংগা মরী লৈনৈ। রায়েল্লিবা কাংবুনা ষ্টেট অমসুং আইনগী ইন্সটিটিউশনশিংগী মতেঙনা রাজনীতিগী থবক কয়া পাংথোকই। অতুগা শিন্নীশিংগী রাজ-নীতিগী আইদিওলোজীদি— মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিস্তগী ক্লাস স্ত্রগল অমসুং দিক্তেটরশীপ ওফ দি প্রোলেটরিএট (dictatorship of the proletariat) হায়বা থিওরীদা য়ুম্ফম ওই। মার্ক্সিজম লেনিনি-জম্না জাতীশিংগী মরক্তা শান্তি পুররুবা মতম চুম্লদা হোংনৈ অমসুং ইম্পেরিএলিস্ত অমসুং লালগী মাইয়োক্তা লেপ্পী। লোয়ননা জাতীশিংগী মরক্তা চপ মাম্নবা মীংয়েংনা য়েংনবা হোংনৈ।

আইনগী কনশশনেস (legal consciousness): আইনগী কনশশনেসগা রাজনীতিগী কনশশনেসগা নক্কনা লৈ হায়বা য়াই। আইন অসি ষ্টেট অতুনা শেম্বনি অমসুং চংনহনবনি। মরম অতুনা মীয়াম্না নীয়ম অতুগী মথা পোল্লি। অহানবদা রুলিং ক্লাসগী আইনগী থিওরীশিং অসিনা মথোয়গা চানবা সোসিএল সিস্তেম অতুবু অচুম্বনি হায়নননবা হোংনৈ। অনিশুংদা, থিওরীশিং অসিনা সমাজগী সিস্তেম অতুগা চানবা আইনগী ইন্সিটিটিউশনশিং অসি অচুম্বনি হায়নননবা হোংনৈ।

সোসিএলিস্ত লীগেল কনশশনেসগা বুর্জ্জু্বাগী লীগেল কনশশনেস (legal consciousness) গা য়াম্না থেন্নে।

কেপিটেলিজম্না তপ্না তপ্না চাউথৎলকপা তাঙ্কক্তা বুর্জ্জু্বাগী আইনগী প্রিন্সিপলপিং (principles) অসি থরমথৈদি প্রোগ্রেসিভ ওইরম্মী। খুদম ওইনা— মীগা-মীগা মান্নবা আইনগী মীৎয়েং, মীশীংবু নীংতম্বা ফংহনগদবনি হায়বা নীয়ম, মীগী ফংফম থোকপা রাইট ভাক-শেনবা নীয়মশিং অসি প্রোগ্রেসিভ ওই। অদুম্নদি ওইরগা বুর্জ্জু্বাগী আইনগী প্রিন্সিপলশিংনা— আইনগী মীৎয়েংদদি মী খুদিংমক মান্নে হায়গনি অদুগা তশেংবমক্তি মান্নদবা কয়ামরুম্বু কুপশিন্দুনা থম্মী। বুর্জ্জু্বা দেমোক্রেসিগী মথাদা লৈরিবা শিম্মীশিংনা আইনগী মতেঙ থরমথৈদি লৌবা ভমজরে হায়ববু তুহৎপীরবা কাঙবু অমা ওইনা অদুম লৈরি। ইম্পেরিএলিজমগী খোংথাং থাংজিল্লকপদগী— মোনোপোলি কেপিটেল (monopoly capital) গী শক্তিনা বুর্জ্জু্বা দেমোক্রেসিগী আইন অসি ময়া কুমহনবা হেনগ্রে অমসুং পুলিসগী ষ্টেট কয়ামরুম শাগৎলক্লি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা, সোসিএলিস্ত-গী আইনগী বাখল্লোন্দি সোসিএলিস্ত-গী পোখোক মরী অসিনা মীনা মীবু তুহৎপা থিংভি হায়বসিনি। আইনগী মীৎয়েংনা মীশিংবু চপ মান্ননা য়েংগদবনি অমসুং মীশিংগী মথৌস্থ চপ মান্ননা য়েন্নগদবনি হায়বসি সোসিএলিস্ত-গী নীয়ম্নি। মথৌদি থাদোকপা, রাইটতমক তানবা হায়বসি আইনবু লান্না শিজিন্নবনি।

## মোরেলগী খাখল অমসুং ইথিক্স (moral consciousness and ethics)

মোরেলিটি হায়রগা ঐখোয়না মীশিংগী লমচৎ-শাজৎ, মীৎয়েং-নায়েংশিং অসিবু খংনৈ। অদুগা ইথিক্সনা মোরেলিটিগী থিওরী অদু তাকই। চাউখৎত্রিবা প্রীমিতিভ সমাজগী মতমদা লাইরিক ইদুনা থম্বা নত্তুবা লমচৎকী নীয়ম থরনা মীশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অদু পুল্লী। নীয়মশিং অসি কায়দনা চৎলিবা লমচৎশিং অদু সমাজ অদুনা য়াই অমসুং শুক্লিং থোগৎলি অদুগা লমচৎশিং অদু থুগায়রবদি সমাজনা য়ানিংদে। মরম অদুনা ওল্লিহৈগী মতমদা অপাম্বা, পামদবা, য়ানিংবা, য়ানিংদবা লমচৎ হায়বা কনসেপ্ত অমগী মথাদা চম্থরম্মী।

হিস্তোরিকেল মেতিত্যরিএলিজম্না মোরেলিটিগী থিওরী অসি ঈশ্বরগী নীংবগী মথা পোল্লি নত্রগা ধর্ম্মগী শক্তিনা চাউখৎহল-লকপনি হায়বসি য়ানিংদবা উৎখি। প্রীমিতিভ কম্যুনেলগী সমাজদা ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা চৎনবী মথল নত্রগা মোরেলগী থাক অমদা লৈরম্মী। মার্ক্সিজম লেনিনিজম লাকপদগী মোরেলিটি অাস খৌজ্ঞানগী মীৎয়েংনা য়েংবা ওয়ে। সোসিও-ইকোনোমীক খীইং অদুগী মমী তারিবা সমাজগী কনশশনেসপী শক্তম অদুবু মোরেলিটিমি হায়না চাউরাক্লা হায়বা য়াই। মোরেলিটি অসিসু কাওলুপ নাই। মরম অদুনা সমাজগী পুন্সি হোংঙকপা অমসুং শোথোক মরী হোংঙকপগা লোয়ননা মোরেলিটি অসিসু হোংঙকই। খুদম ওইনা ফিউদেলিজমগী মতমদা বুর্জুয়াগী মোরেলিটি অসি

থরমথৈদি প্রোগ্রেসিভ ওই। লৌয়াম চাবা কম্নাইবশিংগী মোরেলগী মাইয়োক্তা অমসুং ধর্ম্মগী অন্ধবিশ্বাসগী মাইয়োক্তা বুজর্জুৱা কাংবুনা চুমথোক্নবা হোৎনৈ। মতমগী মতুংইন্না বুজর্জুৱা কাণ্ডলুপ অসি রিএক্সনরী ওইবা হেল্জিল্লকই। মোরেল য়াম্না মোৎশিল্লকই। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা কম্যুনিস্ত মোরেলিটিদি অনৌবা মথলগী মোরেলনি। বুজর্জুৱা মোরেলিটিগী মশা-মশাগীতা থনবা অমসুং ইগোতিজম (egotism) গী মাইয়োক্তা কম্যুনিস্ত মোরেলিটি হায়বদি পুন্না শুমিন-চামিন্নবা, অমগা-অমগা মরুপতৌনা মতেং পাংনবা, সোসিএলিস্ত হিউমেনিজম (socialist humanism) অমসুং ইন্তরনেশনেলিজমদা থাজবা থম্মী। মীয়াম অমসুং সমাজগী ফনবা থনবা অসি কম্যুনিস্ত মোরেলিটিনি।

কম্যুনিস্ত মোরেলিটি অসি থাক অহুমথোক্না থায়দোকপা য়াই।

অহানবদা, সোসিএলিস্ত রিভলুসন তৌদুনা ত্রান্সীসনগী মতমদা হান্নগী বুজর্জুৱা মোরেলিটি অদু হুন্দোক্লগা অনৌবা প্রোলেটরিয়ান মোরেলিটিনা মহুৎ শিন্দোকই। শোক ১৯১৭ দা ওক্টোবর সোসিএলিস্ত রিভলুসন তৌরকপদগী সোসিএলিস্ত পেত্রিওতিজম (socialist patriotism) হায়না থংনবা অনৌবা মোরেল অমা ময়োল চোংলকই। রাথল্লোন অসিনা ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌই অমসুং সোসিএলিজমবু মতম চুপ্পদা ঙাক শেন্নবা হোৎনৈ। সোসিএলিস্ত পেত্রিওতিজমনা জাতী অমসুং অণ্টরজাতীগী ভ্যেলুশিংবু ঙাক শেল্লি। সোসিএলিস্ত

কল্লেকটিভিজম (socialist collectivism) অসি প্রোলেটরিয়ান কল্লেকটিভিজমদগী মখা চত্থরকপা অনৌবা মোরেলগী ভ্যেলু অমনি। সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংগী মরক্তা লুনা চান্ন-ত্তিন্নবা, তুংহৎ-নৈঙহৎপগী ৱাথল চেন্দবা, অমনা অমবু মতেং পাংনবা অসি কম্যুনিস্ত মোরেলিটি-নি। অত্তুগী মথক্তা পৃথিবীদা লৈরিবা শিন্মীশিংগী মরক্তা মরুপ শানবা, লালগী মাইয়োক্তা লেপ্পা অমস্তুং জাতী বিজাতী খায়বগী তমথীরবা মৈরিবু মুথৎনবা হোৎনবা অসি মোরেলগী ভ্যেলুশিংনি।

(২) অনিশুবা থাক অসি সোসিএলিস্ত-সমাজ অমা শেম-গৎ-শাগৎলকপা লোইরকপা মতম অত্তুবুনি। মতাং অসিদা মীয়ামগী ৱাথলদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকপ্রে। মতম অসিদা তোঙান-তোঙানবা মোরেলিটি লৈবগী মহুৎতা কম্যুনিস্ত মো-রেলিটিদমক লৈরকই।

(৩) অহুমশুবা থাক্তা সোসিএলিস্ত সমাজ অসি য়াম্না চাউখৎলবা মতমদা মী খুদিংমক মশা-মউ য়াম্না ফবা, শেংলবা মোরেলনা থল্লবা, বুধি-লৌশিং চংখোনবা মীওই অমমম ওই-হল্লকনি।

This is the stage of the moulding of a new type of man : intellectually rich, morally pure, and physically perfect.

এসথেটিক-কনশশনেস (Aesthetic consciousness) অমস্তুং আর্টস (Arts).

ফজবগী কনসেপ্ত, মহাও, ইন্টরেস্ত অমস্তুং আইদিয়েল (ideal) নচিংবা ময়ামশিং অসি পুল্লগা এসথেক্তিক কনশশনেস হায়না

থংনৈ। য়াম্না ওল্লিঙৈগী মতমদা মীশিংনা থবক শুবগী দরকার অমা ওইনা এসথেতিকী ৱাখল্লোন অসি থোক্লকই। লেবরগী মতেঙনা আর্টসকী ৱাখল কয়া চাউথংহল্লকই। আর্টশিংদা— খুদম ওইনা লাই য়েকপা, মুর্তি হকপা শাবা (sculpture), লিটরেচর, থিয়েটর, সিনেমা, ফোটোগ্রাফি, কলচর, টেলিভিজন, লেন্দ স্কেপীং (land scaping) নাচিংবা য়াউরি।

এসথেতিকী ৱাখল্লোনগী অৱাংবা থাক হায়বদি থিওরী অদুবু এসথেতিক হায়না থংনৈ। আর্টগী থবকশিং অসি অর্থ য়াম্না চেনবা য়াই। আর্টগী মতেঙনা মী অমগী লমচং-শাজং হোংহনবা উম্মী। প্রোগ্রেসিভ ওইবা ৱাখল শন্দোকপদা শিজিন্ন-রবদি আর্ট অদু প্রোগ্রেসিভ ওই হায়গনি। কাঙলুপ নাইবা সমাজদা আর্ট অসিসু কাঙলুপ নাই। লাইরিক ইবা মীওই খরনা শিল্পীশিংগী স্বার্থদা লাইরিক ইবতা নত্তনা প্রোগ্রেসিভ ওইবা লাইরিক কয়ামরুম ই। খুদম ওইনা থিওদ্রে ড্রাইসর (Theodre Dreiser), বর্নার্দ শো, রোমেইন রোলেন, থোমাস মেন্ন অসিনচিংবা অসিনি। মথোয়না মীশিংগী ওৎ-নৈবগী মাইয়োক্তা লাউ থোংই।

মীয়ামগী শেমগৎ-শাগৎপদা মতেং পাংলিবা আর্ট অদু প্রোগ্রেসিভ ওই হায়গনি।

### ধর্মগী— কনশশনেস অমসুং ধর্ম ঃ

ধর্মগী কনশশনেস অসি বিজ্ঞানিক ওইদবা সমাজগী ওইবা অকক্লবা মথলগী কনশশনেস অমনি। ধর্মনা ঈশ্বরদা, ভূট প্রেততা,

শিরবা মতুংদা অমুক হিঙ্গৎলকই হায়বনচিংবা থিওরী কয়ামরুমদা থাজবা থম্মী। য়াম্না চাউখৎত্রিবৈগী মতমদা প্রকৃতিগী শক্তিশিংনা মীওইববু দোমিনেত তৌরম্মী। কাওলুপ নাইবা সমাজগী ইতিহাসদা ধর্ম্মনা লৌরিবা সমাজগী ফিরেপশিংগী শক্তম উবা ফংই। ধর্ম্মগী ওরগেনাইজেসন কয়ানা পৃথিবীগী সমস্যা কয়াগী মরমদা খুদম ওইনা লাল অমস্তং শান্তি, ইকোলোজী অমস্তং চিঞ্জাক অমস্তং ইনর্জীগী মরমদা নৈনবা ঐখোয়না থেংনরে।

মার্ক্সিস্ত— লেনিনিস্ত পার্টিনা সমাজ অমা চাউখৎহনবদা ধর্ম্মনা করম্বা দায়িত্ত লৌবগে হায়বগী মতাংদা কুপ্না য়েংই। ধর্ম্মদা থাজবা থমচুনস্থ পৃথিবীগী শান্তিগীদমক হোৎনরিবা মীওইশিং অচুবু মার্ক্সিস্ত-শিংনা ইকাই খুম্নে। লৈবাক অমগী নীং তম্নবা, দেমো-ক্রেসি ফংনবা, শান্তি পুরক্নবা হোৎনরিবা মীওইশিংবু ধর্ম্ম খেন্নে হায়দুনা মার্ক্সিস্তি-শিংনা অথিংবা পীরোইদবনি। অচুম্নদি ওইরগা রিএক্সনরী ওইবা ধর্ম্মগী ফম্নাইবশিংগা ইম্পেরিএলিজম-গা থুৎশম্ননা চৎলকপা শক্তি অচুবুদি মার্ক্সিজম্না কম্না থিংঙি।

রাফম অমনা, সমাজগী বেসিস (basis) অচু হোংঙকপা মতমদা, মথক্কী কায়াৎ অসি খুদক্তা থংহোং-হোংখিবদি নত্তে। বেসিস হোংগ্রবা মতুং মতম থরা লৈরগা মথক্কী কায়াৎ অচু হোংঙকই। শরক অসিদা অরিবা ধর্ম্মগী রাথল্লোনশিং হিংদুনা লৈরি। মার্ক্সিজম— লেনিনিজম্-না য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ধর্ম্মবু ক্রিতিসাইজ তৌই। সোসিএলিজম চাউখৎলবা লৈবাক সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা মীশিংনা ধর্ম্মদগী য়াম্না থাপ্তোক্লা লৈরে।

তরুকশুবা শরুক

# কলচর

কলচর হায়বা বাহৈ অসি লেটিনগী বাহৈ কলচুরা হায়বা অদুদগী লাকপনি। অর্থদি লৌ খোয়বা হায়বনি। লৈরিবা এনভাইরোনমেণ্ট অদুদা লৌ খোয়জিনববুনি। হায়বদি লৈরিবা এনভাইরোনমেণ্ট অদুবু থংননবা হোৎনবা অমসুং প্রকৃতিগী শক্তি-শিংবু জয় তৌনবা হোৎনবদা মীশিংনা পাংথোক্লকপা থবক ময়াম অসিবু পুম্না কলচর হায়না লৌবা য়াই। কন্সেপ্ত অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী ইতিহাস ইবশিংনা অমসুং আরকিওলোজিস্ত-শিং ( archeologists ) না শিজিন্নৈ। মার্ক্সিজম— লেনিনিজমনা মেত্যিরিএল অমসুং ইণ্টেলেকচুয়েল ধনি অসি পুম্না য়াউবা সমাজগী থবক শুবগী থৌওংশিং অদু কলচর হায়না থংনৈ। কলচরবু য়াম্না চুম্না য়েংবা তারবদি ঐথোয়না সোসিও-ইকো-নোমিক ফোরমেশনগী থিওরীশিং, পোথোক পুথোক্লবা শক্তিশিং চাউথৎলকপগী মওং, পোথোক মরী অমসুং মথক্কী কায়াৎগী শক্রমশিং অসি কুপ্না নৈনবা তাই। মায়কৈ কয়ামরুমদা মীশিংনা শেমগৎ-শাগৎনবা হোৎনরকপা অমসুং থবক শুবদা মীশিংনা চত্থরিবা মওংশিং অসি কলচরগী হৌরকফম্নি। ঐথোয়না সমাজ

অমবু চাউথৎহনবদা মতেং পাংলিবা সমাজ অদুগী মেত্যিরিএল অমসুং ইন্তেলেকচুয়েলগী থবকশিং অদুবু পুল্লপ্পা কলচর হায়না খংনৈ।

"Culture is the sumtotal of the material and intellectual achievements of society constituting its cultural tradition and underlying the further progress of humanity."

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না ইন্তেলেকচুয়েল কলচরগা মেত্যিরিএলগী কলচরগা করি খেন্নবগে হায়বদু তাকই। অদুগা দাইঅলেক্তিক্সগী মতুং ইন্না অনি অসি মরী য়াম্না লৈনৈ অমসুং অমগা অমগা মখা পোনৈ।

মেত্যিরিএলগী কলচরদা মরুওইনা য়াউরিবা মচাক্তি প্রকৃতীবু থুডুম চন্নবা হোৎনরকপদা মীশিংনা মগুন লৈরবা থবক কয়া য়াম্না তৌগ্রবগে? থবক শুননবা খুৎস্রু খুৎলাইশিং অসি কয়া য়াম্না চাউথৎলৰগে? মীশিংনা খুৎশু-খুলাই পুথোকপা অমসুং শিজিন্নবদা কয়া য়াম্না হৈশিংলবগে? লেবর অসি বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কয়া য়াম্না শিল-লাংলবগে অমসুং মীশিংগী দরকার করম্না ফংহনবগে হায়বনচিংবা অসি মেত্যিরিএল কলচরগী মন্নুংদা চল্লি।

ইন্তেলেকচুয়েল কলচর হায়রগা ঐখোয়না সমাজগী অমসুং প্রকৃতীগী জ্ঞান অসিনচিংবা অসিগী থাক লেপ্পা ওস্বা গুন চেল্লবা থবকশিং অসিবু তাকই। লোয়ন-লোয়ননা সমাজগী মীওইশিংনা

প্রোগ্রেসিভ ওইবা জ্ঞান অমসুং ৱাখলশিং কদায় য়ৌনা খংলবগে হায়বনচিংবা অসি ইন্তেলেকচুয়েল কলচরগী মনুং চল্লি। শম্না হায়রবদা বিজ্ঞান, লিটরেচর, মহৈ-মশিংগী থাক, রাজনীতিগী ৱাখল অমসুং আর্টসনচিংবসি কয়া য়াম্না চাউখৎলবগে হায়বা উৎলিবা মওংশিং অসি কলচরনি। লোল, ৱাভাং-শাভাং অমসুং লমচৎ-নচিংবা অসি ইন্টেলেকচুয়েল কলচরগী মনুং চল্লি। হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না উৎলি মতুদি ইন্টেলেকচুয়েল কলচর অমসুং মেত্যিরিএল কলচর অনি অসি পুন্না চৎমিন্নগদবনি। ঐখোয়না খংগদবা অমনা সোসিও— ইকোনোমিক ফোরমেশন খুদিংমক্কী তোঙানবা কলচর লৈ। সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অমবু অতোপ্পা অমনা মহুৎ শিন্দোকপ্রবদি, থাইনগী অরিবা কলচর অদু থরা হেন্না প্রোগ্রেসিভ ওইবা কলচর অমনা মহুৎ শিন-দোক্লক্কনি।

কাঙলুপ খুদিংমক্তা ইচন-চম্নবা কলচরগী ভ্যেলু থরদি তুংগী চারোল-শুরোলদা মথং-মথং থংথরকই। লেনিন-না অস্নুম্না ইরম্মী—"কেপিটেলিস্ত সমাজদা শেমগৎ শাগৎপ্রবা য়াম্না কান্নবা টেক্নো-লোজী অমসুং কলচরগী ভ্যেলুশিং অসি সোসিএলিজম শাগৎপদা নিংথিনা শিজিন্নগদবনি।"

মুক্লবনা থল্লবা সমাজদা মী খুদিংমক্কী ওইবা কলচর হায়বদু লৈতে। লৈরিবা সমাজ অদুগী পোথোক মরী হোংঙকপগী মতুং ইন্না কাঙলুপ নাইবা কলচর অমসুং কাঙলুপ নাইদবা কলচর অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরী অদুসু হোংঙকই। হৌজিক্কী মতমদদি

জাতীশিংগী মরক্তা কলচরগী মতেঙনা অমগা-অমগা তোংন-তিন্নবা হেঞ্জিল্লক্লে। মসিগী মরমদি মীয়ামগী মীদিয়া ( mass media )— প্রেস, রেডিও অমসুং টেলিভিজন্নচিংবা শিজিন্নরক-পদগী অমসুং মীশিংনা হৈশিংবা থবক কয়া তৌরকপদগীনি। মীশিংনা হৈশিংবা থবক কয়া তৌরকপদগী অনৌবা কলচর— ইকোলোজিকেল কলচর অমসুং স্পেস (space) বু থী-হুম্বগী কলচরনচিংবা অসি উবা ফংলক্লি।

## বুর্জুবা কলচর ঃ

বুর্জুবাগী কাঙলুপ থোক্লকপদগী বুর্জুবা কলচর ময়োল চোংলকখি। কলচর অসিদা মমাংথৈগী কলচর থরম্মু মথং-মথং থংথরকখি। ফিউদেলগী সমাজবু বুর্জুবা সমাজনা মহুৎ শিন-দোকপ্রবদা বুর্জুবা কলচরগী শক্তম অসি তশেং-তশেংনা উংলকই। কেপিটেলিজমদগী ইম্পেরিএলিজমগী থাক য়ৌরকপা মতমদা বুর্জুবাগী কলচরদা ক্রাইশিশ-গী মমী তারকখি। কেপিটেলিজমগী থাক্তা মীয়ামগী মহৈ-মশীং তম্বগী থাক অসি অনেম্বা থাক্তা লৈরি হায়বা য়াই। চাংচত্তা ইমুং অমদা অঙাংশিংনা ইউনীভরসিতিদা অফবা ইদুকেশন ফংবগী থাক অসি য়াম্না তাংই। অদুগীসু মথক্তা থবক ফংদবা মীশিংসু হেঙ্গৎলকই। লাইরিক হৈত্রবা অমসুং থবক ফংদ্রবা মীওইনা থল্লবা সমাজদা কলচরগী থাক কয়া য়াম্না বাংগদগে ?

## সোসিএলিস্ত কলচর ঃ

বুজর্জুয়া কলচর অসি ক্রাইশিসনা পীক থল্লবনিনা নোংমদি মরাই চাইথখিবা শোয়ত্রবনি। মরাই চাইথপ্রবা মতুংদা সোসিএলিস্ত কলচর লাক্কনি। মমাংদৈগী কলচরগী খ্বাইদগী ফবা মওংশিং অদু সোসিএলিজম্না হিংগৎনবা অমসুং ফগৎনবা হোৎনৈ। সোসিএলিস্ত রাজনীতি অমসুং অর্থনীতীগী মতেঙনা কলচরেল রিভলুশন তৌরক্কনি। কলচরেল রিভলুসন্না সমাজগী ইন্তেলেকচুয়েলগী পুন্সিদা অনৌবা মগুন হাপক্কনি। শিল্পীশিংনা অনৌবা অফবা কলচরবু চুপশিনথিগনি অমসুং অফবা কলচর শেমগৎ-শাগৎলক্কনি। শিল্পী অমসুং লৌমীশিংগী মরক্তা সোসিএলিস্তগী অথং-অহৈ (socialist intelligentsia) শিং থোক্লকই। মখোয়না বিজ্ঞান, আর্টস অমসুং টেক্নোলোজীদা অঙক-অঙকপা থবক কয়া তৌরকপা ঙমই। শোক ১৯৮২ দা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা, ইন্দস্ত্রিদা থবক শুবা শিল্পীশিংগী মনুংদা ৮০% হেন্না সেকন্দরী অমসুং অদুদগী হেনবা ইদুকেশন ফংগ্রে। হৌজিক্কু সোভিয়েটগী সমাজ অসি চান্মদা চান্মা লাইরিক হৈরে।

ইন্তেলেকচুয়েল কলচর নৈনবদা জাতী অমসুং অন্তরজাতীগী ফিরেপশিং অসি হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী মীৎয়েংনা প্রিন্সিপল খরগী মতুং ইন্না নৈনৈ। অহানবদা, জাতী খুদিংমক মীং-তম্বা চাউখৎনবা হোৎনবা, অমসুং জাতীগী ওইবা লমচৎশিং চাউখৎনবা হোৎনবা অসিনা ইন্তরনেশনেলগী কলচর চাউখৎহনবদা মতেং য়াম্না পাংই। অদুগা অমরোমদা ইন্টরনেশনেল কলচরনা

নেশনেল কলচর চাউথৎহনবদা মতেং পাংলিবনি। জাতীগী অমসুং অণ্টরজাতীগী দাঅলেক্তিকসনা উৎলি মহুদি প্রোগ্রেসিভ ওইবা জাতিগী লমচৎশিং অসি অণ্টরজাতীগী লমচৎ ওইরকই অমসুং অণ্টরজাতীগী কলচর অসিসু জাতীগী ওইবা শক্তম উৎলকই। হায়রিবা মরী অসিদা অণ্টরজাতীগী কলচরনা লমজিংগি। সোসিএলিস্ত-গী সমাজদদি কম্মুন্যিস্ত পার্টিগী লমজিং মথাদা কলচর অসি চাউথৎনবা হোৎনৈ। লৈবাক অমগী কলচর চাউথৎহনবদা কলচরগী ওইবা ইনষ্টীটিউসন-শিং অসিনা অচৌবা দায়িত্ত লৌই— থুদন ওইনা— কম্মুনিতি সেন্তর (community centre), লাইব্রেরী, ম্যুজিয়ম, আর্ট্স অমসুং লিটরেচর অসিনচিংবা অসিনি। সোসিএলিস্ত-গী রাজনীতি অমসুং কলচরবু চৌভিনিজম, রিত্রক্সন অমসুং মিলিটরিজমগী কলচরনা থুগায়নবা হোৎনৈ। মতাং অসিদা লেনিন-না হায়খি:— কলচরদসু রাজনীতিগী মৈরি চেনগদবনি। তুংগী কলচর অমসুং সভ্যাতাবু ভাক শেল্লিবা ঐখোয় পুম্নমক্কা মেত্যিরিএল অমসুং কলচরগী অৱাংবা আইদিএলশিংবু ফংননবা পৃথিবী শিনযা থুংনা চত্থরিবা স্ত্রগল অসিবু থৱাই হুকচাং য়াউনা শরুক য়াগদবনি। কলচরগী অৱাংবা ৱাথলদি— পৃথিবীদা দেমোক্রেসি, সোসিএলিজম অমসুং শান্তি পুরক্কবা হোৎনবা অসিনি।

---

## তরেৎশুবা শরুক

# মী অমদা থম্বা মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্তগী কনসেপ্ত

## (The Marxist- Leninist Concept of the individual)

১৮ শুবা শতাব্দীগী ফ্রেঞ্চ মেত্যিরিএলিস্ত-শিংনা থনম্বা থেশিশ-তি মী হায়বসি সমাজগী এনভাইরোনমেন্ট অমসুং লাইরিক হৈবা চাং অদুগী পোথোক্নি হায়বসিনি। মীশিংগী থবকশিংনা এনভাইরোনমেন্ট অসিবুসু হোংহল্লি হায়বা ৱাফম অসি হাপ-চিল্লদুনা মার্ক্সিজম্না থেশিস অদুবু মপুং ফাহনখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা এন্থ্রোপোলোজীগী থিওরী—"মী হায়বসি বাইওলোজীগী মশুনতমক চেনবা পোৎশক অমনি" হায়বদু য়ানিংদবা উৎখি। থিওরী অসিগা মান্নদনা মার্ক্সিজম— লেনিনিজম্না উৎলি— মদুদি মী হায়বসি লৈরিবা সমাজ অমসুং মশাগী ওইবা ট্রেইট (trait) না পুন্দুনা শেম্লবা অপুনবা শক্তম অমনি।

মীশিংগী মরুওইবা থবকশিং থম্নবদা মার্ক্সনা চংদ্রবা য়াত্রবা মতম চুপ্পগী ওইরবা ফেক্তর— "মীগী বীইং" অদুদা মুন্না ৱাখল তৌখি। "মীগী বীইং" হায়বদি "বাইওলোজিকেল বীইং" দগী হিউমেন বীইংদা ওন্থোকখিবা ফেক্তর অদুবুনি। ফেক্তর অসি করিসু

নত্তে শু-নোম্বগী থবক অদুবুনি। শু-নোম্বা অসি প্রকৃতীনা ঐখোয়দা মতম চুপ্পদা থৌদারক্লবা থবক্নি। মী ওইনা পোক-লুবগী মচং অসি থবক শু-নোম্বদা ফোংদোকই। মীওইবনা শু-নোম্নগা পুথোক্লবা পোথোকশিং অসি মীওইবা পুন্সীগী অশেংবা পোৎশিংনি, অনিশুবা প্রকৃতীনি।

মী হায়বসি সোসিএল বীইং অমনি, পারসোনেলিটি (perso-nality) অমনি। মী হায়বসি মহাক্না লৈরুরিবা অমস্থং থবক শুরুরিবা অকক্লবা ইতিহাসগী সমাজগী মরী অদুগী পোথোক্নি। মার্ক্সিস্ত—লেনিনিস্তগী থিওরীগী মতুংইন্না সমাজ অমগী মরুওইবা পোৎশক্তি পোথোক মরীনি। অদুবু মী অমগী ট্রেইট (trait), ইমুং-মস্থুং, এনভাইরোনমেন্তনস্তু ঈথিল পী-হায়বসি মার্ক্সিজমগী মত-নি।

মার্ক্সিজম অমস্থুং লেনিনিজমগী মরুওইবা শক্তম অমদি থিও-রীগা থবক্না পুন্না চৎমিন্ননবা, শিন্মীশিংগী রিভলুসনরী ওইবা থবক-শিংগা পুন্না চৎমিন্ননবা হোৎনবা অসিবুনি। ইতিহাস কুপ্না নৈন-রবা মতুংদা মার্ক্সিজম— লেনিনিজম্না উৎলি মচুদি মীশিংনা মীনাইগী থাক্তা লৈরুরিবা অসি সমাজ অদুগী ফিভমশিংনা থোকহনখিবনি। মরম অদুনা মীশিংনা করম্না অরাম খুভম ফংগদগে হায়বা লম্বী অদুস্থু মার্ক্সিজম— লেনিনিজম্না উৎলি। মীনাই ওইবগী মরমদি কেপিটেলিস্ত- সিস্তেমননি অদুগা হায়রিবা মীনাই ওইহনবগী মরম অদু মুথৎনবগী মরুওইবা শক্তিদি শিন্মীশিংনি। অদুগা সোসি-এলিস্ত রিভলুসন তৌরগা সমাজ অমবু অরাম খুভম ফংহনগ-দৌরিবনি। বুজর্জুরা কাংবুনা—ক্লাস স্ত্রগল, সোসিএলিস্ত রিভলুসন,

দিক্তেটরশীপ ওফ দি প্রোলেটরিএত অসিনচিংবা থিওরীশিং অসি নমথবগী থবক্কি হায়না লাম্না প্রচার তৌই। অশেংবদি মীওইববু মীনাই ওইবদগী কোক্লবা বিজ্ঞানিক ওইবা উপায়শিং অদু মার্ক্সিজম্না তাকপনি।

লেনিননা অনৌবা মথলগী মীওইশিং— খুদম ওইনা কথোক্লবা লাম্মীশিং অমসুং রিভলুসনরীগী মীওই শেমগৎ-শাগৎপদা য়াম্না থরাই য়াউই। সমাজদা অচঙবা মী ওইবা তারবদি মশা থিংবা রিভলুসনরী অমা ওইগদবনি। লেনিন-না হায়খি— রিভলুসনরী স্ত্রগল তৌর-তৌরগা মীগী মগুন হেঙ্গৎলকই, তৌবা ঙম্বা শক্তি হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা মপুংফাবা মী ওইরকই। তুহৎ-নৈহৎপা সমাজদা অস্থুম য়াউশিনবা মীওইদি কুচু থোক্তে, মমায়দা কালি তৈবা হেঞ্জিল্লকই। মতমচুপ্পদা মখোয়না পুলিস কীদুনা স্ত্রাইক অমসুং সমাজগী মুভমেন্ট-দা য়াউবা ঙমদে। হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএ-লিজম্না তাক্লিবদি— মীশিংগী খুংঙাই-য়াইফবা পুরকপা হায়বসি মীওইবা সমাজগী অরোইবা পান্দম ওইগদবনি।

## পারশোনেলিটিগী কন্সেপ্ট (The concept of personality).

মী খুদিংমক পারশোনেলিটি অমনি হায়বদি সমাজগী ট্রেইট (trait) খরা মঙোন্দা য়াউরিবনি। হায়বদি মী হায়বসি লৈরিবা সমাজগী এনভাইরোনমেন্ট অদুগী পোথোক্নি। অদুবু হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমনা মী অদুগী বাইওলোজী অমসুং সাইকোলোজিগী ট্রেইটশিং অদুবুদি থওইদবা নত্তে।

পারশোনেলিটিগী স্ত্রকচর খরা মথাদা পীরি :— (১) সোসিএল ওরিএন্টেসন (social orientation), বাল´ড আউটলুক, অফ-ফত্তগী বাখল, মী মীগী হৈনবা, পামজবা অসিনচিংবা। (২) মী অমগী মশাগী ওইবা গুনশিং— শাউগনবা, শাউগন্দবা অমস্তুং তওায় ফদনা চংবা দরকারশিং, (৩) এক্সপীরিএন্স (experience) —মী অমনা তানশিল্লকপা জ্ঞান, লমচৎ-শাজৎ, (৪) সাইকো-লোজীগী থৌওং কয়াদা মী-মীগী ওইবা তোপ-তোপ্পা গুনশিং। অদুগা স্ত্রকচর অসিগী কোর (core) দি বাল´ড আউলুক অদুবুনি। পারসোনেলিটিগী কায়াৎশিং অসি বাল´ড আউটলুকী মথা পোল্লি।

## পারশোনেলিটিগী মখল খরা :

মী হায়বসি কাঙলুপ নাইবা সমাজগী পোথোক ওইবা মরম্না কাঙলুপ অমগী মীহুৎনি হায়গনি। কেপিটেলিস্ত সমাজদা পারশোনেলিটিগী মখল অনি শুই— কেপিটেলিস্ত অমস্তুং শিন্মী। কেপিটেলিস্ত-শিংনা পোথোক পুথোক্লবা পাম্বৈশিংগী মপুনি। শিন্মীশিংগীদি পোথোক পুথোক্লবা খুৎস্তু-খুৎলাই লৈজদে। শিন্মী-শিংদি শিন্মী অতৈগা তিন্নহুনা কেপিটেলিস্ত-গী মাইয়োক্তা স্ত্রগল চংশিনবদা শরুক য়ামিন্নে।

সমাজ অসি কাঙলুপ থায়রবস্তু, ইতিহাসগী তাঙ্কক অমদা লৈরুরিবা মীশিংগী মরক্তা মান্নবা শরুক খরদি য়াউদবা নত্তে। খুদম ওইনা— জাতী অমগী লমচৎ, কলচর অমস্তুং মুংতিগী ওইবা লমচৎ-শাজৎ অমস্তুং কস্তমদা মীশিংগী মরক্তা মান্নবা য়াম্না উই।

মীশিংগী মরক্তা শিনফম মাল্লকুবা অমসুং তোৎন-তিন্নকুবনা মরম ওইদুনা মী অমগী স্তেটস (status) দা হোংঙকই। থুদম ওইনা লাইরবনা পৎ তৎলবা লৌউবা অমনা শিন্মীগী কাঙ্বুদা তিনথ্রবা মতমদা ইচম-চম্বা শিন্মী অমা ওইথি। মতুগী ওন্নতৈনবদা লৌউবা অমনা ঈনাক খুঙ্গৎলকপদগী নত্রগা শিন্মীগী মচা অমনা লাইরিক হৈগৎলকপদগী থবক ফংলক্লুনা বুর্জুর্বা ওইখিবা অমসুং বুর্জু-র্বাগী আইদিওলোজীদা থবাই-হুকচাং লুপখিবা মীওইসু থোক্তবা নত্তে।

## সোসিএলিস্ত— পারসোনেলিটি ঃ

রুসিয়াদা শোক ১৯১৭ দা ওক্টোবর রিভলুসন মাই পাক্লক-পদগী অনৌবা সোসিএলিস্তগী মীওই হায়বা অমা লৈরক্লে। মীওই অসি অনৌবা সমাজগী মরী অমসুং অনৌবা এনভাইরোনমেণ্ট লাকপদগী থোক্লকপনি। সোসিএলিস্ত-গী মীওইদি কম্যুনিস্ত আইদিওলোজীবু য়াবা সমাজগী স্বার্থদা থবক তৌবা মীওইশিংনি। সোসিএলিস্ত-গী মীওইশিংনা থবক শুবা মতমদা মশাগী হিংনবা খনবতা নত্তনা মীয়ামগী অফবা পুরক্লবা হোৎনৈ। মীশিংগী মরক্তা লৈনরীবা মরী অসি পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা অমগা-অমগা মতেং পাংনবা অমসুং কল্লেক্তিভিজমগী মরীনি। "কেপিটেলিস্ত সমাজদদি শিন্মী অমনা থবক শুদ্রবা মতমদা মশা অতু তেথৎলি, হৈনিংবা পোকই" হায়না মার্ক্সনা হায়খি। অতুগা সোসিএলিস্ত সমাজগী শিন্মীশিংদি থবক শুরগা নুংঙাইজে।

"He feels at home when he is not working" said Marx about the workers in capitalist society.

সোসিএলিস্ত সমাজ ফগৎনবা থবক শুবা হায়বসি মীশিংগী ফগৎনবা থবক শুবনি হায়না লৌই অমস্থং হিংননবগী মরুওইবা পোৎনি। শিন্মীশিংনা মাগী থবক্তা থনবা ব্রাথল হোংঙকপদগী কলচর অমস্থং ইদুকেশনগী ব্রাথল্লোন্দস্থ অহোংবা লাকথি। শিন্মী-শিংনা লাইরিক হৈবগী দরকার অদু ফাউরকই। কেপিটেলিস্ত সমাজদদি মশাগী নত্রগা মী থরগী স্বার্থদা হেন্না থনবা মরম্না কাঙবু অমগা কাঙবু অমগা ইতৎ-তত্তনা থৎনৈ নত্রগা মুক্কে। মসিগী ওন্ন তৈনবদা সোসিএলিস্ত সমাজগীদি অপুনবা পান্দম অমস্থং নীয়মশিং লৈ। সোসিএলিস্ত-গী মীওইশিংনা দেমোক্রেসি, কল্লেক-তিভিজম অমস্থং ইন্তরনেশনেলিজমগী নীয়মগী মতুংইন্না থবক তৌই। সোসিএলিস্ত সমাজদা মীনা মীবু ইকাইখুম্নবা উৎপদা নত্তনা, মীয়ামগী ব্রাথল থনবা, থবক শুবা, জ্ঞান তানশিনবা অমস্থং ইন্তিগ্রিতি (integrity) ঙাক্না চৎপা অসিনচিংবা অসি সোসিএ-লিস্ত পারসোনেলিটিগী মগুনশিংনি। লেনিন-না ইরম্মী—"কম্যুনিস্ত সমাজগী পান্দমদি সমাজ অমগী মীওই খুদিংমক নীং-তম্বা ফংবা, মশা-মউ ফবা, মুংঙাই-য়াইফবা, য়েংউ-য়েংউবদা মপুং ফানা চাউ-থৎলবা মীওই ওইহনবা হায়বসিনি।"

---

নীপালগুবা শরুক

# ইতিহাসগী ওবজেক্টিভ ওইবা নীয়মশিং ঃ

**( The objective laws of history. )**

মীওইবগী ইতিহাস অসি চারোল-শুরোল কয়া, কলচর, সভ্যতা অমসুং চহি কয়া পুনশিল্লগা শেমগৎলক্লিবনি। হৌজিক্কী ইতিহাস অসি তুংগী ইতিহাসগী য়ুম্ফম ওইগদৌরিবনি। মথং মথং চত্থরক্লিবা ইতিহাসগী ওবজেক্টিভ ওইবা নীয়মশিং অতু করিনো? এঙ্গেলসনা মখাগী অসুম্না ইথি: "অনিংবা পান্দম অমসুং ভাব তানা অনিংবা মরম অমদা হোৎনবা য়াউদনা থবক অমত্তা ওইথোক্তে। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা বাফম অসি মরু ওই-জরবস্থ অচুম্বা নীয়ম অমবুদি হোংহনবা ঙমদে মতুদি ইতিহাসগী খোঙচৎ অসি মন্নুংগী ওইবা নীয়ম খরনা পূল্লি।" লেনিন-না মার্ক্স'না পল্লম্বা বাফম খরবু ঙাক শেল্লদুনা হায়খি— সমাজগী মুভমেন্ত অসি নীয়ম খরগী মখাদা চৎলি। হায়রিবা নীয়মশিং অসি মীওইবগী অনিংবা অমসুং বাখলদগী তোঙান্না ভাদুনা লৈ। নীয়মশিং অতুনা মীওইবগী বাখলবু লমজিংঙি।

মার্ক্সিজম লাক্তি-ঙৈগী মমাংদা সমাজ অসিদা রিভলুসন কয়া তৌগ্রবসু বিজ্ঞানিক ওইবা রিভলুসনগী থিওরী অমতা লৈরমদে। সমাজগী নীয়মশিং অসি মী অমা নত্রগা কাঙবু অমা নত্রগা জাতী অমনা শেম্বা নত্রগা মুথৎপা নত্তে। নীয়মশিং অসি সমাজ অতুগী মেত্যিরিএলগী ক্ষিভম হায়বদি পোৎ-চৈ পুথোকপা তারকপদগী থোক্লকপনি। নীয়ম অসি সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন হৌরকপদগী থোক্লকপনি। সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অতু মাংথ্রবা মতমদা নীয়ম অতুসু মাঙথি। প্রকৃতীগী নীয়মগা মান্নদনা মীওইবগী ইতিহাসগী নীয়মশিং অসিনা সমাজগী মরী অমসুং থবক কয়াবু ঙাক শেল্লি। নীয়মশিং অসিনা সমাজগী পুন্সি অমসুং ইতিহাসগী বাংমদা লৈবা ওইথোক্তে। বিজ্ঞানা ওবজেক্তিভ লো (objective law) হায়না খংনবা অর্থ লৈরবা হঞ্জিন-হঞ্জিন্না থোক্লিবা মরী অসি সমাজগী থবক কয়াদা— খুদম ওইনা ক্লাস স্ত্রগল, রাজনীতি অমসুং অর্থনিতীগী পুন্সি অমসুং কলচর চাউথৎহনবা থবক্তা য়াওতুনা লৈরিবনি। ইউনিভরশেল হিস্তোরিকেল লো-না মীওইবা জাতীগী অপুনবা ইতিহাস অতুবু নৈনৈ; জেনেরেল ওইবা লোনা ফোরমেশন কয়ামরুম্বু নৈনৈ। নীয়ম ময়াম অসিনা ডাইঅলেক্তি-কেল ওইবা মওংদা পুনশিল্লগা সমাজ পুম্নমক্কী চাউথৎলকপগী মরমদা নৈনৈ।

## ওবজেক্তিভ ওইবা নীয়মশিং অমসুং মীশিংনা ভাব তানা তৌরকপা থবক :

ইতিহাসগী ওবজেক্তিভ ওইবা নীয়মশিং অসি মীওইবনা তৌরিবা থবকশিংবু শেম্নরিবা নীয়মশিংনি। মীয়ামগী থবক্কা বাংমদা

নীয়মশিং অসি পানবা য়াদে। ইতিহাসগী ওইবা নীয়মশিংগী জ্ঞানগী মতেংনা লমজিং মৈরা ওইরগা মীশিংনা ইতিহাস শেম-দোকপা ঙম্মী। সমাজগী নীয়মশিং অসিগী জ্ঞানগী মতেংনা মতাং চাবা থবক কয়া তৌদুনা ইতিহাসতা মাইপাকপা থবক কয়া তৌবা ঙমই। অমসুং কেপিটেলিজম লাকপদগী রিভলুসন তঙায়ফদনা তৌবা ঙারকই। রিভলুসন অসি মশা মতোমতা লাকচবদি নত্তে।

শোক ১৯১৭ দা রুশিয়াদা রিভলুসন তৌবা য়াবগী ফিভম লাকখি হায়বসি ইতিহাসনা সাক্ষিনি। হায়রিবা মতম অসিদা জর্মনী অমসুং হঙ্গেরিদসু লাকখি। অদুবু রুসিয়াদদি রিভলুশন অদু মাই পাকখি। লোয়ন-লোয়ননা সোসিএলিজম শাগৎলকখি। জর্মনী অমসুং হঙ্গেরিদা রিভলুসন মাই পাকখিদে। খ্বাইদগী হেন্না রিএক্সনরী ওইবা ফেসিস্ত-গী শক্তিনা শক্তি মুনখি। মতৌ অসুম তৌদুনা, ওবজেক্তিভ ওইবা নীয়মশিংনা য়াৎথোকপা মাই-কৈরোমদা পন্থুংফম য়ৌনা চৎলক্তে। অদুনা চত্থরক্রিবা থবক অদুবু ফল তাহনগে হায়রবদি সমাজগী শক্তিগী দরকার লৈ। রিভলুসনগী ওবজেক্তিভ ওইবা নীয়মশিং অসি খংবগা লোয়ননা য়িভলুসন তৌননবা থৱাই হকচাং য়াউনা হোৎনবা মীওইশিংবু ইতিহাসনা অচুম্বা লম্বীদা চৎলি হায়না প্রমান তৌই। মসিগী ওন্না তৈনবদা, রিভলুসন অসি মখোয়গী মতম্বাক্তা মথন্তা লাকচগনি হায়না থল্লিবা মীওইশিং অমসুং রিএক্সনরী ওইবা শক্তিশিংগা ৱারি শান্নদুনা রিভলুসনরী আইদিএলিজমবু নমথাক তৌরিবা মীওইশিং

অসি ইতিহাসনা লাল্লী হায়না প্রমান তৌরকই। মতৌ অসুম তৌ-হুনা রিভলুসনগী ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভমশিংবু থওইদহুনা নাতৈ চাদবা স্ত্রগল তৌহুনা নীংতম্বগী লাল শোক্লরিবা মীওই লিশিং কয়া হাস্তোকহন্দুনা নীংতম্বা ফংনবগী পান্দম অসি চহি কয়া চুপ্পা য়েথোকহনখিবসু য়াওই।

ইতিহাসগী থৌওং থরদি মশা মতোমতা নত্রগা ভাব তানা চখ্থরকপা য়াই। খ্বাইদগী নক্লবা পান্দম নত্রগা ইন্তরেস্ত অহু ফং-ননবা তৌরিবা থবকশিং অহু মথন্তা তৌরকপা থবকশিংনি। ইতি-হাসগা মরী লৈনবা সমাজগী নীয়মশিং অসি মুক্লবা শক্তিশিংগী স্ত্রগল-না থোকহনবনি। সমাজগী শক্তিশিং অসি প্রকৃতীগী শক্তিগুম্না মকোক মমৈ খংদবা, ঈমু নাইমু তানবা অমসুং মাং তাকহনবা ঙম্বা থৌওং ওইগল্লি। ইতিহাসকী ওইনা মশা মতোমতা চখ্থরকপা থৌওংগী খুদম অমদি — কেপিতেলিস্ত সমাজদা মী অমগা মী অমগা য়েং-শিন্নবা (competition) অসিনি।

সমাজ নত্রগা কাংলুপকী স্বার্থদা ভাব তানা থবক ওইনা চখ্থরকপগী খুদমদি — সমাজগী শক্তিসিংনা পুন্না প্লান তৌহুনা থবক কয়া পাংথোক্লকপা অহুবুনি। ভাব তানা চখ্থরকপা থবকসিংগী মতেংনা অরোইবা পান্দম অহুবু ফংননবা হোৎনৈ। মশা মতোমতা চখ্থরকপা ইতিহাসকী থৌওংশিং অসি পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তি-শিং অসি লম্নাইগী খুৎতা লৈবা মওং অমসুং মত তিন্নদবা কাংবুগী ইন্তরেস্ত অহুনা থোকহনবনি। অহুগা ভাব তানা চখ্থরকপা ইতি-হাসগী থৌওংশিং অসি পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তিশিং অসি মীয়ামগী

খুত্তা শিন্নরবা মতমদা অমসুং সমাজ অসি মপূম ওইনা য়েংলবা মতম-দা হৌই হায়বা য়াই ।

## ইতিহাসগী ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভমশিং অমসুং সবজেক্তিভ ফেক্টরশিং ঃ

ইতিহাসগী ওবজেক্তিভ অমসুং সবজেক্তিভ ফেক্টরশিং নৈনবা হায়বসি রিভলুসন পুরক্কবা হোৎনবা অমসুং সোসিএলিস্ত সমাজ শেমগৎ শাগৎলকপদা চংবা মরু ওইবা মচাকশিংনি।

অপিবা সমাজগী থাক অমদা মীওইবগী নত্রগা কাওলুপ থরগী নত্রগা পার্টিগী অনিংবগী মখা পোন্দবা ইতিহাসকী থৌওংশিং অদুবু ওবজেক্তিভ ফেক্টর হায়না খংনৈ। অদুগা ইতিহাসগী ওইনা থবক থরা পাংথোক্লবগীদমক্তা মীশিংনা খল্লিবা রাখল অমসুং থবাই হকচাং য়াউনা হোৎনরিবা ওর্গেনাইজেসন অসিবুনা সবজেক্তিভ ফেক্টরনি। সমাজ অমসুং প্রকৃতীগী এনভাইরোনমেন্ত, মমুং অমসুং মপানগী ওইবা অপুনবা ফিভমশিং অসি ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভমশিংনি। মরু ওইনা ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভম হায়রগা খংনরিবা অসি মে-ত্যিরিএল অমসুং অর্থনীতিগী ফিভম অদুবুনি। হায়বদি পোথোক পুথোক্লবা শক্তিসিংগী থাক অমসুং পোথোক মরী অদুবুনি। অদুগীসু মথক্তা সমাজ অদুগী স্ত্রকচর অমসুং জাতীগী মরীশিং অসিসু ওব-জেক্তিভ ওইবা ফেক্টরশিংনি। লৈবাক অমগী মমুংদা লৈরিবা কাও-লুপশিংগী মরক্তা লৈরিবা মরী অসি রিভলুসনগী মরু ওইবা মচাক্নি।

রাজনীতিগী মরী অমসুং কলচরগী থাক অসিনচিংবা অসিসু ওব-জেক্তিভ ওইবা ফেক্টরশিংনি।

সবজেক্তিভ ফেক্টরশিংগী মসুংদা মরু ওইনা পনবা য়াবদি সমাজগী থৌওংশিং অসি বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনদুনা খংজিনবা অসিনি। অদুগীসু মথক্তা ইতিহাসগী নিয়মশিং খংলগা সমাজগী ফি-ভম অদুদা ঈথিল পীবা ভস্বা মীশিংনা ভাব তানা চথবা থৌওংসিং অসি সবজেক্তিভ ওইবা ফেক্টরশিংনি।

ওবজেক্তিভ কনদিশনগা সবজেক্তিভ ফেক্টরগা করি মরী লৈন-বগে? সমাজ অমা চাউখৎহনবদা ওবজেক্তিভ ফেক্টরনা অচৌবা দায়িত্ব লৌই।

১। ওবজেক্তিভ ফেক্টরনা সমাজ অমা চাউখৎহনবগী দরকারশিং অমসুং চাউখৎহনবগী লম্বী অমসুং মওং কয়ামরুম উৎলি।

২। তৌগদবা থবক, পান্দম অমসুং থবক অমা তৌবগী মোতিভ (motive) শিং অদু ওবজেক্তিভ ফেক্টরগী মথা পোল্লি। খুদম ওইনা লৈরিবা ফিভম অদুদা তৌবা ভস্বা থবক অদু মীওইবশিংনা তৌই।

ওবজেক্তিভ কনদিশনশিং অসি য়াম্না মরু ওইরবসু সবজেক্তিভ ফেক্টরনসু য়াম্না চাউনা ইনফ্লুয়েন্স তৌই। সবজেক্তিভ ওইবা দর-কারশিং অসি মশা মতোমতা ফংবা ভমদে। মশা মশাগী পান্দম অমসুং স্বার্থগীদমক্তা মী কাঙবু নত্রগা ষ্টেট নত্রগা জাতীশিংনা ক্লাস স্ত্রগল চথদুনা ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভমশিং অদু ফংননবা হোৎনৈ। মরম অদুনা সবজেক্তিভ ওইবা ফেক্টরশিং অসি থওইদবা হায়বসি বিজ্ঞানিক ওইদবা নাকল নাম্বতা য়েংবা ইকোনোমিক মেত্যিরিএ-লিজমনি।

---

মাপলশুবা শরুক

# ইতিহাসগী চাউখৎ-খোঙথাংবু ইল্লিবা শক্তিসিং অসি করিনো?

মঙ্গংগী ওইবা কন্ত্রাদিক্সনশিংনা মুকনরকপদগী ইকোনোমী অমসুং সোসিও-পোলিটিকেলগী কায়াৎশিং অসি চাউখৎলকই। পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তিগা পোত্থোক মরীগা মুক্নরকপা, সমাজগা প্রকৃতীগা মুক্নরকপা, সমাজগী য়ুম্ফমগা মথক্কী কায়াৎগা মুক্নরকপা অমসুং ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভমগা সবজেক্তিভ ফেক্টরগা মুক্নরকপ-দগী সমাজ অমা চাউখৎলকপনি। ওবজেক্তিভ ওইবা কন্ত্রাদিক্সন্না সমাজ অমা চাউখৎহনবগী হৌরকফম ওইরবসু মখোয় মথন্তনা সমাজ অমা চাউখৎহনবদি নত্তে। মীয়াম্না, কাঙলুপশিংনা, জাতীশিংনা অমসুং গুন লৈরবা মীওইশিংনা লুচিংবা পার্টিশিংনা হোৎনরকপনা সমাজ অমা চাওখৎহল্লকপনি। ইতিহাসগী খোঙচৎতা থোক্লক্লিবা সমস্যাশিং কোকহল্লবা নত্রগা থবক থৌরম কয়া পাংথোক্লিবা শক্তিশিং অসি ইতিহাসগী চাউখৎ খোংথাংবু ইল্লিবা মরু ওইবা শক্তিশিংনি। এঙ্গেলসনা মখাগী অসুম্না ইরম্মী — "চাউখৎ খোংথাংগী ইতিহাসপু ইল্লিবা শক্তিশিং অসি মীয়ামবু নত্রগা কাঙলুপ্প ইল্লিবা মোটিভ (motive) শিং অদুবুনি। হায়রিবা মোটিভশিং অসি মতম থরা লৈরগা মুৎখিবা য়াবা মওংগী শক্তম

অতুবু নত্তে। ইতিহাসবু য়াম্না চাউনা হোংহনবা ওম্বা তুং কোইবা থবকশিং অতুবুনি"। এঙ্গেলসনা মখা তানা হায়খি— "হৌজিক্কী মতমগী ইতিহাসপু ইল্লিবা শক্তিশিং অসি কাওলুপগী মরক্তা স্ত্রগল তৌবা অমস্তুং মখোয়গী ইন্তরেস্ত-শিংগী মরক্তা মুকবা অতুবুনি"।

বুর্জোআ সোসিওলোজীগা মান্নদনা-হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমনা ইতিহাসগী চাউখৎ-খোংথাংবু ইল্লিবা শক্তিশিং অসি নৈনবা মতমদা মেত্যিরিএলিজমগী অর্থনীতিগী পুন্সি অসিনা মরু ওই হায়না মত পী। অতুগা ইন্তেলেকচুয়েল ফেনোমীনাসিংনা সেকেন্দরী ফেক্টরনি হায়। অতুগা আইদিএলিস্ত-গী ৱাখল চেনবা মীওইশিংনা ইতিহাসবু ইল্লিবা শক্তিশিং অসি ইন্তেলেকচুয়েল ফেনোমীনানা থোকহনবনি হায়না মত পী। খুদম ওইনা — "ৱাখলগী ইভলুসন ( the evolution of ideas ), হিস্তোরিকেল স্পীরিতকী শক্তি ( the power of the historical spirit ), বিজ্ঞান্না চাউখৎ-লকপা (scientific progress) অসিনচিংবা আইদিএলিস্তশিংগী ৱাখলশিং অসি হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজম্না য়ানিংখিদে। মরম অতুনা মীয়াম্না তৌরিবা থবকশিং অসি ইতিহাসগী মরু ওইবা শক্তিনি হায়বসিনা হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমগী মতনি। মী-শিংগী অতৎ-অথম লৈতনা হেক্সংলক্লিবা, পোৎ-চৈ অমস্তুং ইন্তেলেক-চুয়েলগী দরকারশিং অসি ফংননবা হোৎনরকপা অসিনা লৈবাক অমগী অর্থনীতি অমস্তুং কলচর চাউখৎহনবদা য়াম্না মতেং পী। মী-ওইবগী দরকারশিং অসি ইন্তরেস্তগা মরী লৈনরকই। কাওলুপ

মাইবা সমাজদা, তুহৎলিবা ইনাক-খুনবা কাণ্ডলুপগী ইন্তরেস্ত-গা তুহৎলীবা লাইরবা কাণ্ডবুগী ইন্তরেস্ত-গা মান্নদে, ইন্তরেস্ত অমি অসি মুক্কন্নবা লৈ। মীয়ম অমা ওইনা কলীং ক্লাসসিংনা মখোয় মশাগী ইন্তরেস্ত অদুবু জাতী অপুনবগী ইন্তরেস্ত ওইনা উহল্লি। মরম অসিদগী বুর্জুর্বা আইদিওলোজিস্ত-শিংনা বুর্জুর্বা স্টেট অসি পুংভাই য়াইফবা স্টেটনি হায়না শন্দোকই।

অদুবু শিল্পীশিংনা তুহৎলীবা কাণ্ডলুপকী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌরকপদগী মখোয় মশাগী ওইবা ইন্তরেস্ত অদু নোংমা নোংমগী থংবা হেঙ্গৎলক্লি। শিল্পীগী ইন্তরেস্তগা ইনাকখুনবশিংগী ইন্তরেস্তগা ভিন্নবা য়ারক্তে। কেপিতেলিস্ত সমাজগী মনুংদদি শিল্পীশিংগী মশাগী ওইবা ইদুকেসন অসি য়াম্না চম্মনবা, চয়েৎনবা কেপিতেলিস্ত প্রোপেগন্দা মরক্তা চপ্থরিবনি।

অদুগা সোসিএলিজমগী সমাজদদি, সমাজ, কাণ্ডলুপ অমসুং মী-মীগী ইন্তরেস্তশিং অসি নিংথিনা তোৎনা ভিন্নবা ঙমশিল্লকই। লোয়ন লোয়ননা মান্নদবা ইন্তেরেস্ত-শিংগী এন্তাগোনিজম অসি নোংম নোংমগী মাংশিল্লকনি।

## মীয়ামগী শক্তি

পোপুলার ওইরবা মীয়ামশিং অসি সমাজ অমগী মরু ওইবা পোৎথোক পুথোকপা শক্তিনি হায়না মার্ক্সিজমনা থাজ্রে। অদুগা

মার্ক্সকী মমাংগী আইদিওলোজিস্ত-শিংনা পোপুলার ওইরবা মীয়াম-শিং অসিবু সমাজ অমা চাওখৎহনবগী মরু ওইবা শক্তিনি হায়বা য়ানিংদে। মখোয়না মীয়ামবু মমীং কয়া থোনজিন্দুনা খুদম ওইনা মমায় পান্দ্রবা মীয়াম-মোব (mob), "সভ্যাতাবু থুগাইবা কাংবু" হায়বনচিংবা মমীং কয়া থোন্দুনা চৈ। মখোয়না অথন্নবা কাঙবু "ইলাইট" (elite) হায়না খংনবা কাঙবু অমা সমাজ অসিদা পুখৎ-লক্লি অমসুং থাইনগী রিএক্সনরী ওইবা থিওরি "ইতিহাস অসি সুপরমেন্না শেম্বনি" হায়বা থিওরী অসি অনৌবা ফীজোলদা উহন্নবা হোৎনৈ। হৌজিক্তি তশেং তশেংনা খংলে— হৌজিক্কী মতমগী রিভলুসনগী থৌওংশিং অসি ইলাইট (elite) নত্রগা সুপর-মেন্না থোকহনবা নত্তে; পোপুলার ওইবা মীয়াম্না থোকহনবনি।

মীয়ামগী কাঙলুপকী শক্তম নৈন্নবদা লেনিন-না বাহৈ খরা নৈ-নবা তাই— "মীয়াম হায়বসি কাঙলুপ কয়াম্নক্রম য়োক্না থুগাই হায়বসি ময়াম্না খংনরবনি। মীয়াম হায়রগা খংনরিবদি শু-নোম্নি-বা ময়াম অসিগা সমাজগী প্রোথোক পুথোকপগী সিস্তেম অসিদা অকক্নবা মফম ফংলিবা কাংবুগা চাং ভমরগা থোক্লকপা শু-নোম্নিবা অচৌবা কাংবু অদুবুনি"।

মীয়াম হায়বসি ইহান হানবদা শিন্মীশিং অদুবুনি। মীওইবগী পুন্সিদা চংত্রবা য়াম্রবা পোৎচৈ শাবগী থবক অসি শিন্মীশিংনা তৌই। ইতিহাসনা চাউখৎলকপগী থাক খরদা শিন্মীশিংনা শিন্মী নত্তবা কাংবুগা থুং শন্নতুনা চৎমিন্নরকই। খুদম ওইনা নেশনেল

লিবরেশন মুভমেন্ত-দা ইন্তেলেকচুয়েলশিং অমসুং জাতিগী বুর্জ্জুবা-শিংনা শিন্মীশিংগা পুন্না স্ত্রগল তৌমিন্নরকই। মখোয় অহুম্না ফ্রন্ট অমা শেমলকই।

ইতিহাসগী চাওখৎ-খোংথাংদা মীয়াম্না অচৌবা দায়িত্ত লৌই। পোত্থোক পুথোকপগী মরু ওইবা শক্তি অমা ওইরুবনা, মীয়াম্না পোৎ-চৈ শাবগী থবক তৌবতা নত্তুনা, টেক্নোলোজী চাউখৎহনবদা য়াম্না চাওনা মতেং পাংলকই। মুমীৎ খুদিংগী পুংজা খুদিংগী শিন্মী লাক্ষ লাক্ষ কয়ানা থবক শুবগী মওং ফগৎহনবতা নত্তুনা অরিবা খুৎসু-খুৎলাইবু অনৌবা খুৎসু-খুৎলাইনা মহুৎ শিন্দোক্নবা হোৎনৈ। রাখল নৈরবা সাইন্তিস্ত-শিংনা অনৌ-অনৌবা খুৎসু-খুৎলাই পুথোরক্লিবা অসিগী হৌরকফমদি শিন্মীশিংনা মুংতিগী তৌরিবা থবক অতুদগীনি। শিন্মীসিংনা থবক শুত্নুনা ইনতেলেকচুয়েল কলচর চাউখৎহনবগী মচাক হুল্লি মরমদি হিংননবগী উপায় য়াউদ্রবদা সমাজ অমগী বিজ্ঞান, আর্টস অমসুং ফিলোসোফি চাউখৎপা ঙমদে। ওৎ-নৈবিরবা কাঙবুগী অতৎ অথম লৈত্রবা স্ত্রগলগী মপান্না মীনাইগী সিস্তেম মুথৎখি। নেশনেল লিবরেশন স্ত্রগলগী মতেংনা কোলোনিয়েল সিস্তেম মুথৎখি।

কম্ম্যুনিস্ত মুভমেন্ট না কেপিতেলিজম মুথৎনবা হোৎনরকই। অরোইবদা মীয়াম্না নোংম নোংমগী জ্ঞান তাবা অমসুং চাউখৎ খোংথাংদা পুক্লিং লুপশিনবা হেঙ্গৎলকলিবা মথৈ রিভলুসনগী খোংথাংদা থুজিনবা হেল্লি।

## মীথোই মীহেনবা মীগী দায়িত্ত:

সমাজ অমা চাউখৎহনবদা মীয়াম্না মরু ওইবা শক্তি অমনি হায়না লৌরবসু হিস্তোরিকেল মেতিব্রিএলিজমনা মীথোই মীহেনবা মীপা অমগী দায়িত্ত অছুবুসু য়াম্না থগুইদবদি নত্তে। মীথোই মীহেনবা মীগী থবক অছুগা সমাজ অমা চাউখৎহন্নবগীদমক্তা মীয়াম্না স্রগল তৌরিবা থবক অছুগা মরী লৈনৈ।

মীথোই মীহেনবা হায়রগা থংনরিবদি মীশিংবু নত্রগা জাতীবু নত্রগা লৈবাক অমবু চাউখৎহনবদা য়াম্না চাউনা শরুক য়ারিবা অদুবু থংনৈ। ইতিহাসনা উৎলি মতুদি সমাজগী মুভমেন্ত অমবু ওরগেনাইজ তৌবা ঙম্বা অমসুং লুচিংবা ঙম্বা লিদর য়াউদনা কাঙলুপ অমতনা রাজনীতিগী মকোক থংবা ঙমদে। ক্লাসগী লুচিংবনা সমাজগী মুভমেন্ত অদুগী মকোক ওই। মুভমেন্ত অদুগী প্রোগ্রাম কয়ামরুম য়াংথোকই। অমসুং পান্দমশিং অদু ফংননবা মীয়ামবু ওরগেনাইজ তৌই। অদুবা ক্লাস অমগী খ্বাইদগী ইক্সপীরিয়েন্স লৈরবা অমসুং তৌবা ঙম্বা মীওইনা লুচিংবা পোলিটিকেল পার্টিনা মীয়ামগী মুভমেন্ত অসি পাংথোকই। "অথোরিতি লৈরোইদবনি" হায়বা তৌশিন্নবা রিভলুসনরীগী রাথল অদু লেনিন-না ইতৎ তক্তনা ক্রিতিসাইজ তৌই। শিন্নীশিংগীদমক্তা, য়াম্না রাথল থনবা, জ্ঞান লৈবা, ইক্সপিরিয়েন্সনা থল্লবা রাজনীতিগী লিদরশিং দরকার লৈ।

লিদরশিংগীদমক্তা ওৎ-মৈবা অমসুং তুহৎ-নৈহৎপগী মাইয়োক্তা মতম শাংনা লাল থেংনরক্লিবা মীওইশিংনা লমজিংবা চংঙি, রিভলুসনদা শরুক য়ারুবা মীশিংগী জ্ঞান দরকার লৈ। রাজনীতিগী

মীৎয়েংদা পুকচেল চাউরবা মীওইশিংগী লৌচিংগী দরকার ওই। লেনিন-মা মার্ক্সগী থিওরী অমস্তুং রিভলুসনগী ইক্সপীরিয়েন্স অতুবু অথোরিটি ওইনা লৌই। ২০ শুবা শতাব্দীগী পৃথিবীগী কম্যুনিস্ত মুভমেন্ত-না প্রোলেটরিয়ান ফাইটরশিংগী অথোরিটি অসি লেনিন-নি হায়॥

লৈবাক কয়ামুক্তা রিভলুসনরী মুভমেন্ত তৌরকপদগী মীয়ামগী লুচিংবা কয়া পুথোকখি। ক্যুবাদা যোষী মারটি (Jose Marti) অমস্তুং ফিদেল কেস্ত্রো, ভিয়েটনামদা হো চি মিনহ; এগোসটিনহো নেটো (Agostinho Neto) অংগোলাগী লুচিংবনি। জরমনিদা থেয়েলমেনন অমস্তুং ফ্রান্সগী মোরিছ থোরেজ অফাউবা লুচিংবা ওাক্কনি। ইতিহাসগী চাউখৎলকপগী থোংং থরনা তৌবা ঙম্বা মতিক মগুন চেনবা মীওই পোকহল্লকই। অরিবা সমাজগী সিস্তেমনা কায়থরকপা অতুগা অনৌবা সিস্তেম ফাউগৎলকপা তারবা অসিদা অফাউবা মীওইশিংগী শক্তম ফজনা উৎলকই। অরিবা সমাজগী পুন্নবা চল্লদ্রবা য়োলহীং কোৎহৌশিং অসি থদৎনবগীদমক্তা ইতিহাসগী থোদাং কয়া পাংথোকপা ঙমবা মগুন লৈরবা মীওইশিংগী দরকার ওই। হিস্তোরিকেল মেত্ত্যিরিএলিজমগী মীৎয়েংদা মগুন লৈরবা মীওইশিং অসি প্রোগ্রেসিভ ওইবা কাঙবুগী স্বার্থদা থবক তৌই।

মার্ক্সিজম-লেনিনিজমনা মগুন লৈরবা মীওইশিংনা লৌরিবা দায়িত্ত অতুবু ইকায় খুম্নে। অতুম্নদি ওইরগা হেরো বার্শীপ (hero worship) নত্রগা মী অমগী কল্ট (individual cult) অতুবুদি য়ানিংদে। পার্সোনেলিটি কল্ট (personality cult), হায়রিবা অসি রিভলুসনরী সাইন্সনা মীতোপ ওইনা লৌই॥ হায়রিবা কল্ট অসিনা রিভলুসনরী মুভমেন্ত-বু মাং তাকহল্লি।

### তরাশুবা শরুক

# সমাজগী রিভলুসন

সমাজগী রিভলুসনগী মতাংদা মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্তনা পীরিবা পাউতাক্তি অসিনি— "থোদোকশিংগী ওবজেক্তিভ ওইবা মওংশিংগা ইভলুসনগী ওবজেক্তিভ ওইবা লম্বীগা কুপ্না নৈনবগা লোয়ননা রিভ-লুসনরী এনর্জী (energy) গী' মীথোই মীহৈনবশিংগী রিভলুসনরী ওইবা থবকশিং অমসুং মীয়ামগী রিভলুসন তৌনিংবগী থোৎং অসি কুপ্না নিংথিনা খংগদবনি"। রিভলুসনগী থিওরী অসি কম্যুনিস্ত পার্টিগী থম্মোয়গী থম্মোই ওইবা থিওরীনি। চৌজিক্কী মতমদা শিন্মী-শিংগী মুভমেন্ত-গী থিওরীবু য়ারিবা কাংবুনা মার্ক্সিস্ত রিভলুসনরী পার্টি ওইগনি। য়াদবা কাংবুনা রিফোর্মীস্ত-গী ঈচেলদা চেন্থরিবনি হায়না লৌই।

### সোসিএলিস্ত-রিভলুসনগী তত্তায় ফদবা ঃ

সমাজগী রিভলুসন হায়বসি সমাজগী মরীদা পুমহোং হোংবা পুরকপা অদুবুনি। মদুগী ফলনা সোসিও-ইকোনোমিক ফোরমেশন অমদগী অতোপ্পা অমদা ওন্থোকখি। সমাজগী রিভলুসনগা ইন্দষ্ট্রী নত্রগা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজীগী রিভলুসনগা করি খেন্নবগে হায়বদু খংগদবনি। অদুগীসু মথক্তা সমাজগী রিভলুসনগা লালগা কন্নি খেন্নবগে হায়বদুসু খংগদবনি।

অপীবা সমাজ অমদা লৈরিবা সোসিও-পোলিটিকেল অমসুং সোসিও-ইকোনোমীক ক্লাসকী মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সনশিং কোকনবা হোৎনরিবা থৌওংসিং অদু সোসিএল রিভলুসনি। সোসিএল রিভলুসন তৌরকপগী মরু ওইবা মরমদি পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তিগা চম্নরক্তবা পোত্থোক মরীগা মুক্নরকপদগীনি। সোসিএল রিভলুসনগী মতেংনা অর্থনীতিগী মরীদা হায়বদি পোৎশিংগী মপু ওইবগী মরীদা অহোংবা পুরকই। কেপিতেলিস্ত সমাজগী মরু ওইবা কন্ত্রাদিক্সনদি রুলিং ক্লাসগী ষ্টেটগা তুহৎপীরবা কাংবুগগী মরক্তা লৈরিবা কন্ত্রাদিক্সন অদুনি। রাজনীতিগী থিওরী অমসুং প্রাকতিকেলগী মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি ষ্টেটগী শক্তি অসি কাওলুপ অমদগী কাওলুপ অমদা ওন্থোকখিবা অসি রিভলুসনগী অহানবা অমসুং মরু ওইবা রাকমনি। মরম অদুনা সোসিএল রিভলুসন খুদিংমক রাজনীতিগী রিভলুসননি। অদুমদি ওইরগা রাজনীতিগী-ক (political coup) খুদিংমক সমাজগী রিভলুসন নত্তে। চাউখৎলক্লিবা লৈবাকসিংদা ক-শিং য়াম্না তোইনা থেংনৈ। রাজনীতিগী ক-শিং অসিনা সোসিও-ইকোনোমিক্কী [illegible] পুম্নমক [illegible] অমত্তা পুরক্তে। লৈরিবা রেজীম (regime) অদুগী মী খরতমক হোংদোক হোংজিন তৌখি। মরম অদুনা মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্তা, রাজনীতিগী মীৎয়েংগী মতুংইন্না সোসিএল রিভলুসন অমা তঙাইফদনা চংঙি। রাজনীতিগী মথক্কী কায়াৎ অদু ওন্থোক্লবগীদমক্তা মতম শাংনা লৈগ্রবা বেশিস অদু ওন্থোকপা তায়। মরম অদুনা সোসিও-ইকোনোমীক অমসুং রাজনীতিগী য়াইকৈসা অওনবা পুথোক্লবগীদমক্তা অরিবা বাথলগী মাইয়োক্তা অনৌবা [illegible] [illegible] অমনা [illegible] [illegible]

তাই। রিভলুসনগী মৈরিনা চাক্লবা কাঙবশিংনা রিভলুসন তৌবা হৌদ্রিবৈদা রিভলুসন অমা তঙাই ফদনা চঙই হায়বসি থংবা তাই অমসুং মতৌ করম্না করম্বা উপায় শিজিন্নদুনা রিভলুসন তৌগদগে হায়বগী মতাংদা অনৌবা ব্রাথল্লোন অদু কুপ্পা নৈনগদবনি। ঙসিগী সংসার অসি কন্ত্রাদিক্সন্না পীক থল্লবনি। পোত্থোক্না মীয়ামগী ওইনা পুথোকপা অদুগা পোত্থোকশিং অদু লম্নাই মীওই খরনা মপু ওইথিবা কন্ত্রাদিক্সন; মোনোপোলিশিং অমসুং মীয়ামগী মরক্তা লৈরিবা কন্ত্রা-দিক্সনশিং; তুহংলিবা কাঙলুপ অমসুং শিন্মীশিংগী মরক্তা লৈরিবা কন্ত্রাদিক্সন্নচিংবা অসি পনবা য়াই। ঙসিগী চাউখৎলবা কেপিতেলিস্ত লৈবাকসিংনা শেল-থুন কয়া য়াম্না পাইরিবা! নাকল অমরোমদা কোলেনিয়েল লোইলম শাসন্দগী নৌনা নীংতম্বা ফংজরক্লবা স্টেটশিং-না কয়াদা ব্রানা লায়রনা খাংলিবা! অদুগীসু মথক্তা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজীনা কয়াদা চাউখৎলক্লিবা! অদুগা নাকল অমরোমদনা, মেন পব্রার অমসুং প্রকৃতিগী রিসোর্ছশিং অসি য়াম্না লানবা মওংদা শিজিন্নৈ। অদুগীসু মথক্তা ইম্পেরিএলিস্ত-শিংনা থরমো-নিউক্লীয়ারগী লালগীদমক্তা শেম শাদুনা মীওইবগী সভ্যাতাবু থুগাইনবা হোৎনর-ক্লিবা অসিবু ঐখোয়না থিংনবা হোৎনগদবনি।

শম্না হায়রবদা, কাঙলুপ নাইবা সমাজদা সমাজগী রিভলুসন তৌরকপা হায়বসি ইতিহাসগী চাউখৎ-খোংথাংগী নীয়ম অমনি। হাম্নগী অরিবা সিস্তেমনা চাউখৎ থৌরাংসিংদা থুমাং চাউশিনবা ঙম্লক্ত্রবদা অমসুং রুলিং ক্লাস কাংবুনা রিফোর্ম তৌবা ঙম্লক্ত্রবদা, লম্বী অতৈ চৎনিংঙাই লৈত্রবা মতমদা সমাজগী রিভলুসন তৌরকই।

## রিভলুসনগী মখল খরা ঃ

পাংথোকদোরিবা হিস্তোরিকেল টাস্ক (historical task) অমসুং করম্বা সমাজগী শক্তিনা রিভলুসন তৌবগে হায়বসিনা রিভলুসনগী মখল লেপ্পী। ইতিহাসতগী ঐথোয়না থংভি মতুদি এন্টি-ফিউদেল রিভলুসন অসি সহরগী বুর্জুবাশিংনা লুচিংবা রিভলুসন্নি। এন্টি-ইম্পেরিএলিস্ত, নেশনেল লিবরেশন অমসুং সোসএলিস্ত অসিনচিংবা অসি রিভলুসনগী মখলশিংনি। খুদম ওইনা, ক্যুবাগী রিভলুসন অসি মীয়ামগী দেমোক্রেতিক রিভলুসননি। শিন্মী অমসুং লৌমীশিংনা পুল্লগা দেমোক্রেতিক দিক্টেটরশীপ চলাই। ইম্পেরিএলিস্তগী যুক্ষম অতু লৌথোক্লবা গোৎনবতা নত্তনা য়াম্না রেদিকেল ওইবা অগ্রারিয়ান রিফোর্ম পাংথোকই। ক্যুবাগী রিভলুসনদা শরুক য়াখিবা শক্তিসিংদি— (১) শিন্মী (২) থবক শুরগা হিংবা লৌমী অমসুং (৩) সহরগী পেত্তি বুর্জুবাজী— কাংবু অসিগী মনুংদা ছাত্র অমসুং ওফিসকী থবক শুবা মীওইশিং য়াউরি। শক্তি অহুম অসিনা লাল্লোং অহুম থোক্না শোক্লে— (১) নেশনেল লিবরেশন (২) প্রী-কেপিতেলিস্তগী (হায়বদি ফিউদেলগী লেমহৌবা মচাকশিংগী মাইয়োক্তা) (৩) কেপিতেলিজমগী মাইয়োক্তা শোক্লে। রেদিকেল ওইবা পেত্তি বুর্জুবানা লিদরশীপ লৌনবা হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং রিভলুসন অতুগী অশেংবা লুচিংবদি শিন্মী কাংবুনা ওইখি।

সোসিএলিস্ত রিভলুসন অসি খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কী রিভলু-সননি। সোসিএলিস্ত রিভলুসন-না সোসিএলিজম পুরক্কবা হোংনৈ। মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্তগী থিওরীনা সোসিএলিস্ত রিভলুসনগী শক্তম থরা উৎলি মতুদি—

(১) সোসিএলিস্ত রিভলুসন হায়বসি সমাজ অমবু সোসিএলিজমদা ওন্থোক্কপগী ওবজেক্তিব ওইবা নীয়মশিং অতুবুনি।

(২) সোসিএলিস্ত রিভলুসন হায়বসি শিন্মী অমসুং নক্কবা মরুপ-শিংনা তুহৎলিবা কাংবুগী মাইয়োক্তা চথরকপা ক্লাস স্ত্রগলগী খ্বাইদগী অৱাংবা মতোম্নি।

(৩) মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্ত পার্টিনা লুচিংবা বিজ্ঞানিক ওইবা ৱাখল্লোন অমগী মখাদা মীয়াম্না ভাব তানা চথরকপা ইতিহাসীক ওইবা থৌওং কয়ানা সোসিএলিস্ত রিভলুসন মাই-পাক্লকলিবনি।

(৪) সোসিএলিস্ত রিভলুসনগী মতেঙনা অরিবা বূর্জুৱাগী ষ্টেটগী মেছিনরী অসিবু থুগাইরগা অনৌবা শিন্মীশিংগী ষ্টেট অমা শেমগৎ শাগৎপনি।

মরম অতুনা লৈবাক অমগী মনুংদা লৈরিবা তুহৎলিবা কাংবুগী মাইয়োক্তা ক্লাস স্ত্রগল চংশিনবতা নত্তনা পৃথিবীগী ওইবা শেঙ্গাওগী মাইয়োক্তা পৃথিবী পুম্বগী শিন্মীশিংনা অকনবা স্ত্রগল চংশিনবা তাই।

## রিভলুসনগীদমক্তা ওবজেক্তিভ অমসুং সবজেক্তিভ ফেক্টরগগী মরক্তা লৈনবা মরী :

মথক্তস্থ পনখ্রে,— সোসিএল রিভলুসন হায়বসি নীয়ম কয়া-মরুম্না ঙাক-শেল্লবা ফেনোমেনাশিংনি। মরম অতুনা অকরুবা

ওবজেক্তিভ ওইবা ফিভম থরদা রিভলুসন মায় পাকই। খুদম ওইনা পোত্থোক পুথোক্লবা শক্তিগা পোত্থোক মরীগা মুক্লরকপদগী রুলিং কাণ্ডলুপগা রুলিং নত্তবা কাংবুগা য়েংথিনবা হেঙ্গৎলকপদগীনি। অতুম্নদি ওইরগা রিভলুসনরীগী ফিভম য়ৌদ্রবদি রিভলুসন থোক্তে। রিভলুসনরীগী ফিভম হায়বসি করিনো ?

(১) রুলীং ক্লাসগী রাজনীতিগী সিস্তেমদা ক্রাইশিসনা থল্লবা মতম অতুবুনি।

(২) ওৎ-নৈবিরবা কাংবুগী অরাৎপা অমসুং দরকারশিং শাথিনা হেক্তিল্লক্লবা মতম অতুবুনি ( increased privation and need of the oppressed classes )

(৩) মীয়ামগী থবক থৌওংসিং নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকপা মতম অতুবুনি (increased activity of the masses).

রিভলুসনগী ফিভম য়ৌরকপগী মরমদি অর্থনীতীগী ফিভমদা কাং খোং চাইরকপা, রুলীং ক্লাসগী পোলিসিশিং মাই থিরকপা; ইম্পেরিএলিজমগী মাইয়োক্তা স্ত্রগল তৌরকপা, জাতীগী নীংতম্বা মাংলকদ্রা হায়না কিরকপা অমসুং লালদা মাই থিরকদ্রা হায়না থল্লকপা মরম ময়াম অসিদগীনি।

রিভলুসন তৌরকপা য়াবগী ফিভম অসি লাক্তবা রিএকসন্নরী ওইবা শক্তিসিংনসু হোৎনৈ। খুদম ওইনা লেটিন আমিরিকাদা ১৯৫০গী অথেংবা চহিশিংদা ইউ, এস, ইম্পেরিএলিজমগী মতেংনা লম অতুগী

থবক্তা থুং-থিংজিন্দুনা আর্মিবু কাউন্তর-রিভলুসনরী ওইনা শিজিন্ন-তুনা রিভলুসনরী ওইবা ফিভম অদু নমথখি।

রিভলুসনরী ওইবা ফিভমশিং অসি রিভলুসন অমা পুরক্নবগী মরু ওইবা মচাক ওইজরবস্থু, মথোয় মথন্তনদি রিভলুসন অমা মাই পাকহনবা ঙমদে। রিভলুসন মাই পাক্নবগীদমক্তা ওবজেক্তিভ ফেক্টর-গা সবজেক্তিভ ফেক্টরগা চানগদবনি। সবজেক্তিভ ফেক্টর খরা মথাদা পীরি—

(১) রিভলুসনগীদমক্তা মীয়াম্না আইদিওলোজী থংগদবনি।

(২) রিভলুসনরী ওইবা শক্তিসিং অসি নীংথিনা ওরগেনাইজ তৌগদবনি।

(৩) মীয়ামবু লুচিংবা ঙম্বা নিংথিনা ওরগেনাইজ তৌরিবা রিভ-লুসনরী ভেনর্গাদ (revolutionary vanguard) অমা লৈগদ-বনি।

রিভলুসনগীদমক্তা সবজেক্তিভ ফেক্টর অমস্থুং ওবজেক্তিভ ফেক্টরশিং মওং তাহন্নবা হোৎনরকপা থবক অসি ৎয়াম্না চয়েৎনবা থবক্নি। মরমদি রিএকসন্নরী ওইবা শক্তিশিংনা মতম চুপ্পদা অরৈবা উপায় শিজিন্নতুনা য়ৈথৎনবা হোৎনৈ। অদুগা রিভলুসন তৌবগী মওংদা লম লমগী খেন্নবা য়াম্না লৈ। খুদম ওইনা ক্যুবাদা গোয়ে-রিল্লা বার ফেয়র (guerilla warfare) চথখি।

সবজেক্তিভ ফেক্টর চাউথৎহনবা অমস্থুং মপুং ফাহনবগী থবক অসি শিম্মীশিংবু ত্রেনীং পীববুনি। চিলীদা করম্না রিভলুসন মাই-থিথিবগে হায়বদু পৃথিবীনা থংঙি। মতম অদুগী ইউনিটি গভর্ন-মেন্ত না শক্তি পাইবা চহি অহুমগী মঙুংদা ইম্পেরিএলিজম অমস্থুং

ওলিগার্কিগী মাইয়োক্তা অহোংবা য়াম্না থুনা পুরকখি। মচু শাম্নি ওইনা পুরকখিবনি। তোইগুম্বস্তুং ফেসিষ্ট ওইবা মিলিটরীগী কু-অমনা থুগাইখি। চিলিগী কম্যুনিস্ত পার্টিনা রিভলুসন মাইথিবগী মরম অসি—রাজনীতিগী অরানবা থোংথাং থরনা শিন্মীশিংগী হেজিমোনী অসি শাংথনা চখবা ঙমখিদে। মতম অদুগী শিন্মীশিংগী রাজনীতিগী জ্ঞানস্তু মপুং মরৈ ফাখিদে।

মার্ক্সিজম-লেনিনিজমনা রিফেৰ্মীজম (reformism) গী রাখল অসি অনৌবা সমাজ অমা পুরক্কবগী স্ত্রগল অমনি হায়না লৌদে। অদুম্নদি ওইরগা রিফের্মগী থবক থুদিংমক পুন্না লংথোকখিবদি নস্তে। রিফের্ম য়াউদনা রিভলুসন শাংথনা চখবস্তু রাই। অগ্রারিয়ান রিফের্ম (agrarian reform) অমস্তুং দেমোক্রেতিক ওইবা থবক কয়ানা রিভলুসনগী থবক্তা কান্নহল্লি। রিভলুসনরী ওইবা শক্তিসিংনা রিফের্মগী মতেংনা রিভলুসন তৌবদা মতেং পাংই। অদুগী ওন্না তৈনবদা রিএকসন্নরী ওইবা মীওইশিংনা রিফের্মগী মতেংনা মখোয় মশাগী ফিভম ফগৎনবা নত্রগা রিভলুসনরী ক্রাইশিস তেথহন্নবা মওংদা শিজিন্নৈ।

রিভলুসন হায়বসি ক্লাস স্ত্রগলগী অরাংবা মতোম্নি। রিভলুসনরী আইদিওলোজীবু মীয়াম্না ভাব তাত্রবদি রিভলুসন তৌবা ওইথোক্তে।

**"There can be no revolution without a revolutionary ideology assimilated by the masses".**

## সোসিএল রিভলুসনগী মচাকশিং ঃ

রিভলুসন অমা মাই পাকহন্নবগীদমক্তা সোসিএল রিভলুসনগী ইচন চন্নবা অমস্তুং অকক্নবা মচাকশিং অত্তু কুপ্পা নৈনবা তাই ।

জেনেরেল ওইবা নীয়মশিংদি— শিন্মীশিংনা লুচিংবগী থবক তৌগদবনি। মার্ক্সিস্ত-লেনিনিস্ত পার্টিনা শিন্মীশিংগী থম্মোই ওই-গদবনি । শিন্মীশিংনা মওং অমা নত্রগা মওং অমদা রায়েল চুপ্নী পাইগদবনি । শিন্মীশিংগা অতৈ অতোপ্পা থবক শুবা কাংবুশিংগা পুন্না চৎমিন্নগদবনি । কেপিতেলিস্তশিংনা মপু ওইবগী থবক অসি মুথৎনবা হোৎনরগা সোসিএলিস্ত ওনরশীপনা মহুৎ শিল্লকদবনি। লৌউ-শিংউবগী থবক অসি সোসিএলিস্ত-গী মওংদা হোংদোক্কদবনি । কলচরেল রিভলুসন পাংথোক্কদবনি । জাতীগী সম্যসা কোক্নবা হোৎনগদবনি । মীশিংগী মরক্তা মান্নবা মৈৎয়েং থমগদবনি অমস্তুং শিন্মী-লৌমী মুংশিননা তিন্নবা হোৎনগদবনি । সোসিএলিস্ত লৈবাক্কী মন্নুং অমস্তুং মপানগী য়েক্নবশিংদগী কন্নবা হোৎনগদবনি । প্রোলেটরিয়ান ইন্তরনেশনেলিজমগী মপাঙ্গল হায়বদি লৈবাক পুম্নমক্কী শিণ্মীশিংগী মপাঙ্গল কনথৎনবা হোৎনগদনি। পল্লিবা রাকমশিং অসি সোসিএল রিভলুসনগী জেনেরেল ওইবা নীয়মশিংনি।

সোসিএল রিভলুসনগী অকক্নবা ফিভমশিংগী মন্নুংদা মথাগীশিং অসি পনবা য়াই। অকক্নবা ইতিহাসগী অকক্নবা ফিভম অহুবুনি। অকক্নবা ফিভমশিং অহু অহুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই—

(১) সমাজবু ইল্লিবা শক্তিশিংগী স্ত্রকচর (২) শিন্মীশিংনা লিংখৎ-

লিবা সোভেরেন্টি ( sovereignty ) অদুগী অকক্লবা থৌওংসিং (৩) অর্থনিতী অমস্থং কলচরদা অহোংবা পুরক্লবা উপায়শিং অসিন-চিংবা অসিনি। জেনেরেল ওইবা নীয়মশিংনা নীংথিনা চথরক্লবদি সোসিএলিস্ত রিভলুসন মাই পাকপগী থাজবা লৈ। অদুবু লৈবাক খুদিংমক্তা রিভলুসন তৌনবা অকক্লবা ফোরমুলা লৈবা নত্তে। জেনেরেল ওইবা থৌওংশিং অমস্থং অকক্লবা ফিভমশিং অদু হেন্না ইস্তিমেত তৌরবদি রাজনীতিগী থিওরী অমস্থং প্রেক্তিকেলদা য়াম্না খুদোংথিবা থোকল্লি। শোক ১৯১৭ দা রুশিয়াদা তৌখিবা ওক্টোবর সোসিএলিস্ত রিভলুসন অসি কেপিতেলিস্ত সিস্তেম চাউ-খৎলবা লৈবাক অমদা তৌখিবা রিভলুসন্নি। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা ক্যবাদা পাংথোকখিবা রিভলুসন অসি চাউখৎত্রিবা কেপিতেলিজমগী লৈবাক্তা পাংথোকখিবা রিভলুসননি। সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংনস্থ মতেং পাংথিবা রিভলুসন মখল অমনি।

মরম অদুনা সোসিএল রিভলুসনগী অকক্লবা ফিভম অমস্থং জেনেরেল ওইবা থৌওংশিং অসি খংবতা নত্তনা কেপিতেলিস্ত-সিস্তেমগী মন্থংদা ওমদুনা লৈরিবা কন্ত্রাদিকসনশিংনা চথরকপা লৈ-বাক অমগী রিভলুসন অসি পৃথিবী পুম্বগী ওইনা চথরকপা রিভলু-সনগী শরুক অমনি। লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা চাউখৎপগী থাক্তা থেন্নবা লৈবা মরম্না কন্ত্রাদিকশন অমস্থং রিভলুসনগী মগুনদস্থ থেন্নবা য়াম্না লৈ। পৃথিবী পুম্বগী রিভলুসন অসি কেপিতেলিস্ত-সিস্তেম অসিনা থোকহল্লকপা মখল কয়াগী রিভলুসনশিংগী অপুনবা শক্তমনি। হৌজিকী মতম অসি সোসিএলিস্ত রিভলুসনগী মপোক

লাংওননি হায়বা য়াই। কেপিতেলিস্ত লৈবাকশিংদা চশ্নরিবা কম্মু্য-নিস্ত মুভমেন্ত অসি পৃথিবীগী রিভলুসনগী মরু ওইবা শরুক অমনি। শিম্মশিং অমসুং থুঙ্গং অমসুং সহরদা থবক শুবা মীওইশিংগা ইন্তে-লেকচুয়েলশিংগা পুন্না কম্মু্যনিস্ত-মুভমেন্ত তা শরুক য়ারকপদগী মুভ-মেন্ত অসি নোংম-নোংমগী পাঙ্গল কনখৎলক্লি। হৌজিক লৈরিবা সোসিএলিস্ত-গী লৈবাকশিং অসি পৃথিবীগী রিভলুসনগী মরু ওইবা শক্তিনি।

## সমাজগী রিভলুসনগী মতাংদা বুজ্জু'বাগী ক্রিতিসিজম অমসুং রিভিজনস্তি-শিংগী মীৎয়েং ঃ

হৌখিবা চহি থরা অসিদা বুজ্জু'বা সোসিওলোজিস্ত-শিংনা সমাজগী রিভলুসনগী মরমদা থরাই য়াউবা হেক্সিল্লরী। সোসীএল রীভলুসনগী থীওরী অমসুং রাজনীতীগী মরমদ। নৈনবা রীভলুসনো-লোজী ( revolutionology ) হায়না খংনবা বুজ্জু'বা সোসিও-লোজীগী মশা অমা লৈ। বুজ্জু'বা রিভলুসনোলোজীগী মত-তা সোসিএল রীভলুসন অসি ওবজেক্তীভ ফেক্টর য়াউদনা সবজেক্তীভ ফেক্টর ভাক্তনা থোকহনবনী হায়। মখোয়গী মত মতুংইন্না রীভলুসন অসি নেগেটিভ ওইবা ফেনোমেননি। সমাজগী চাউখৎ-খোঙথাংদা অপনবা পীবতা নত্তনা সভ্যতাবু থুগাই-বনী হায়না মত পী। মখোয়গী মমুংদা মী থরনা সোসিএল রিভলুসন অসি লালগা পাওখক্লি হায়রম্নু য়াউরি। ইকুই কুইদনা মখোয়না

বিজ্ঞান অমস্থং টেক্নোলোজীগী রীভলুসন অসি সোসিএল রীভলুসন-গা চপ মান্নে হায়না মত পীরক্লি। অনৌবা সমাজ অমা শেমগৎ-লকপা ভখা অমস্থং কেপিতেলিজমগী মোংফম তৌবা ভখা মীওইশিং অসি প্রোলেটরিএতনি হায়বসি মখোয়না য়ানিংদে। মখোয়গী মত-তা থিওরী ওফ রিভলুসন হায়বসি লৈতে। স্থপ্নগী মার্ক্স, এঙ্গেলস অমস্থং লেনিন-না অমগা অমগা মুক্কবা বাখল খরা মীয়ামগী মাংদা থম্বতনী হায়।

মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট-থিওরী অসি রাইট বীং ( right wing ) সোসিএলিস্ত-শীংনা য়েৎলি। ক্লাস স্ত্রগল য়াউদনা অমস্থং ...সন তৌদনা সোসিএলিজম পুরকপা য়াই হায়বসি মখোয়গী মতনি। রিফে'াম তৌদুনা মশা মতোমতনা কেপিতেলিজমদগী সোসিএললিজমদা ওস্লোকলকনি হায়বা থিওরী অসিদা মখোয়না চেৎনা থাজৈ। রাইট-বীং সোসিএলিস্ত-শিংনা শিম্মীশিংনা লুচিং-গদবনী হায়বসি য়ানিংদে। ইন্তেলেকচুয়েলশিংনা লুচিংগদবনি হায়।

অমরোমদা রিভীজনীস্ত শিংনা থল্লীবা বাখল্লোন অসি রিফে'ামীজমগা রীভলুসনগা চপ মান্নে হায়বসিনি। মখোয় মশামক মার্ক্সিষ্টনি হায়জিল্লি অদুগা থিওরী ওফ রীভলুসনগী চংত্রবা য়াত্রবা মচাকশিং অদু মখোয়না লংথোক্কুনা থম্মী।

তরামথোইশুবা শরুক

# সমাজ-চাউখৎলকপা হায়বসি করিনো ?

মীওইবগী ইতিহাসগী খোংচৎ অসি মাংলোমদা হায়বদি অফবা মাইকৈরোমদা চৎলিব্রা ? নত্রগা মনিংলোমদা হায়বদি নোংম-নোংমগী মরায় চায়থরক্লীবরা ? বাহংশীং অসীগী অশেংবা পাউখুমদি ইতীহাসবু মেত্যিরীএলিস্ত-গী মীৎয়েংনা য়েংলবা মতমদা থংবা ঙমই ।

ফ্রেঞ্চগী বাখল লৈরবা জীন জেক্বীস রুসো (Jean Jacques Rousseau) গী মত মতুং ইন্না মীওইবগী মন্নুংদা য়াউজবা তৌবা ঙম্বা শক্তী অদু ফগৎলকপদগী চাউখৎলকপা হায়বসি লাক্লিবনি । মীওইবগী বাখল জ্ঞান চাউখৎলকপদগী মীওইবা জাতীনা চাউখৎলকপনি হায়বসি মহাক্কী মত-নি ।

জর্মনীগী ফীলোসোফর হেগেলনা হায়— "সমাজ অমা চাউখৎলকপা হায়বসি চয়েৎনবনা থল্লি, কন্ত্রাদিকসন্না পীক থল্লি । পৃথিবীগী ইতিহাস অসি মুংঙাইবগী লম্বী নত্তে। পৃথিবীগী ইতিহাসদা হাংতুনা লৈরবা লামায়শিং অসি মুংঙাইবা মতমনি । মত মান্নদবা কাংবুশিংগী মরক্তা স্ত্রগল য়াউদ্রবা মতম অদু মুংঙাইবা মতমনি । আইদিএলিস্ত ফীলোসোফর অমা ওইনা হেগেলনা হায়— "মত

মায়দবা কাঙবুশিংগী রাথল কয়াগী স্ত্রগল তৌনরকপাদগী সমাজগী প্রোগ্রেস পুরকপনি। অদুগা অরোইবদা লাইগী স্পীরিত অমনা চাউখৎহল্লকপনি হায়না মত ফোংদোকই। মহাক্কী মত-দা ইতিহাসগী খ্বাইদগী চাউখৎপগী মতোন্দি জর্মনীগী খ্রীস্তেন্দোম-প্রুসিয়ান মোনারকী (German christendom—prussian monarchy) অদুবুনি।

লেনীন-না হায়খী— মার্ক্সীজমগী মমাংদা লৈরম্বা সমাজ অমা চাউখৎলকপগী খ্বাওরীশিং অসী ভাবনা শাবা য়ায়া য়াউই, আইদীএলীস্তিক ওই। অসীগুম্বা খ্বাওরীশিং অসিনা সমাজ অমা চাউখ্রৎলকপগী অশেংবা থোওংশিং অদু তাকপা ঙমদে। লেনীন-না ইরম্মী— "হীরম অসিদা মার্ক্স'না অচৌবা খোংথাং অমা লৌখী। খোংথাং অদুদি সমাজ অমা চাউখৎলকপগী মতাংদা চাউয়েং য়েংবা, মরৈনা প্লব্বা মওংশীং অদু য়ানিংখিদে। কেপীতেলিস্ত-গী সমাজগী মওংবু য়ায়া কুপ্পা বিজ্ঞানীক ওইবা মওংদা নৈনখি"। সমাজ অমা চাউখৎলকপগী মতাংদা মার্ক্সীস্ত লেনিনিস্ত-শিংনা ডাঅলেক্তীকেল মেত্যিরীএলীস্ত-শিংগী কনশেপসন্দা খাজবা থম্মী। চাং অমা ওইনা অনেম্বা থাক্তগী অরাংবা থাক্তা মাংলোমদা চৎলীবা মীওইবগী সমাজ অদুবু চাউখৎপা হায়না খংনৈ। হিস্তোরীকেল মেত্যিরীএ-লীজমনা উৎলী মহুদী মীওইবা সমাজগী অৱাংবা থাক্তা চাউখৎলক-পগী মরমদ্রি রিজন (reason) ঙাক্তা নত্তে। মীয়ামা শেমগৎ শাগৎলকপদগী ওইরকপনি। ইহান হানবদা, মীয়ামা পোৎ-চৈ শাবদা ফগৎলকপা অমসুং ইন্তেলেকচুয়েল কলচরদা য়ায়া

চাউথংলকপদগীনি। সমাজ অমা চাউথংলকপগী ১রু ওইবা মচাক্তি পোথোক পুথোকপগী মওং অমদগী অতোপ্পা মওং অমদা, সমাজগী সিস্তেম অমদগী অতোপ্পা সিস্তেম অমদা হোংদোকখিবা অসিবুনি। মীশিংনা পোথোক পুথোক্লবা হোংনরকপদা এনভাইরোনমেন্ত অসিবু অতৎ অথম লৈতনা হোংদোক্লবা হোংলৈ অমসুং মীওইবগী দরকারগী মতুংইন্না চুশিন্ননবা হোংলৈ। মীশিংনা প্রকৃতিবু মশাগী স্বার্থদা শিজিন্নৈ। পোথোক পুথোক্লবা উপায়শিং ফগৎহন্দুনা প্রকৃতিবু মমুৎ-তানা শিজিন্নদুনা মেত্যিরিএল কলচরগী থাক বাংখৎহল্লি। মতৌ অসুম্না, প্রকৃতিগা মীগা ইন্টরেক্ট তৌদুনা, পোথোক পুথোক্লবা উপায়শিং ফগৎহনবদগী মীয়াম মশামক্সু হোংঙকই অমসুং মখোয়গী তৌবা ঙম্বা শক্তিসু হেন্গৎহল্লকই। কলচর ফগৎহন্দুনা, মশা মশাগী দরকারশিং অহু থরমথৈ ফংলবা তুংদা দরকার অতৈশিং অমুক ফংননবা অমসুং অনৌ অনৌবা কলচরগী ভেল্যুশিং ফংননবা মেত্যিরিএল অমসুং ইন্তেলেকচুয়েলগী ফিভমশিং শেম শাই। মসুংনা শাবা খুৎসু খুৎলাইদগী হৌরদুনা কমপুতরগী থাক্তা য়োরকপা, পৃথিবীগী ভুট প্রেতগী ৱারী মরক্তা বিজ্ঞানগী অৱাংবা থাক্তা লাকপা, মীওইবগী ঈ-মরীদগী হৌরদুনা মীশিংনা অনগা অমগা মরী লৈনরকপা, কাংবু অমগা কাংবু অমগা জাতী অমগা জাতী অমগা মরী লৈনরকপা অমসুং থাইনগী খুন্নুংগী মী অমদগী হৌজিক্কী মতমগী শিংলবা মীওই-শিং পুন্নমক অসি মীওইবা জাতীগী চাউথৎপগী খোঙথাং ঙাক্তনি। হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমনা সমাজ অমা চাউথংলকপগী খোং-থাংশিং অসি সোসিও ইকোনোমিক ফোরমেশনশিং অদুবুনি হায়।

ইতিহাসতগী ঐখোয়না থেংনৈ মদুদি করিগুম্বা মতম্দা সমাজ অসি য়াম্না তপ্না তপ্না চাউখৎলি নত্রগা ইচাউ চাউখৎতে। চাউখৎ খোঙথাংদা য়াম্না তপ্না প্রীমিতিভ-কম্মুনেল, মীনাই লোইবগী সমাজ অমসুং ফিউদেলগী সমাজদা থেংনৈ। কেপিতেলিজম লাকপদগীদি চাউখৎপগী খোংথাং অসি থবা থুজিল্লে। সোসিএলিজমগী সমাজ উবা ফংলে অমসুং কোলোনিয়ালিজম (colonialism) মথং মথং নীংথাইরক্লি।

## চাউখৎপগী ওবজেক্তিভ ওইবা ক্রাইতেরিয়া ঃ

সমাজ অমা চাউখৎলক্লি হায়বসি তোঙান তোঙানবা মাইকৈদগী লেপ্লা ভম্মী— "মোরেল ফগৎলকপা, খুৎসু খুৎলাই ফগৎলকপা, আর্টস অমসুং কলচর মপুং ফাগৎলকপা, ইন্তেলেকচুয়েলগী থবক চাউখৎলকপা, ফেক্টর ময়াম অসিনা চাউখৎলক্লি তাকই। ফেক্টর ময়াম অসিগী মরক্তা ওবজেক্তিভ ওইবা ফেক্টর অদু করিনো? পোৎ চৈ থুখোকপনা সমাজগী পুন্সিগী চংবা য়াম্রবা মরু ওইবা মচাক ওইবগুম সমাজ অমা চাউখৎলক্লি হায়বসি অর্থনিতীগী ফিভমনা তাকই। মার্ক্সনা হায়খি—ইতিহাসগী মপোক লাংওন অমগা লাংওন অমগা থেন্নরিবা অসি শারিবা পোৎ-চৈশিং অদুনা নল্লে। করম্বা মওংদা পোৎ-চৈশিং অদু শারিবগে হায়রা ফেক্টর অদুনি। মতাং অসিদা লেনিন-না হায়খি— পোখোক পুথোকপা শক্তিশিং চাউখৎলকপা অসি সমাজ অমা চাউখৎহনবগী মরু ওইবা মচাক্লি।

**Lenin defined development of the productive forces as the touch stones of social development**

অতুগা অনিশুবদা, পোথোক মরীনা পোথোক পুথোক্লবা শক্তিসিং অতু মতৌ করম্না শিজিন্নরিবগে হায়বতু উৎলি। হায়বদি লেবর পী শিল্লিবা অসি করম্বা মীওইদা কান্নবগে অমসুং মীয়ামগা করি মরী লৈনবগে হায়বা অতু তাকই। মরম অতুনা পোথোক মরীগী লমচৎ অমসুং শক্তম অসি ইতিহাসগী চাউথৎ থোংথাংদা মরু ওইবা মচাক অমনি।

এস্কাগোনিস্তিক ওইবা সমাজদা—তুহৎপীরবা কাংবুনা হেন্না হেন্না য়াগা, তুহৎলৌবা কাংবুনা চাউখৎখি। এস্কাগোনিস্তিক ওইবা সমাজ অসি অবাং অনেম্না পীক থল্লি, লৈবাক থরবু তুহৎলগা লৈবাক থরনা চাউথৎখি। লৈবাক থরদনা কলচর য়াম্না চাউথৎখি অতুগা লৈবাক থরদনা কলচর শিথখি। শহরগা থুঙ্গংগা শাথিনা থেন্নরি। ঙসি ফাউবদা পৃথিবীগী মীওইশিংনা ৭০% দি শা ঙা তানতুনা, উহৈ বাহৈ চাতুনা পুন্সি হিংনবা হোৎনরি। অতুগা শরুক মরি থোকপগী অমদি ইন্দস্ত্রিনা থল্লবা কেপিতেলিজম অমসুং সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংদা লৈরি।

কেপিতেলিস্ত সমাজদা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজী অওকপা কংনা চাউথৎলকপদুগী সমাজগী চাউথৎপগী থাক অসি অফিবা ফংনা অবাং অনেম্না নাইরে, ন্যাকম নাম্বতুবা হয়রে অমসুং কম্প্রাডিক্সনা পীক থরে। পৃথিবীগী সমস্যা হেন্নংলরে, টেকনোলোজীগী ক্রাইসিস উরক্লে।

ইম্পেরিএলিজমগী লালগী মৈরিনা তুমইহল্লুকদ্রা হায়না মীপাইনরে। অদুনা মীওইবা জাতী অসি নিউক্লীয়ার বারগী মৈরিনা তুমইহনখিগদ্রা নত্রগা অনৌবা অমাংবা মখলগী কলচরদা চংশিনবা মতম ওইরব্রা হায়না কুপ্না খন্নবা মতম ওইরে। তুহৎ-নৈহৎপগী সিস্তেমদা য়ুম্ফম ওইরিবা ইম্পেরিএলিজমগী শক্তিসিং অসি মীওইবা জাতীগী অচৌবা য়েক্নবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা প্রোগ্রেসিভ ওইবা মীয়াম্না পুনশিল্লগা মীওইবা জাতীবু কনবা ঙমগনি। ইতিহাসনা ইতৎ-তত্তুনা উৎলি মতুদি মীওইবগী তুংগী পুন্সি অসি মচেৎ মচেৎ কায়থখিবা নত্তে। সোসিএলিজম—মীওইবা জাতীগী তুংগী অশানি। খ্বাইদগী চাউ-খৎপা সিস্তেমনি। সোসিএলিস্ত সমাজদা মীনা মীবু তুহৎপগী মওং অদু মাংখিগনি। মীয়াম্না নীং তম্না শু-নোমনিংবগী থুদোংচাবা পীরকনি।

## বুজ্জু'বাগী অখং-অহৈশিংনা সমাজগী চাউখৎ খোঙথাংগী মতাংদা খল্লিবা বাখল্লোন:

সমাজ অমা করম্না চাউখৎলকপগে হায়বগী মতাংদা বুজ্জু'বা অখং অহৈশিংনা মার্ক্সিজমগী মাইয়োক্তা লেপ্পী। মখোয়গী মত মতুং ইন্না সমাজ অমা চাউখৎলকপসি টেক্নোলোজী চাউখৎপনি। টেক্নোলোজী য়াম্না চাউখৎলবদি সমাজগী সমস্যা লোয়না কোকহনবা ঙমগনি হায়-বসি মখোয়গী মত-নি। আমিরকাগী সোসিওলোজিস্ত-ব্রেজেজীন্সকাই (brezezinski) না অস্তুম্না হায় মতুদি সমাজগী ত্রকচর, ভেল্যুশিং

অমসুং আউটলুকশিং অসিগী অহোংবা পুরক্লিবা অসি হৌজিকী মতমগী টেক্নোলোজী অমসুং ইলেকট্রোনিকসশিংননি। মহাক্না খল্লি—মীওইবা সমাজ হোংহনবগী মরু ওইবা হৌরকফমদি বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীনি। মহাক অমসুং ইউ এসগী সোসিওলোজিষ্ট এলভিন টোফ্লরনা অবা অনা লৈত্রবা তুংগী সমাজ থরগী নমুনা পুথোক্লকই। নমুনাশিং অদুদি—"পোষ্ট ইন্দসত্রিরিয়েল (post industrial) টেক্নোট্রোনিক (technotronic), সুপর ইন্দসত্রিরিয়েল সিভিলাইজেসন (super-industrial civilisation) হায়না মমিং থোল্লি। মীংথোলশিং অসিনা তাক্লিবদি লৈরিবা কেপিতেলিস্ত সিস্তেম অসি ফগৎহনবসি থিওরীগী মতুং ইন্না ওইথোকই। টোফ্লরনা হায়— হৌজিকী মতমগী কেপিতেলিস্ত সমাজদা থোক্লিবা সমস্যা ময়াম অসিগী হৌরকফমদি ইন্দষ্ট্রী ময়ামগী ক্রাইশিসননি। মরম অদুনা কেপিতেলিজম অসিবু "পোষ্ট ইন্দসত্রিরিয়েল সিভিলাইজেসন্না মহুৎ শিন্দোক্কদবনি হায়না মত পী। হায়রিবা থিওরীশিং অসি কুপ্না নৈনবা মতম ওইরে। ইহান হানবদা, মখোয়গী থিওরী অসি নাকল-নাম্মতা য়েংবা সোসিও-ইকোনোমীকী মরীবু থওইদবা বাহৈশিংনি। মখোয়শিং অসি কেপিতেলিজমদা চংজবা মীওইশিংনি।

হিস্তোরিকেল মেত্যিরিএলিজমস্তু—বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীবু সমাজগী মরু ওইবা পোৎনি হায়না লৌই। অদুবু, চাউখৎলবা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজী অসি কনাগী স্বার্থদা শিজিন্নরিবগে হায়রবসি কুপনা য়েংগদবনি। করম্বা সোসিও-ইকোনোমীকী

মরীগী মথাদা লৈরিবগে ? কেপিতেলিস্ত-গী লৈবাকশিংদা টেক্নো-লোজী য়াম্না চাউথংলি অদুগা সোসিএলিস্ত লৈবাকশিংদসু য়াম্না চাউথংলি। অদু ওইরবদি সিস্তেম অনি অসি করি করি খেন্নবগে ? কেপিতেলিস্ত লৈবাকশিংদা মোনোপোলিস্ত-শিংনা টেক্নোলোজীশিং অসি শিজিন্নৈ। টেক্নোলোজীগী মপুদি মোনোপোলিস্ত-শিংনি। মতুংগী ওন্ন-তৈনবদা সোসিএলিস্ত-সমাজদদি টেক্নোলোজি অসি মীয়ামগী ওইনা শিজিন্নৈ।

বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীদা য়াম্না চাউথংলবসু বুর্জ্বা সোসিওলোজিস্ত-শিংনা খনজরম্বা অবাং অপা লৈত্রবা সমাজ অদু উশিল্লকত্রবদা মখোয়না সোসিও-হিস্তোরিকেল পেশিমীজম (socio-historical pessimism) হায়বা ফ্রেজ অনা শিজিন্নরকই। তশেংনা হায়রুরবদি মখোয়শিং অসি নিও-কনজর্বেটিজম (neo-conservatism) নি। কনজর্বেটিজমগী অনৌবা ফিজোলনি। মখোয়না সমাজগী চাউথংলকপবু য়ানিংদে। থাইনগী চংনদ্রবা মওং-শিং অদু অতুম থমগদবনি হায়। নিও-কনজর্বেটিস্ত-শিংগী মত-তা সমাজগী বিজ্ঞান অসি ইউতোপীয়া মখল অমনি। ওইরোইদবা লম্বী কয়া ভাবনা পংশা শাগংপনি। মখোয়গী মত-তা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীদা চাউথংলক্লিবা অসি অর্থ য়াওদবা জ্ঞানশিং হেন্নংচরকপনি। ইন্তেলেকচুয়েলিজম (reason) অমসুং রেশনে-লিটি (সাইন্সতা থাজবা থম্বা) অনি অসিনা প্রকৃতিবু লৈহৎপদগী ইকোলোজীগী ক্রাইশিস থোকহন্দুনা কন্তবা কল কয়া পুন্নকই। মতৌ অসুম্না মখোয়না মার্ক্সিজমবু থাক খুদিংমক্তা লাম্না য়াম্না ক্রিতিসাইজ

তৌই। মথোয়না মার্ক্সিজমবু মরাল কয়া শিনবা হোৎনরবস্থু মাং-লোমদা চংলিবা ইতিহাসগী খোংচং অদুবুদি থিংবা ঙম্মোই। সোসিএলিজমগী সমাজ নোংম-নোংমগী মাংলোমদা চংশিল্লকনি। মীশিংনা মালেমসিদা নীংতম্বা অমসুং শান্তি শোয়দনা পুরকনি।

**লোয়রবা**